**Shingel Leirang**

an anthology of manipuri poems

by *Khaidem Pramodini Khanganba*, 1998




| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | : | জুন ১৯৯৮ |
| অফোঙবা | : | কে পি স্টুদিও<br>ক্বাকৈথেল থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল |
| মশীং | : | ৫০০ |
| নম্ফম | : | পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ)<br>পাউনা বাজার, ইম্ফাল |
| মমল | : | লুপা ১০০ |
| ফংফম | : | [redacted]<br>রাজেস বুক স্তোল সেন্ট্রেল লাইব্রেরীগী মনাক<br>অমসুং অফোঙবগী য়ুম |

# লাইরিকসিগী মরমদা বাহৈ খরদং

শৈরেং লাইরিক অসি শরুক অনী থোক্লা খায়দোকলি। অহানবা শরুক্লা ঐগী বাখল্লোন্দে থোরকপা মখে ইথোকচবনি। অনীশুবা শরুক্লা লৈখিদ্রবা বাংছুগী ওজা খোংনাংনা লীবিববদে ঐনা ইথোকচবনি। ওজানা হিংলিঙৈ মতমদা ঐনা ইথোকপদু ওজাগা ফম্মিন্নদুনা পামিন্নে। পামিন্নরগা ওজানা অবাং অপা হাপচিনবিরম্লবা অরান অহুই চুমথোকপীরম্লবা ঙাক্তনি। ওজানা হিংলিঙৈগী মতমদা ফোঙজনীংবনি। অদুবু লাইবক থীরা মরম্লা ঙমহৌদ্রে!

লৈশক অমতদা মিংয়েং তোঙান তোঙানবা মায়কৈদগী য়েংনরকপনা শৈশকসু খেন্নে। অদুনা লৈ অমগী মরমদা অনী শুনা ইবা লৈ ৩/৪ য়াওরি।

লৈগী মরমদা ইবসে পামজমন্দুনা থিক্তিন হুমক্তিনবৈ থবক কয়াসু তৌজে। শৈরেং লাইরিক অসে ঐনা পামজরম্বা মদুমত্তি থোক্লে। ঐনা অহল মতম ওইশিল্লক্রবা অসিদা ইবসু ঙমশিল্লক্তরে। খুৎসু য়াদে। নোংম নোংমৈ শোনবসু হেনজিল্লকই। নুংশা থী। কোক হেক শিদোকখ্রবদি শৈরেং লাইরিক অসি ঐগী মিংদা লৈহৌররোই ঐনা হোৎনজবা অপুম্বা অরেম্বা তাবা তারে হায়না। অদুনা ঐনা পামজরম্বা থাক অদো য়ৌদ্রবসু লৈ খরগীতা ওইরবসু ফোঙদদি ফোঙলম্নগে চপ য়ুংনা নীংখি।

ঐনা খল্লিবা বাখলসে নোংমা ইবুংঙো শরতচান্দ থিয়ামদা লীজে। ঐগী বারীদু তাবা লোইরগা ইবুংঙো অসিনা হরাওনা লাইরিক অসি নম্বগী থবক পুম্নমক তৌবিগে হায়না মায়রোং য়াবিখি। মাগী মপানদৈ লাইরিক অসে ফোঙবা ঙমজবনি।

১২ মে, ১৯৯৮ 　　　　　　　　খাইদেম প্রমোদিনী খাঙানবা

# য়াওরিবশিং

**অহানবা শরুক**

অনীশুবা শরুক

# লোইবী লোকমাই ভামলৈ

লৈরাং লৈশাং তম্লকপা লোইবী লোকমাই ভামলৈ
চীংমায় থম্না ভৌনলে লোকমাই চোম্না শাংনলৈ
পোইরে মৈতে খুম্ভোরক মালেম তাইবং খুম্লীংলক
নমু তাইবং খুম্ভোরক লোয়নবক্ত লৈরাংনি
শিঙেল মাগী কোলোয়বু মৈতে অসৈবশিংনা
খোম্থাং য়ৈ শৈশক্লরি খোনজেল মাং শৈথানরি।

চীংমী পাখং পাঙ্গনবা কিশি চেংনবু শেং
চীংমী চনু শাকবী খাংজেৎ মচি তম্না লাং
কোকখুম কোকশেং তম্ন শেং পরেং পরেংবু লেপ
খুৎশু য়োংলেন চেংনা পায় হমাং ঈরীক কারদনা
লৈকল লোনদি নিপালমক খুমু লৈকল তৌরগা
লৈহাও লোন্দি মাপললমক
মালেম লৈথিলদি তোইরা
শিঙেল মাবু থাজরে লৈরাং মাবু থাজরে।

শিঙেল লৈউ তাবদি পামেল উগী উশকনি
কোরী চিনবুন মানবীলে লৈরাং মানা পোমলিঙে
কোরী কোন্দুম মানবীলে লৈরাং লৈনা তাবদি
কায়না য়েনখোঙ মানবীলে শিঙেল লৈশাং তম্লকপা
লৈশাং তমলকপা লোইবু থারাক মহয় য়াম্লকপী
পুমঙৌ ভৌনা শাংকায়রে লোইবী লোকমায় লৈতেংলে
নীংথিজরে ফজরে ফজ ভমখৈ লৈতরে
য়েংবৈ পেনবা নাইদরে চীংমায় চোম্নবু হৌরে
লোকমায়বু থম্না ভৌরে নীংথিজরে ফজরে

পুক্নীং হৃনা নীংথিরে ফজ ওমখৈ লৈতরে।
লোইবী চনুরা খিবিক শমগা শমগা তুংয়াম্না
পরেং পরেং থোরক্লে শিঙেল লৈহেক তম্লক্লে
লেম্না লৈতা হেকলকপা নুজা শমদি থম্লেকো
চীংমী চনুরা শম কোত্তবু য়ান নমদবু পো
মৈদিংগোল কৈথেলদা য়োল্লরেদো শিঙেল মাবু
লৈরাং মাবু য়োল্লরে লেম্না লেম্না য়োল্লরে।

পলেম মমা অপোকপী মমোম লাংলেন মচাবু
শিন্নাই তমহনগে হায়না খল্লদনা পায়মনুং
লোইবী চনু' মফমলাং লৈজরে শিঙেল লৈরাং
তরেৎ শেনজাবু পীরা, লুথোং থম্না কোকথোংনা
মরানয়াইবু পাংলক্লে পলেম মমা অপোকপী।
মমোম লাংলেন কৌথোক্লে শিঙেল মাবু শিন্নরে
লৈরাং মাবু শিন্নরে মমোম লাংলেন মচাদা।

মমোম লাংলেন থাদোইদো থাদোই ওইবী মহাক্না
নীংঙাই চাউবীদি কপত্রেং কপত্রেং মাবু পুথোক্লে
নুজাই মাঙদা থাজরে থাবফাও থাফাৎত্রিঙৈ
হৌরক্লে নীংঙাই মাগী কৌয়েং কৌয়েং কপলকলে
মখুৎ য়েৎনা নুজাদো মনাবু পায়রে কপত্রেং
লৈশা পাঙ্গল ফুদোক্লে জদরালেরে মনা
মখুৎ ওইনা ইনজরে শিঙেল খুবাম থম্না পায়
খারাওবী কপত্রেংনদি কপ্না কপ্না চাজরে
মরু মখৈ ওথোরক লৈরাং লৈরু শেৎনরে
তোথায় তোথায় তানরে নাকপাক নাকপাক লৈনরে।

খোমগৎলে লৈরাংমখৈ হাপচিন্নে কাপোম্নুংদো
ওইত্রি মাবু পায়খৎলে নুজাগী ওইগী খুৎনদি
লীরুং য়ায়দবু পায়জ তাহ্নানাইমত্তবু নুরাই য়েৎনা খপ

শিঙেল লৈরাংগী মফোল, মফোল থোক্লমক্তবু
কাপচরে কাপোল নুংদো কাপোল নুংদৈ লৌথোক্লে
শিঙেল মাবু লৌথোক্লে লৈরাং মাবু লৌথোক্লে
নুজা কোয়না য়েংলক্লে লাংদোন পাখী থিরক্লে
লাংদোন হৌফম উরক্লে লাংদোন পাখীদে
লাংগোম অমা থেকচরে লাংগোম মতেংবু লৌ
খুবাক্লা তারে মোইথাপ পৈরেদো মপৈ মপৈ
মপুন মপুন শেমজরে শিন্নাই লুক্তা হাপকথলে
খোইনৌ য়াংদৌ চান্নরোই মতারোই খিবিক হৌনা
শিন্নাইপমবু কাজরে পষ্টৌ মোংবা শঙলেননুং।

শিন্নাই তরেং উংলকলে লৈরকলে উরু উরু
নুংশির মেংল খোনথোক নেংনেং কোৎ নেং নেং কোৎ
খুৎলৈ মাগী তাম্বা চা মকি লংদুম শেন্নরে
তওৎ তমং খুৎতা পায় তওৎ জগোয় শানরে
লংখায় লংখায় শাদোক্লে লাইজা ঈশিংদা তীংলে
নুমিৎ শিংবুম শুনবু। মথং তাবদা নুজা
লংগুজেবু খুৎতা পায়। লংগুজে খুৎথা পীরে
ঙহাক পোৎথা ফম্নগা তরা চইনবু তমলে
তরা চারবা মতুং ঙহাক পুঙোয় লৈরগা
লংখায় লংখায় খায়দোক্লে। খায়দোক্লবা লংখায়দো
পরেংনাই য়ান্নে কন্নে পোল্লাংখোক্তা পৌবু য়ান
অদু মতুং তাবদা কোরৌ মৈশা লাংহন্নে।

পষ্টৌনা শাবিবা শঙ ইয়োং শঙলেন নুংদবু
ইয়োংগী শাদিং লাক তরেৎকী চরৈফি শারে
য়েৎনা হুন ওইনদি ওক ওইনা হুন য়েৎনদি ওক
পাঙনদেম জগোয় শাজ শমজেৎ চৈথেং পীদুনা
চরৈ ফিবু শাজরে নমথাং ফিবু শাজরে।
নমু তাইবং মীওইবা হংঙা মিকপ তান্দুনা

মালেমদা খোঙদারকপা তাইবং মালং ফাওরকপা
পারি চাউদা কোয়া ফি মমোম শাংদা য়োম্না ফি
কোলোয় মাগী মিংথোক্নি তাইবং তাবা খিবিক্লা।

নমু তাইবং ওইকনা খমনুং শবা তাম্নমদাই
অমং য়াইথোং কুমন্নমদাই মকুইনিদি নুংওনচীং
থোঙঙাকনিদি অশিথেল খমনুংনিদি মীরেপুং
নূরা তরেৎ চৎলগা পাখং তরেৎ ঙাইনচীং
পাখং তরেৎ চৎলগা নূরা তরেৎ ঙাইনচীং
থোঙঙাক লৈমা মশাইকোন
খমনুং মায়কৈ পাংবদা নমু কুমায় কুপতুনা
থোঙঙাক লৈমা মশাইকোন, পাংমিন্নবা লৈনিদা
কোরৌ ফিঙৌথক্তা খান তাইবং থবায় য়াওদ্রবা
শিংগুন্নবা শমু হকচাং খাম্বী মৈথক্তা থম
খাম্বী মৈরিগী মৈবায়নবদসু য়াওখিদো।
নমুপোং ওইবা তাইবংনা মালেমদা অহানবা
খোঙদারকপা মতমদা খোঙবাইখিবা মতমদা
মতম পূন্নমক্তদি লোয়নরবা শিঙেলনি
হাদা লৈরাং লৈনুংশি লশিংলৈ লৈনুংশি।

# পুন্সী লৈপুল লৈ

উপাল হায়সি হায়ঙমদে ঊরী কৌসি কৌঙমদে
মউ তাবু য়েংলগা তনোপ তনোপ হৌবিনি
পাঙ্গল লৈবী মউনি লিংজেন পানবী পাম্বীনি
মুনা শংবী মনানি থম্মোয় মওং মানবনি
মনানদি ইয়োম য়োম ইশং ইশং শংনা য়োম
মউ মতোন লোম্নকান চরোং ওইনা শাংপী লৈ
করিগী মফজনো করিগী মনীংথিজনো
করিদা থাগনি কনাগা পাগনি
নীংথিজেদা ফজেদা ফজ ঙমখৈ লৈতেদা।
কুচু পানবী লমঙানলে পুমবুম চফু শারকপা
শেঙ্গাও শরীক ওংদানি লৈনা নিপান পাম্নিদো
নাইতোমতা লৈনা য়াওদে পোপা পোপা নাইবা লৈ
পরেং লেংসু নীংথিবী লাম্বা লৈতা ফজবী
শানৌ পুক্লীং হুনলে থম্মোয় মরাঙ হৌনলে
কুম্বী কালেন খায়দলে কুমজা চুপ্না শাংনলে
লৈরাং লৈচু পশোংনি পুকচেল মকপা লৈতেদো
থম্মোয় শেংঙি তাকপনি পুকচেল লুইবু উংপনি।
নীংথিজেদা ফজেদা ফজ ঙমখৈ লৈতেদা।

শকহেন নিঙোল চনুরা তথোং তথোংপী খুংশা
লৈহাও লৈরেন পুমবুম্বী তঙাংবী নুজা খুংনা
শিঙেল লৈশাং তম্নবী লৈরাং চরোং অমবু
শমু খুংনদি পায়জ লৈরাংবু চিংনা য়েংজ
য়াবা মপাউবু হংউবা শানৌ ওইবী মহাক্না।
— হাদা ইতা চান্নবী শিঙেল নঙবু নুংশিবী

মোমনু নুজা ওইবীদা য়াবা ফিগে শেংবীয়ু
লৈরাং ওইবী ইতানা শিঙেল ওইবী নশিনজাং
লৈরাং লৈনম চেন্ত্রিবা শিঙেল লৈহী থাংত্রিবা
নীংথৌ কয়ি কায়দুনা খোইমু কনাই মফমলাং
লৈরাং লমন খুৎনো শিঙেল নপাউ তথীয়ু।

শিঙেল ওইবী মহাক্না শানৌ ওইবী মফমলাং
চিজোই মপাউ মেল্লকই — হায়দা খোইনৌ ইতারোই
ইতা নঙবু চান্নবী, লৈরাং লৈহী চেন্নদি
খোইমু লাবা থাংনৌবা, খোইমু খোইরা ইন্ননি
শাগল তুফাং থপলক শিঙেলগী লৈকাদা তোং
লৈরাং লৈহী চুপথিনি মৌগী শিংদা চন্ননি।
লৈরাং লৈচু ঙৌবদি পূকচেল শেংঙি তাকপনি
নুজা ওইবী শানৌশিং পরেংবু লেংবা মতম
চিন্দুথী য়েংতুন্নদি লংলা থাংজী নারেং থাং
নুরাই শমু খুৎতুনা শিংঙেল পরেং লেংবদা
লৈয়োন লৈরীক পান্দবনি
খুৎলৌ পন্নৌদনবা লৈরাং লৈখোক তেনবনি
পোৎপা পোৎপা লৈনা পান
ওই-য়েং পোপ্পা কায়দ তাইবং লৈশেমলোন তাকলিবনি
নুজা ওইবী চনুরা মানজা মকাদা বাইথুং
পুন্সী লৈপুল শেম্বদা শিঙেল লৈরাং ঐহাকপু
পরেং ওইনা হকপদি মানজা মকাদা শেংলে
লূর থম্মোয়তবু পুন্সীগী ওই শিন্নবনি।
মপোক লাঙোনসিমগী পুন্সী লৈপুল শেম্বনি।

খোইনৌ নঙবু ইতারোই নাপ্পা অনী লোঙদনা
তাবিয়ুদো ইতারোই লৈরাং লৈনম চেন্দবা
শিঙেল লৈহী থাংদবা নিঙোল ওইবী মফমলাং
ওইজ ওইথক থিদনা কৎথোকপনি পুন্সীসে।

মসিনসু লোইহিন্নিদো কুম্বান থাবুম নাইদনা
কুম্বী কালেন খায়দনা নোংজু নুংশা খাক্তনা
লৈরাং লৈশাৎ তমজবনি নিঙোল ওইবী কনাগী
নীংবা কায়বা লৈতনবা শিঙেল ওইবী লৈরাংনা।
লৈরাং চিঙোইরকখিদো নিঙোল চনু মফমলাং।
নুজা ওইবী মফমলাং শিঙেল লৈরাংগী ওইবা
ওইজ খিবিক থাদোকপা থাগৎনীংঙি শিঙেলও
মীওইপোক্তা পোক্রবা শাবী শানৌ কয়াগী
পুন্সী লৈপুল ওইনলে লৈরাং লৈনম নমখিদে
শিঙেল লৈহী চেনখিদে লৈরাং মপোক পোক্রগা
শিঙেল শাগে চন্নগা সিদৈ হেন্না ফজবা
সিদৈ হেন্না নীংথিবা কৎথোকপা লৈত্রবনি
মালেম পোইরৈসিদা। তাইবং তাবা কনানা
শিঙেল লৈরাং মহাকপু অকাউ পরৈ চনফরোই।
শাবী শানৌ কয়াগী পুন্সী লৈপুল লৈ
য়ুম্বান পুন্সী খোঙদাহন তাইবং থবাই শেম্নলে
পোইরৈ থুংনা হৌনলে মালেম লৈকোল লৈতেংলে
শিঙেল মাবু কনানো, লৈরাং মাবু কনানো?

# অপাম নুংশি শাইওন লৈ

নোংমদোন লাইরেম্মে মমোম লৈ
অপাম নুংশি শাইওন লৈ
ইদেন লৈকোল পোম্না লৈ
বাবিলন মালং লৈকোল শাৎনলৈ
পারসি লৈকোল ভাম্নলৈ
নোংচুপ লৈকোল লৈতেংলৈ
ক্লিওপেত্রাগী খোইনৌ চান্নলৈ
মার্ক এন্টোনিগী থম্মোয় ফানলৈ।

বেগম পুক্লীং শুমহৎলৈ
তাইবং থম্মোয় হূনলৈ
নুংশি-নুংওন পাউদমলৈ
অরোন অথুপ শঙনলৈ
নুংশি খুদোল তম্নলৈ
অপাম খুদম তাক্লৈ
পাম্মু মায়োক লৈতেংলৈ
শানৌ নুংওন ভাক্লৈ
বাথোক লাঙ্খোক লৈরাংলৈ
পুয়ানুংদা চম্নলৈ।

লৈহীনা লৈশক তাকপলৈ
শিঙেল শানৌ শঙনা লৈ
শকহেন খোইনীং খোইদালৈ
নোংচুপ তুংওই থনমলৈ
নোংপোক খোঙদোই জম্নলৈ

লৈকোল খুদিং লৈশাংলৈ।

অস্তৌবা খুদোল তমগা, শেংনা নুংশি তাক্লৈ
নাপু খুদোল তমগা, থম্মোই শোম্নি তাক্লৈ
অঙাঙবা খুদোল তমগা, খৈনা নুংশিরে তাক্লৈ
নুংশি পাউজেল থানা লৈ
অহম ফাংবা চরোংবু লৈরাং খুদোল তমগা
নঙবু নুংশিরে খঙনা লৈ।
শিঙেল মাবু কনানো? লৈরাং মাবু কনানো?

# মহারানী ভিক্টোরিয়াগী খুদোল-লৈ

পুত্রী পাৎতা ওংবী লৈ — খোংবাল লুকলাং থম্ন লৈ
লোকনুং মান্নুংদা হৌবী লৈ, — লোত্তাক ঈপাত্তা শাৎপী লৈ
তাইবং মপু য়ৌদ লৈ—পরেং লেংসু য়াদ লৈ
নূরা পাখংনা পামদ লৈ—নাচোম শেমসু য়াদ লৈ
শানৌ শাইনোন য়ৌদ লৈ—শৈশক শৈথাবিদা লৈ।
লৈরাং লৈশক য়েংলগা—থোৎনা নৌনা শাৎচবী
শিঙেল লৈচু হায়রগা — হিগোক মচু লময়ৌবী
অপাম নুংশি মকাদা — পায়মা খৈনা নুংশিজে
তারুলৈ লৈচুনা থম্মোয় য়াবা
পূকচেল অনী লোঙজদে — নুজা ওইবী নশিনজাং
থংলেন মাগী মফমলাং — নুংশি নপাউ মেনবরা?
য়াবা নপাউ তম্বরা?
শিঙেল নঙবু কনানো? লৈরাং নঙবু কনানো?

লৈরাং ওইবী মহাক্তি — খুশেম লৈকোল পামজদে
নুজাই নাম্না মিহৌদে। কল্লক য়েংথী লৈত লম
নীং-খা তম্না হৌজবা — লাইজা ঈশিং ঈরু থক
খঙোল 'শেঙবা চিন্দম ওই—হাইনা হম্না লেনজা
নমুপোং ওইবা তাইবং—কানাই মপাল তাংদ
লাইজা ঈশিং ঈরেলদা—ওম্না থোইনা লুপচ
ঈথক ঈপোম লোয়ননা হরাও জগোয় শাজ
খুৎথেক চানা লায়জ-তাম্না চানা চোংজ
তোবর্বান শীম্না কোয়জ-ওহাক পুজোয় পোংথাজ
লৈরাইগা বারীবু শু। খঙোল হকচীকলাং।

লৈরাংনো অসুম্নসু য়াবা পাউদমজরকই —
ঈথক ইপোম লাম্ন তাউ-তু-খোং শীম্ন থুংনবু য়ৌ
পাং কোমবু লৈহনজরোই ঈথক ঈরাং পামজদে
সনা লুপা মিহৌদে য়াইফকোনগী মশাইগোন
অচৌ অশাংগী লৈকোল হৈনদে শিঙেল ঐদি
লৈখোঙ শেংবা কনাগী লৈখোঙ শোম্বা কনাগী
লাইজ ঈশিং থকচরোই, মহৌশাগা শাগোম্না
লৈরাং পুন্সী লেনজবা, শিঙেল পুন্সী লেনজবা
তাইবং মীপাল তাংদুনা হিংজনীংবদে লৈরাংদি
হিংজনীংদে মালেমদা হিংজনীংদে মালেমদা
শিঙেল পুন্সী বাশকনি।

লাইজা চেক্লা অপিখক পোম্বীচাদি অপিখক
ওংদা শাদা হেনজবী কুচু কুমেন ফজবী
চেক্লাচাদি শকহেনবী পোম্বীচাদি চঙখোনবী
ঙকশম তোংদমদি তিংজা শৈশক মাগী তানথাদা
খোঙকাপ নৌরা থাংদুনা বাইর খোঙদোই হন্দুনা
কাইদা লোইরোই চংতুনা মিকুপ পুংজা নাইনদি
নুংশি শৈরোল কয়াবু শিঙেল মাত থাদুনা
লৈরাং মাত শোনদুনা লেনজে চেক্লা মহাকসু
পোম্বীগী নুংশি শৈশক চেক্লাগী ফজ শাবান
য়েংবগী পেনবা নাইদে তাবগী ওকপা লৈতে।
চেক্লা মাবু কনানো? পোম্বী মাবু কনানো?
নোংমা কৌবা নোঙ্গাশোই শাদানবে বাইরা তেম্না
লীরী তেঙ্গা থোং তেনকাপ তেনজুম্নরকপা
চেক্লাচাদি শকহেনবী মতৌ লৈবী থাঙৌবী
মিহুন চেঙুম চেঙ্গানা মায়গৈ শলাই খঙদ
বাখল লংলা লংজীন পূন থবাই খুবাক্তা হাপ
শাগল তুফাং খপতুনা লৈরাংনোক্তা পাইশিল্লক
কনবিয়ু হায়জবা মতাগুম মকোক নোম্না চঙলকখি।

চেক্লা মতৌ উবদা পোম্বী মতৌ য়েংবদা
থম্মোই শোকখি লৈরাংদো কনগে লেপখি লকানুং
শিঙেল মানা নুংশিনা লৈরাং মানা চানবিনা
খোইরুম মোমোন মায়থোঙনা ওকপিখিদো তরাম্না
চেক্লাচাদি মহাক্তো চঙজফম পীখি শিঙেলনা
থম্বীখি থবাই মচা কুঞ্জলবা মনালক্তা।

"শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি ভারত ইমাদা —
বিলাটকী মহারানী ভিক্টোরিয়ানা
খুদোল তম্লকপা লৈরাংনি।"
য়াবা কোলোইখিবদাই কাউরব্রনে শিঙেলও
হাদা লৈরাং লৈনুংশি হাদা শিঙেল লৈনুংশি
বিলাট মহারানী ভিক্টোরিয়াগী খুদোল লৈ
আঃ ওহ্মোকপনিদকো অবাবনি অবাবা
অবা হকশোক লাংদৌরে লৈরাং মপোক লোইদৌরে
শিঙেল নঙদি খঙদবোই লৈরাং নঙদি তাদবোই
শিঙেল লৈরাং নঙবুনে য়েংঙু মিয়েং শাংখৈনৌ
কাঙলুপ কাঙলুপ শেমদুনা কাঙবু কাঙবু নাইদুনা
নঙবু হাৎকে থৌরাংলি নরূ ফুক্কে তেমশীংলি
হায়রিমক্তা তাল্লক্লে তাল্লক্লে চেন্না চেন্না
হিদাক ময়োম ময়োম পায় নমিৎতা চাইশিন্দুনা
নমিৎ তাঙহনগে মতাগুম নমায়দা চাইশিন্দুনা
নমায় চামহনগে মওংগুম মুরুম মুরুম শোনদুনা।

য়াঙনা চেলহৌরো লৈরাং খোঙকাপ নৌরা য়াঙনা থাং
শিঙেলগী মতম লোইরে মালেমদা খোঙদারনু
ঈথক ইপোমগা লোম্বনা ঈরেলবুঙদা ঈরোইস্ত্রো
লোৎলুরো ঈপাকময়াদা লুপস্ত্রো ঈরোলনুংদবু।
নপাল ফরিঙে মতমদা নঙবুদি লোয়নরম্বা
অসুপ্না নপুরোহ ওই য়াইফ কোনগী য়াইফবা

মতীক চাউবা অঙম্বা থোইদা থোইবা অথোইবা
ঙম্না য়েক্লবা ওইখ্রে য়েক্লবা ওইখ্রে ঙম্না।
শিঙেলনা নপাল ফরিঙে লৈরাং লৈখোঙ পায়রম্বা
শিঙেল লুনা তৌরম্বা লৈরাং চাম্না য়েক্লম্বা
য়েক্ল ওইখ্রে পুম্নমক শিঙেলগীদি য়েক্লবা।

মালেম তাইবং থাদোকলো থাদোক্লম্লো লৈরাংও
য়েক্ল তিংখং লৈতনা কল্লক য়েংথী য়াওদনা পাল্লুরো
তৌবিমল খণ্ড তাইবংনি য়াতাখ্রো ঈরোলনুংদা
তাউখ্রো কল্ল ঈরৈদা লৈরাংগী পোলোই পম্বুং
বাখলগী অতিয়াদা মাঙখ্রসনু লৈরাং
চৎলো শিঙেল নুংশিবী চৎলো লৈরাং চাম্নবী
নঙগী মতম লোইরেদো মালেমদা হল্লকলনু
খোইনৌ য়াংদৌ চাম্নরোই চৎলো কায়নরসিকো।

হাদা লৈরাং লৈনুংশি! মহারানী ভিক্টোরিয়াগী
খুদোল লৈ। মহারানী মফমলাং য়াবা নপাউ
তমলুকো। কায়নরসি মরূপ কায়নরসি চৎলোকো।

# মেক্সিকোগী মমোমলোয়

মরম লমলেন লমনুংশি পোইইরে লমদম লমনুংশি
মেক্সিকো লমলেন লমনুংশি মেক্সিকো লমদমদা
মরা ইছল তমখিবী মালেম লৈকোর থুংনা হৌ
পোইইরে লৈবাক শীন্নবু লৈরাং লৈশাৎ তমখিবী
থাবুম মরী চুপ্নবু খোমলেন তুমখুন তানখিবা
ভগবান শ্রীহরিবু য়াকাইহনবা লৈরাংনি
শক্তা চুদা চণ্ডখোনবী মেক্সিকো মমোম লাংলেন।

ফাইরেল লমদা শক্তিবু লোইদাম থাবুম অহম চুপ্পা মরু ইছল তন্নগা
লোইদাম থাবুম নিপালবু, লৈরাং লৈশাৎ তমখিদা।
অবাং হারম পাংবদে শিংলকপী খাবা উক্রেন
হীবু পুবী মলয়া শেগ্রোয়গী মলয়া নাম্বিবী
উক্রেন হীনা তারকপা মায়োক্ল খাণ্ডওমদবী
খাবা উক্রেন কিজবী নীংথম বাবা খাণ্ডলগা
পুশী লোইখিবী শিঙেলনিদা শিঙেলনি।

শাগে চাউবী শিঙেলনি য়ুন্নাক য়াম্বী লৈরাংনি
মচু কয়াই লৈচুনি মখল শুবী শিঙেলনি
সনা মানবী নাপুলে কমলা মচু লময়োবী
চমপ্রা মচুই নাপুলেনি কুহীচাদি কুম্বানথোং
কুমজেং কোরী কাবীলে শিঙেল লৈছ্য অমদা
লৈরাং লৈচুনী শাংপী শিঙেল লৈরাং ফজবী
মথোন মথোন নাইনা লৈখন শুনা শাংপী লৈ
অচৌ অপীক খায়বী লৈ অনেম অবাং নাইবী লৈ
ভাংকক নাইনা শাংপী লৈ মইহেরোয়না পামজলে

চরোং ওইনা শাংতবী নাইতোম শাংপী পামজবী
খোইনৌ নুজা খোয়দালে পরেং লেংলে নীংথিবী
শিঙেল লৈরাং লমঙানবী নুজা নাম্লদা চিপ্লে
মফজবী লৈরাংনি তাইবং পুক্লীং ওমহৎলে।

কুমওন খুদিং লৈশাৎলৈ পাক্ক শম্না হৌনলৈ
নেমদা নেম্বী খোঙনেমলৈ চাউদম শাংদম হৌনলৈ
মনানা মউ য়োম্বী মখল মখল লৈপাললৈ
কুমওন তরামাপলদৈ কুনওবা কুমওন ফাওবদা
লৈরাং চৎনা ওমখে য়ৌ মালেম শাৎনা ফাওখিদো।
শিঙেল মাবু পামজনা লৈকোল খুদিং থানৈদো
থারগা লৈরাং মাবু লেমনৈদো হরাওনৈদো
হরাও মথোই কানৈদো থম্মোই ঈরাং হৌনৈদো।
শিঙেল মাবু কনানো? লৈরাং মাবু কনানো?

লৈরাং কোলোয় থোক্লসি শিঙেল মিংলেন হায়রসি
শিঙেল নাবা মখোয়রেল লৈরাং কোল্লোয় থোক্লসি
ইমা লোইদাম লৈনুংশি লোইদাম নাবা লৈনুংশি
লোইদাম মেরা থাদগী মিংথাং খরা লৌরগা
সনা মচু মাপ্লি হায়দনা সনা মিংথাং লৌ
তাইবং তাবা কনানা কোলোয়নখি মিংথোনখি
মেরা থাগী সনারৈ সনা মানবী সনারৈ।

# শিঙেল শিরুই

মরম্না লমলেন্দি লমনুংশি
পোইরেনা লমদমদি লমনুংশি
অবাং পাখং য়োইরেনবা
য়োইময়াই তাউদন অঙানবা
লৈরক শাথৌবা খোংবাল লান্নুবা
ইনুং মম্বা লোইত্রদনা
নোংপোক চীংখৈ পাংবদে
বারকী তয়ালবু ঙমজবা
ঙাঙ্গানবা ফিজোল খোল
খোইরুম মোমোন নোক
তাঙজ ফিরুক হাইদোরকপদা
মায়োক্নবা লোইবী চীংনিদা
লোইবী চীংদি চীংনুংখোক
কোলোইনা মাগী শিরুই।।

লোইবী শিরুই চীংগী চীংদোন্দা
থেল মচাদি অপিখক
মাগী মথানুংদা তূংদুনা লৈ
লাইজা ঈকোল মচা অমা।
ঈকোল মচা অদো, লাইজা ঈকোলদো
লাইজা ইপাল লাংফমনি
শকহেনবী লাই-নুরা
মচিন মনাও তরেৎকি।
পিক্তক চেংতক্না ফজবনি
পুক্লীং হুনা নীংথিবনি।

থরোই মহীগুম লুরবা
লাইজনা ঈথল থল

চাংজৌ পানা লৈবদো
নীক নীক লাউনা উবদো
য়েংবগী পেনবা নাইদবনি
য়েংনীংদুনভা লৈবনি।

শকহেনবী লাই-নূরা তরেৎ অদো
করম্না মথোয় লাকপগে?
নোংমদোন অতিয়া মালংগী
শংবান্নরবা থাকন মথাদা
উরোক কৌবি চেকলানা
শাগল তুফাং খপতুনা
মপৈ-মপৈ শঙ্গু-শঙ্গু
পরেং পরেং পাইবগুম
শাখপ তোয়না পাইরকই
লাই-নূরা তরেৎ অদো
লাইজ ইপাল লাংফমদা।

শকহেনবী লাই-নূরাশিং অদো
পাল্লি কুচু পাশোৎকুম
খ্বাংজেৎ নমথাংনা তবাবী চরৈনি
পায়র খুদাপ জম্ন ফৈদোমনি।
লাই-নূরাশিং অদুনা
লাইজা ইপাল লাংবদি
করিদা থাগনি করিগা পাগনি?
চেক্লাগী শাথেকনি পোম্বীগী শাখপনি।
ফজখ্রেদা নীংথিখ্রেদা
চেংলৌ শক্তমনা চঙখোল্লিবা

য়েংবগী পেনবা নাইদেদা।

শকহেনবী লাই-নূরাশিংদো
লাইজা ইপাল লাংবা লোই
ফিরোই ফিঙাম হোংনরে
হলবাইরসি য়াবা পাউমেন্নরক্রে।
মিংয়েং শাংখৈনরকই
য়েংনরকই মখোয় মশেল
অমগা অমগা মহৈ মহৈ।
অঙকপনি —
লাই-নূরাশিংদুগী মরক্তা
মশানৌ অতোম্বীদি য়াওরমদ্রে।
কদোম মায়কৈ পাংখিবনো
খঙহৌদ্রে কনা অমতনসু
উহৌদ্রে মচেম তরুক্নসু।
থিবা য়াবা মখৈ থিরে
য়েংবা য়াবা মখৈ য়েংলে
লোংনা তাবা উনা উপ
উপনা তাবা উনা লোং
নারক মোংশোং, শেৎতুনা ফাক্তুনা
মচেম তরুক অদুনা থিবদা
ফংবা কৌবা মরৈখিদ্রে।
মশানৌ লাই-নূরা অতোম্বীদো।

মচেম লাই-নূরা তরুক্তা
মশানৌ অতোম্বীদু ফংদ্রবদা
য়াবা মপাউ মেন্নরকই
বাচানরকই মখোয় মশেল
করি তৌসিগে হায়দুনা।
অঙানবসু অমম্বনা লাকশিন্নক্রে

কনাবুসু ওাইবিরম্বা তৌদনা
নোংপোক নিংথৌ শকহেনবা
নোংচুপ হায়ম পাংখরে।

কোরৌ নারল চনশিনলক্লবদা
হলবাইরমদাইগী মতমদা
পাউমেল্লম্বীদো মচেমশিংনা
শকহেনবী মশানৌ অতোম্বীদা —
ইশানৌ নঙবু নুংশিবী
নঙদি নচেম তরুক্কী
ঈরেমখাক্লা পোকপনীদো
নচেম তরুক ঐখোয়না
পায়মা খৈনা নুংশিদো।
পলেম ইমা অপোকপীনা
নঙবু উদবদা পাউহংলককনি
করিবু হায়না পাউখুমগদগে ঐখোয়না
বাখলগী লাঙ্গোই চনখরে
লংলাগী লংজীন পূনখরে।
নচেম তরুক ঐখোয়না
অমুকপু হম্না লাকখিনি
ইশানৌবু ফংনবা থিরখিনি
শিরুই চীংসিদা মাঙখিবনি
শিরুই চীংসিদা থিরখিনি।
নচেম ঐখোয়না য়ৌরক্লিফাও
শিরুই চীংবু থাদোকফরোইকো
ইশানৌ নঙবু নুংশিবী।

লাই-নূরা তরেৎপু পোকপী
পলেম মমাদি কনানো?
পম্বৌ অপোকপনা কনানো?

অবাং থাংবোই পাখংবা
য়োইরেন তোমপোক নিংথৌবা
নোংলেন নোংথৌ শোয়ারেল
পঙ্খৈ মাগী কোলোয়নি।
মালেম লৈমরেন চঙথোনবী
উনবী পুক্লীং অনী লোঙদবী
খাবী লেংনাউ মোমবী
কৌবা লোকমায় হেলবী
পলেম মাগী কোলোয়নি।
নোংমা কৌবা নোঙ্গাশোই
পলেম মমা অপোকপীনা
উনবী পুক্লীং চঙনা
তিল্লাং থকয়োথনা শেম্বীরম্মী
মালেম লাইজ ঈফুৎথোক অমা
শিরুই চীংগী চীংদোন্দা।
মমোম লাংলেন তরেৎথকি
লাইজ ইপাল লাংফম।
অদুগা —
পলেম মমা অপোকপীনা
শিম্মরম্মী লাই-নুরা অতোম্বীদা
শিরুই চীংবু থাদোকনু হায়না।
নীংশিংলকই অদুঙৈগী
পলেমগী য়াথং অদো।
নীংশিংনুরগা মথং মথং —
হৌজ্রবা মতমগী য়াবানি
পলেম অপোকপী মমানা
নোংমা কৌবা নোঙ্গাশোই
বাংলেন মিকুপ অমদা
কোলোই মপাউ ফেনখিদো

মমোম্বু চিংনা য়েংলগা —
ইমোম! নঙদি মচেম তরক্কী
ঈরেমথাক্কা পোকপনিদো
তরেৎকী মনুংদা অতোনবীনি
ইমাগী থবাইদি ইমোমনিদো
থবাইগা হকচাংগদি থানফদে
অদুনা ইমোম ইবেম্মা নঙদি
পলেম নমা ঐগা লৈসিকো
মফম কৈন্দা ওৎখিনুকো।
অসুম্না য়াবা পাউমেনখিদা
অদুনা —
শকহেনবী লাই-নুরা অতোম্বীগী
থবাইনা থাদোকনীংদে কদৌনুং
লোইবী শিরুই চীংবু।
পলেম মমাগী য়াথং ঙাক্ত
লৈহৌই নারোন্দা নাথেদুনা
মচেম তরক্কা উদনবা।

পলেম মমাগী য়াথং ঙাক্তবা
লাইজা ইপাল লাংফমদা
নাথেখিবনি কনাবু উহন্দনা
লাই-নুরা অতোম্বীদো শকহেনবীদো।
মপোক লাঙোন খুদিং
লোইবী চীংদু থাদোক্লোই
পলেম মমাবুসু কায়নরোই
শিরুই চীংমায় থম্ম হৌ
লৈরাং ওইনা পোমদুনা
শিঙেল ওইনা শাৎতুনা
পলেম পল্লৌ অনীগী
থৌগল লেপ্তুনা ফংদুনা

লাতোনখিদো শিঙেল শিরুই।
খঙদবা উনবা লৈহৌই
মমা নীংবী মমোমনি
তাইবং থুংলা খঙহনগে
মালেম শাগনা ফাওহনগে
শরী পন্দোল লোমখিদো
শকহেনবী লাই-নুমা অতোপ্পীদো।
কৌবা লোকমায় হেনবী
পলেম মমানা পেনজেদো
মমোমগী য়াবাবু তাবদা।

লোইবী শিরুই চীংদা
লোকমায় থম্মা হৌদুনা
লৈরাং লৈশাং তম্লিবা
শিরুই চীংগী শিঙেলবু
নোংমদোন লাইরৈবাক্তগী পহৌনা
মালেম তাইবংদা পলেমনা
খুরাং লাইখন তানা
য়েংজরিদো পেম্মা পেম্মা।

## হিদাক মপাল

পলেম অপোকপী ভারত
ভারতকী লৈহাও লৈশেঙদা
মরু ইছল-তম হৌরগা
বাইর খোঙদোই ছল
খোঙকাপ নৌরা থাং
পোইরৈ থুংনমক্তবু কোয়
মালেম শীম্র হৌদুনা
লৈরাং লৈশাং তমখিবী
অশাবা লমগী চাম্নরোই
শিঙেল লৈরাংনি লৈনুংশি।

চাউম শাংদম ফজবী
তবোব তবোব নীংথিবী
তচাউ তচাউ চঙখোনবী
লৈশেম্বগী লৈকোলদা থারসু
শম্বল ওইনা লৈরবসু
নারক মোংশোংদা হৌরসু
চীংয়া তময়াদা গুাম্নবসু
মফজবা লৈরাংনি শকহেনবী।

কালেন থাগীদি থামৈদা
ইঙা থাগীনা পানখৎলকপা
লৈরাং লৈশাং তম্নগা
লাংবন মৈশা খাঙলগা
মেরা থাদা লৈমন-চন

শিঙেল পুন্সী লোইহন্বিবী
উনগী অইহংবা খাংডমদবী
বাকচীংগী উচেন হীবু
মায়োম্নবা ঙমদবী শিঙেলনি।

মতীক-মন্নাই চেনবী লৈয়াংনি
মহ চাউবী শিঙেলনি
কোরৌগী চান্নবা মৈশানা
য়ৈর মৈরগা অহোইন্না
মহ কনবা হেন্নকপী
অশাবা লমতবু পামজবী
শিঙেল লৈরাংনি পাজলবী।
শুক্রবা নারক মোংশোংদা
উপাল বাপালনা থন্নবা
লোকমায় কয়াগী চীংচেঙ্গা
লোকনুং মাননুংদা হৌরবসু
লমঙানবী শিঙেল লৈরাংনি।
মহ ময়াই য়েনবনা
লৈরাং মাগী পামজবনি
শিঙেল মাগী পেনজবনি।
চিনবা য়াদবী শিঙেলনি
হেকপা কিজবী লৈরাংনি।

বারী কয়া ঈরোইহনবী
শিঙেল লৈয়াংনি শকহেনবী
বারী কয়াই মনুংদা
লীজনীংঙি বারী অমত্তং
পঙনীংই মতাংসিদা —
মলেশ ফন্নাইহবদি অচৌবা
নোংচুপ হারমদগীদি লাকপা

নোংপোক লমনমদা খোঙদারবা
জেয়্যাল্দ কোলোয়দি মিঙৌবা
তম্বা পাখংদি শকহেনবা
খোয়দাঙ্গয়ে নুপা মহাক্পা
পুণী লৈপুল শেমগে
পারমা নুংদা খনখরে
শরী পন্দোল লোমখরে।

নুপা মাদি কনানো?
ভারত চনুপাদি অশেঙবী
ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকখিবী
পুরোহিত পঙ্গৌগী মমোমলোয়
শঙা-চুদা কুচুদা-কুমেন্দা
মপা লৈতনা কজবী/চঙখোনবী
ল্যাকমে মিংগৌবী শানৌদো
নুংশি খুপৌ চনখিদো
জেরাল্দ শকহেনবা মফমলাং।
নোংপোক-নোংচুপ
নোংচুপ-নোংপোক
হারম অনী অসিগী
য়ানদবা কৌবা পলনা
বাংমনখিবনা লানবা ঙমখিদে
নুংশি পঙ্গুং য়ৌঙমখিদে
শাবী শানৌ অনীদো।
অমনা নুপীজা ওইবীনি
পাঙ্গল শোনবী নুজানি
পলেম পঙ্গৌ অনীগী
য়াথং তুংওই থনম
করম্বা লানবা ঙমগনি
নুজা পাঙ্গল ওইবনা।

জেরাল্দে কৌবা পাখৎনা
পাজল খৌনা লৈরুসু
তম্বা ওইবা মখৌদাং
পাওখোকপা ওমখিদে ওমখিদে
চৎনবীগী লীপুন কনখিবনা
থৎপা ওমখিদে লীপুন।

ল্যাকমে কৌবী শকহেনবী
নুংশি মওংলাংগী নুজাদো
থবায়না পোম্বা ওইরগে
পায়মা নুংদবু খল্লক্রে
মওল মওল খল্লক্রে
খোইনৌ য়াংদৌ চাম্নরোই
মতারোই নুংশিবী কনাই
মতেং লৌরগা শানৌনা
নুংশি পনথুং য়ৌগদগে
অসুম অসুম খল্লকই।।
নোংমা কৌবা নোঙ্গাশোই
শানৌ ল্যাকমে শকহেনবী
ব্রাহ্মণ চনু চওখোনবী
খোওকাপ নৌরা হন্নকই
কাইদা লোইরোই থাংদুনা
শিঙেল লৈরাং মকাতম।

লৈরাং লৈখোওখাদা চঙ
খুরু খুদক লৈতানা
খুবাং চাংজৌ তরালোন
নুজাই থম্মোয় লকানুংগী
য়াম্বা মপাঙ মেনজরকই —
হাদা খোইনৌ ইভারোই

য়াংদৌ নঙবু চাম্নরোই
নত্তা ঐগী পাউমেনসে
নাম্ন অনী লোত্তদনা
তাবিন্নুগবা পুক্নীং চত্তনা
শাবী ইবুংঙো নুংশিবা
থংলেন মানজা পাম্বুবা
ইমানগী মচানিসু লোইয়ুম্বা
চংবীনা লাক শেংপওম
শেংনা খাইনা কায়নবা
য়ানদবা কৌবা পন্নোম্না
পন্নোন তরেং খাদুনা
নুংশিগী গুমখৈ ওইখিবনা
হন্দক্কী মপোক লাঙোন্দা
থবায়গা হকচাংগা লোয়ননা
মানজা মকা য়ৌগুমদ্রে।
পোনগুম্বা হকচাং অসিনা
পলেম পম্মৌগী পেন্নবা
তিলহৌরসনু ভারত লৈহাওদা।
ঐগী থবায় মিরেনদি
মানজা মকা য়ৌগ্রগে
থংলেন নাক্তা বাইখুংলুরগে

পাম্বু খৌগল ফংলুরগে
থবায়গা হকচাংগা খায়ননবা
খোইনৌ নঙনা তেংবাংবিয়ুনে
ইত্তারোই ঐবু খৌজানবিয়ুনে।
অসি বাবু হায়রদুনা
ব্রাহ্মণ চনু শকহেনবীদো
থম্মোয় লৈকা চোম্লবা
পিরাংনা মিংম্না থম্বাল থুম

শিঙেল লৈরাং মকমলাং
নিজবি মহ-ময়াই লৈরাংগী।

নুজাগী থম্মোয় খোনবা
য়াবা পাউমেলদু তায়গা
পুকচেল অনী লোঙদনা
থম্মোয় শেংনা নুংশিজবা
শানৌগী পুক্নীংদু খঙলদুনা
লৈরাংনা লৈরাংগী লৈয়োন লৈরিক
শিঙেলগী মহয় মরু
থাকপা লৈতনা অমতা
নুজাগী খুবাম থম্নমক্তবু
অপাম খুদম তাক্লবা
নুংশি লৈহাপ তম্মীখি।।
নুজাই থবাই মিরেম্না
মশাবী মকা য়ৌরনি
মথংলেন নাক্তা রাইথুংলনি
নুজাদো পায়মনুংদো থম্লদনা
খোইরুম মোমোন নোকচখি
মায়থোঙ মকা লামজখি
খোঙকাপ নৌয়া থাংজিনখি
নিঙোল থাঙ্গ কাদা
ফমফম লাংদবু ফম
নুংশি মশুং লাংগী
পাম্বু মহাক থক্তী
খোমলেন তুমখুম তানখিদো
থমনুং শম্বা তানখিদো

অমংগী থরে চনখিদো
খুজোক থম্না পুজরকপা

লৈরাংদুগী মতীক ময়াইনা
শিঙেলদুগী মহ ময়াইনা
পুণীগী ওইনা মীকপ
তানবিদো নুজা শকহেনবীদো।

কোয়ৌ নুমিৎচুদে হৌরদুনা
হিদাক হায়বা মিথোলসে
লৌখিদো শিঙেল লৈরাংনা
ময়াই কনবী লৈরাংনি
মহ চাউবী শিঙেলনি
শজোই হিদাক মপাল নীংথিবী।

# শয়েং পাম্বোম ভাম্নৈ

শয়েং পাম্বোম ভাম্নৈ
শকতাম্না শিঙেল লৈরাংনৈ
শিঙেল নঙবু কনানো ?
লৈরাং নঙবু কনানো ?

পোইরেনা নোংপোক-চীংখৈ পাংবলম
কোরৌ মশেক্না অহান খোঙদালম
লাইজ ঈশিংনদি কোনবা লম
শিঙেল মাগী পোক্লমনে
লৈরাং মাগী অহান হৌনলমনে।

নোংপোক লৈরাং লৈনুংশি
অদুঙে — নহাননোং
নোংমা কৌবা নোঙ্গাশোইদা
লৈরাংনা শয়েং পাম্বোম ভাম্নঙে
নচেম শকপী নোংচুপ শিঙেলনা
মাগী লাম্বা থোরকলে খন
থম্মোয়নুংদা মিপাই থরক হন
মিহন চেঙুম চেঙানা
কোলোয়খিবা য়াবা মপাউদো
অকাও পরে চন্নবরা শিঙেলও লৈনুংশি
অসুম্না য়াবা চিঙোইখিবদাই —
অপাম নুংশি লাইরেম্বী ভেনস্
ভেনস্ লাইরেম্বীনা তৌখিবা শাপ
শাপতো লেম্না মাঙফরোই কদৌনুং।

শানৌগী নউদগী শেম্বা মতেনচানা
লীরীদা বায়রা তেঙ্গা থোং
তেঙ্গা তেনজুম্নরকপদি মতমদা
শকহেনবদি অপাম-নুংশি লাইরেম্বা
কোলোয়না মাগী কিউপিদ
শকহেনবা কিউপিদ চাং তাখিবদো
চাং তাখিবদো কিউপিদ
মিংম্না থম্বালতদা মউখি
থম্মোয়দদি য়ৌখিদে, থম্মোয়দদি পানখিদে
কিউপিদ মায়থীবা ফংখি
তাওজা ফিরুক খুমখি।

কিউপিদনা মায়থিবা ফংলবদা
ভেনস শাওবনা মৈ থোকখি
অশাউ মৈরিনা মৈরীথোক
খাম্বী মৈশা লাংলদুনা
তৌখিবা শাপনি শাপ
লৈরাং লৈনম চেন্নুনু হায়না।
অদুই নোংলেন নোংজাদে হৌ
লৈরাং লৈনম চেনখিদবনি
লৈরাং লৈনম চেনখিদবনি
ভেনস লাইরেম্বীনা তৌরমবা
শাপনি শাপ শাপনি শাপ।
লৈনম চেন্দ্রবা লৈরাংদি
লৈনম চেন্দবা শিঙ্গেলদি
শিঙ্গেল অরেম্বনি লৈরাং অতিঙ্গানি
কাউফরোইদো ইশানৌ ইবেম্মা শকহেনবী

নোংপোক লৈরাং শকহেনবীনা
নোকচুপ শিঙ্গেল মচেন্না

চিজোইখিবা য়াবাদু তারগা
কোলোর মপাউ খুমজনকই, নোঙ্গুরা
য়াদা ইচেম শকপী ইবেম্মা।
ইচেম ইবেম্মাও নুংশিবী
অপাম নুংশি লাইরেম্বী জেনস্
জেনস মাগী শাপ, শাঙ্গু কোয়বা
সহায় উপায় তৌবিনবা নৌজেদো
ননাও ওইবী ঐহাক্কীসু।
উপায় তৌবিরকইদো বৈজ্ঞানিকশিংনা
হৌজিক ননাও থবায় য়াম্রে
ইচেমহন্নগী তুংবু ইনবা ওমজবনি
তুং ইনবতা নত্তনা
মাত্তফাও থানা চংপা ওয়গনি।
তাবিরমগনি ইচেম ইবেম্মসু
পাউচে কয়ানা ইনখিবদো শন্দোকখিবদো
চেফোঙ কয়াদা য়াওখিবদো
বিলাটকি মহারানী ভিক্তোরিয়ানা
ফরাসী শকতাম্মা ম্নাকৈথেলদে
ফ্রাঙ্ক লীশীং কুনগামাথোই পীদুনা
লৈখিবদো শিঙেল লৈরাং ঐহাকপু
ওম্না লৈখিবদো লৈমতা চিখয়মদবদো
লৈনা অমতা ফাও তাহৌদবদো
ওন্না লৈখিবদো লোইনমক লৈখিবদো
অকাউ পরে চনবীরমলোই নীংজেদা
ইচেম ইবেমনাও নুংশিবী নঙবু।

নোংচুপ লৈরাং শকহেনবীনা
হন্নমক্তবু য়াবা পাউখুমলকই —
ইশানৌ ইবেম্মা শকহেনবী
তিন্নাং থকয়োঙনা তাত্রোকো মুম্না

ইচেমদি ক্লিওপেত্রাগী খোইদা লৈনিদো
ইবেম্মা শ্রীমতি রাধিকানা
ইবুংগো শ্রীকৃষ্ণগী
লৈগী শয্যা শেম্বগুম
ইতা ইবেম্মা ক্লিওপেত্রানা
শিংগেল লৈরাং ঐতবু শীজিন্না
ইরমদমদা শাংগা লৈরাংনা কোন্নদা
নোংচুপ লমদে লৈরাং ঐতবু চেন
হিরোই মপোং মপোং পুরক
লৈরাং ঐতনা লৈতেং ওই
শেমখিদো লৈগী শয্যা
মার্ক এন্টোনিগী থম্মোয় ফানবা
কুম্মেদো ইশানৌ ইবেম্মসু তাবিরমগনি।
করিনোনে?
ভূমধ্যসাগর থক থক নীকখিবনি
ঈথক চাউনা চাউনা হৌখিবনি
ঈথক ইপোমদুদা তাউখিবনি ঐ
ঈরোইখিবনি ঐ
জগোয় শাখিবনি ঐ
মালং মাগী ফৌরোইবু ইন।

মসিনসু লোইবা নত্রি
ভারতকী স্নাকোনুং ওইরিবা লালকিল্লা
লালকিল্লা মনুংদা লৈতেংলিবা
খুৎহৈরবা কলাকারশিংনা চণ্ডখোম্না হক্রুবা
উচন চানা চেৎনা চল্লবা
সনা মচুই লীকলী মচেৎতনা লৈতেংবা
লুরবা লাঈজনা মথক্তা চেহ্নরকপদি
সনা মচুদৈসু হেন্না নীংথিজে
চেহ্নরকইবা লাঈজ ঈশিং অদুদা

কাল্লেনগী ওল্লাংথাগী মতমদা
মোগোল নিথৌরেলশিংগী
লৈমরেল বেগমশিংনা ঈশিংদুদা
ঈতীংফম, ঈরুফম, চাইথফম ওই।
লৈমরেন বেগমশিংনা লাঈজা ঈশিংদো
লৈরাং ঐগী ইনম য়াওব্রবদি
চাইথদে, ঈরুদে, ঈতীংদে
বেগমশিংগী পামজবী খোয়দাজবী
নচেম ঐগী ইনমনিদো ইনাও ইবেম্মা
মসিমসু খঙজিনবিয়ুদো ইনাওনা।

নোংচুপ লৈরাংগী মী উশিংতবা, চাউথোকপা
নাপল কাবা বাঙাংদু তাবদা
নোংপোক লৈরাং খোয়শাওননা
মতীং ওমখৈ যুদোক পাউখুমলকই —
ইচেম শকপী ইবেম্মা তাবিয়ুদো
রুসকী মমোমলোয় শাফবী
চাউদম শাংদম শকহেনবী মেম চনুনা
লৈখিবদো স্নাকৈথেল শকতাম্রফমদে
রুবেল চা কয়া তিং
শিঙেল ঐবু পামজবদে
লৈরাং ঐবু থেৎচনীংবদে
অগোয় শাফমদা লিংলনবা গাউন্দা
কোক্তা উপননবা কোকথোন্দা
থেথখি লৈতেংখি লৈতেংখি থেথখি
ওক্লা য়েংনখি মীয়াম্না ওক্লা য়েংনখি
অগোয় শাফমদা তিনখিবা মীয়ামনা
ওক্লা য়েংনখি য়েংনখি ওক্লা
ময়ামগী মিংথমফম ওইখি
ওইখি লৈরাং ঐথোন্দা মিংথমফম

নীংশিংবিরুনা কৈনো ইচেম ইবেম্মাসু।

সে সে সোবোতি, সে সে সেবোতি
নঙগা ঐগা কাওনসি, নঙগা ঐগা কাওনসি
কনানা ঙমগে য়েংনসি
সে সে শ্বা থারসি সে শ্বা।

শয়েং থয়না পাম্বোম ঙাম
ইতীক ঈয়াই চীংথোকনা
অচেৎ অকোম হায়দোকনা
চিনদা পাউদাম্না খৎনা
চিনফেন ফবা তাম্না কৈদি কাম্নরি
হুম্নরা লৈতূম বাৎতে
কাউথোক্রসি পূম্নমক কাউনরসি ঙম্না
অসি য়াবাবু চিঙ্গোইনা
নোংপোকলৈ নোংচুপ লৈ
শিঙেল লৈরাং অনীদো
নুংশি চাম্না চিম্না
বারেপনখি অমতা ওইনা
বারেপতি অসুম্না তাখি —

মালেম লৈকোল খুদিং ওং
ফৈদোম ফৈদোম নাইনা হৌ
পরেং পরেং লৈশাৎ তম
লৈখোঙ শেংবা কনাই
পেরে ইফুৎ নাইবদা হাপ্পা
লাঈজ ঈশিং অরুবা
শিঙেল লৈরাংগী চিন্দমবু ওই
খঙ্গোল মাবু হকচীক লাং
থেক্কা থেক নৌগা নৌ

শোয়ারেলগী জগোয় শাবীওম
মলয়া নুংশিং নামিবী
মালং মাগী ষৌরোই ইন
লয়না জগোয় শামিন্না
চেঙলৌ চেঙলৌ শকচান্না
শকা শকা শকয়েংনা
মায়গা মায়গা মায়োক্না
লেংগা লেংগা লেঙোম্না
খজাই লেংঙোন চুপ্না
চীক্না ঈংনা লৈতানা লৈমিন্নসিকো
পূণী তোলোইনা হিংমিন্নসিকো।

নমুপোং ওইবা তাইবংনা
য়েংলসনু মীপূম তিংনা লাক
মালেম লৈকোল নীংথিবা
শিঙেল লৈরাং অনীগী
নুংশি চান্না মতৌ উরগা
হরাও মথোই কাজনি
পলেম ইমা অপোকপীসু
মিৎলুদা পিরাং ঈহৌনি।

পোইরৈ থুংনা ঈংলনি
মালেম শীন্না লৈতারনি
নোংপোক নোংচুপ চান্নরদি
অমতা ওইনা তিন্নরদি
পূকচেল খোয়জেল মান্নরদি
ঈংলনি মালেম ঈংলনি।
ইউনিভার্স্যাল লভ লভ লভ
ইউনিভার্স্যাল লভ
বার্ল্ড পীস পীস পীস

বার্ড পীস
ওঁ শান্তি শান্তি শান্তি
ওঁ শিদবা মপু
য়াইফরে য়াইফরে য়াইফরে।
মপু ইবুংঙোনা য়াইফরে।

## মুনা ঙাঙবী শিঙেল অপিথক

নোংমা চৎলি
নারক ফাও মোংশোং লান
চীক্লবা উমং লখী অমদা
ভিংখং ভুখৌ মরক্তা
খোজুল তাদে লখী লৈত্তে।
চৎলি সুম চৎলি
লেপ্পা লৈতা চৎলি
পম্মুংফম্না কদায়দা
খঙদে খনসু খল্লুদে
কনানা কদায়দা পুরিবা
যম্না থাপনা চৎলে
বারে পোথানীংলে
চোকথরে হকচাং।
উনুংদুদা লৈরম্মী
খোং মচা অমা
কনানসু খঙবিদা কনানসু উবিদা
লিরি লিরি চেল্লি ঈচেল মাগী
লেপ্পা য়াদে মতাগুম।
খোং অদুই মপান্দা
তম্মা তম্মা কুমথরে
ঙহাক পোথাগে নীং
চোকথরবা হকচাং তেকখৎহনগে খন।
পীকনা চেল্লিবা ঈচেলদুই
খোঙনুংদুদা লৈরম্মী নুংপাক'মা

পাক্ত নুপাক্তুদা ফমথে।
নুংপাক্তুগী
ঐনা ফম্নিবা নুংপাক্তুগী
খোঙ ময়ামক্তদা নুংপাক্তে লিংথোরক
চরোং মচা অমদা
শাংলম্মী মুনা ঙাঙবী
শিঙেল মচা অমা অপিখক
পিশক পীক তুম্বক তুম
লৈরাং অপিখক্তো ফজখ্রেদা
শিঙেলচাদো নুংশিখ্রেদা
কোইরপ কোয় মায়থোঙদো
পুক্নীং হুনা নীংথিজে
মিংফম হোংবা য়াখিদে।
লৈরাং মাবু য়েংগে নীংবরা
শিঙেল মাবু হেক্কে খনবরা
লু লুকথরুই
খঙহৌদা খুং তিংথোকলুই
তানজা অদুদা তারকই
মিরবা খোঞ্জেল অমখক
তাখি শোল্লাংলনা হায়রকপগুম
— শোকপীগনু ঐবু শোকপীগনু
শনম মীনম তাজনীংদে
তাইবং খুনাঙ চাজনীংদে
তাইবংগী অপাম্বা মিহৌবা
তাল্লোকপ্রবনে থাপনা
নুংশিরবদি তশেংনমক ঐবু
লেপতুনা লৈবিয়ো ইনাক্তা
য়েংবিয়ো ঐবু পেম্না পেম্না
থম্মোয় পেম্না পেম্না য়েংবিয়ো
য়েংজগে ঐসু পেম্না
নঙনা য়েংগুম ঐবু।

# ইনুং মমৈ ঙানবী লৈ

অহীং মমৈ শাংপী লৈ
ইনুং মমৈ ঙানবী লৈ
শজীক থবা তুংইনলে
শিঙ্গারে কৌবী শিঙেলও
কুন্বী অতেনবা খম্ম লৈ
শিঙেল য়েম্মীং ঙম্ম লৈ
লৈরাংনা ফুগাইনা শাংলম
তাইবং পুক্রীং শুমহৎলম
নিংথম অবাবা খাঙলগা
ঙাইহাক পুজোয় লেন্নগা
নমুতাইবং মীওই পুন্সী
লাইজথক্কী কোঙোলনি
নোংলক্তা কুম্মা নোংখাংনি
লৈরাং নঙনা পাউতাকলম
মালেম লৈকংথক্তা কেন্দুনা
ওম্মা থোইনা খাঙলগা
পুন্সী মতোল লোমখিব্বু
মীনম্বা তাইবংনি খনবরা?

পান্দু কন্না মণ্ডংলাংগী
শিঙেল লৈমন চন
লৈরাং নৌনা কেনখিবনো?
নঙগী নতারোই লিক্লানা
লুপা অহীংবা মচুগুম

তনিক তনিক য়েংলম
মতারোই শিঙ্গারে তুংইনগ্রে
কোরৌহনবনা উরনি নংহৌয়রোই মতানি
লৈরাং পুন্নী লোইখিবা
কোরৌ মৈশা খাণ্ডবা শুমদবরা?

শিঙ্গারে কৌবী শিঙেলও নুংশিবী
তেম্র ফজরা পুন্নীদা
নুংঙাইনা লেনখিবা উরগা
নঙগী চান্নবী ওইনীংলুইদো ঐনদি
কম্নকবা শুমদেদো শিঙেলও নুংশিবী
কনা মকাদা য়েংলমদা
অপেনবা থম্মোয় পীরমদা
লৈরাং লৈমল চনখিবা
ওইনা লমচংলা নঙগী
শিঙেলক্তগী লৈরাং নঙতবু
পামজরুইদো ঐনা।

ঐগী নুংশিবী শিঙেলও
শিঙ্গারে কৌবী লৈরাংও
হায়খিদো নুংশি কুচুদি
বারক্কী তয়ালবু শুমজে
অশেবা মাগী বাবু লৌ
অপাম নুংশি কুচুনদি
শিঙেল য়াইদবু চন
অঙৌবা কুচুনা ইকোয় কোয়
পুকচেল অমকপা লৈতে
উৎলম্বরা নুংশি মকাদা।
কোরৌ মমাঙ থাখিবনা
লুরবা থম্মোয় নঙগী

লেপত্রবা পুক্নীং নণ্ডগী
তাক্রম্বরা পাম্মু মকাদা।
শিণ্ডেল নত্তৌ য়েংলুবদি
লৈরাং লৈশক খণ্ডলুবদি
নীংণ্ডমদা খাম্বী মৈনা চাজ্জনা
লেনবা তারে মপোকসিমা
শিণ্ডেলক্তগী লৈরাং নণ্ডতবু
পামজরুইদো ঐনা
লৈরাংলক্তগী শিণ্ডেল নণ্ডতবু
পামজরুইদো ঐনা।

# কোরৌ মঙাল তাম্নলে

কোরৌ নোংথৌ শলাইলেন
নোংপোক লোইবী চীংমায়দা
সনাগী চুম্নথাং মখোঙদগী
য়োইময়াই মালেম অঙানবা
নোংপোক চীংখে অপানবা
অবাং নোংপোক য়ুরেনবা
অতিয়া কুরু শিদবা
কোরৌ হনবা অঙানবা
সনা মায়খোঙ ফিরুক হাং
নোংপোক চীংখে হুন্নকপা
থাউমৈ মৈরা হনবা
কোরৌ অঙানবা খোঙদারক
নোংপোক মায়কৈ ঙানবদা
কোরৌ মঙাল মায়োক্লা
লোইবী লোকমায় থন্নহৌ
কৌবা লোকমায় ঙাম্নলে
মোমোন মায়খোঙ পু
থম্মোয় মকা লাম
কোরৌ মাবু ওকচবী
য়োইময়াই মালেম অঙানববু
পুনেমজবী শিঙেল লৈরাংনি
হাদা লৈরাং লৈনুংশি
শিঙেল করি লৈরাংনো ?

কুমগী নোংবু মায়োক্তা
লোইবী চীংগী চীংমায়দা
লাইজা ঈঙাক থক
শজিবু থাদা মরুইহন তম
কালেন থাদা ময়োন চোং
ইঙা থাগী থাবুংদা
শিঙেল চাউবা লেপফাবা
লৈরাং শাংবা লেপতম্বা
শিঙেল লৈরাংদি লৈপুংফা
লৈরাং শরেপ ফাদুনা
তাইবং মপু ওকচলৈ
তাইবং মপুই খোইদালৈ
তাইবং পুক্নীং শুমহৎলৈ
হাদা লৈরাং লৈনুংশি
শিঙেল করি লৈরাংনো ?

লৈরাং লৈখোঙ শোম্বা
লৈখোঙ শোম্বা মহাক্তী
শমু খুৎশেম পামদা
খুৎলায়গী খুৎথাবু কিজ
লৈকোল বাংমা লান
বাইরা খোঙদোই হনখিবী
নারক মোংশোং পামজবী
পোকফম পোইরেলম থাদোক
অনৌবা লৈহাওবু খনবরা
লৈরাং চিলহাওবু থিবরা ?

হাদা লৈরাং লৈনুংশি
নাইতোম তাবা পাম্বীলে
নাইতোম শাংপা হৈনবী

চরোং শাংপা পামদবী
লৈচাতা লৈকাফম শাথচবী
শিঙেল করি মওংনো
লৈরাং করি নতৌনো
শিঙেল নঙবু লৈনুংশি।
পূকচেল চাউবী লৈরাংনি
থম্মোয় থোংপী শিঙেলনি
পীথোকপদা হালেংদবী
মীনুংশি খঙবী লৈরাংনি
শিঙেল শামান্নবী মশুংলাং
লৈরাং লেংমান্নবী মফমলাং
য়াইবী থবায় থাঙম্বী
শিঙেল লৈরাংনিদো থৌনাফবী
হাদা লৈরাং লৈনুংশি
শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি
শিঙেল করি লৈরাংনো?

শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি
তাইবংনা শোৎনেদো নঙতবু
মালেমনা কোলোয়নৈদো নঙতবু
তাইবং চিঙ্গাক পীনবী
পোম্বী চিন্দম হনবী
তেনবা কৌবী চেক্লাদি
পায়মা খোয়চঙনা চিন্দমজে
শিঙেলনা হনবা চিন্দমজেবা।
হয়িংখোই কৌবী খোইরাবা
তাম্নজে থবায় তানা
শিঙেল নঙতগী লৈহীবু।

মরম্না লমলেনদি লমনুংশি

পোইরৈনা লমদমদি লমনুংশি
খাগী কৌবা লৈবাক্তদি
লৈবাক মাগীদি মীয়াম্মা
লৈরাংগী নওতবু পাম্লেদো
পাম্না থানেদো নওতবু
লৈরাংগী নওতবু হাম্নবা
মুগা লংগী লংলা চিংবদা।
খোর্জেং পাম্বা কম্মানা
শিঙেল নওদগী শেম্বা
চেগী চেপাংদা ইজনীংঙিদো
শৈরেংগী পরেং কয়াবু।

মালেমদা নমু তাইবংনা
চিঙ্গাক্কী অবাতারা মতম
লাইহুজা ঈকোলদা লৌতাগে
পায়মা নুংদা খল্লকপা
খল্লকপদি মতমদুদা
শিঙেল নওবু লৈনুংশি
লৈনুংশি নওগী চারাবু
হাম্না খোঙদাহল্লিদো মালেমদা
পীনহৈবী শিঙেলনি
চানবী হৈবী লৈরাংনি
শিঙেল লৈরাংদি নহাক্কা
লোইরবদা নপুগী নওগী
পামেল শীংজা ওইনেদো
খাম্বী মৈচাক যনবা।

শিঙেল মউ তাবু য়েংবদি
পামেল উগী উশক্কি
লৈরাং মনাতবু য়েংবদি

তাইবং থম্মোয় ওংদানি
শিঙেল লৈরাংগী লৈচুদি
সনা অহীংবা মচুনি
থম্মোয় চাউবী লৈরাংনি
লোইবী লোকমায় থেলদা
লাইজা ঈঙাক থক
হাইনা হম্না শাথচবা
য়েংবগী পেনবা নাইদেদো।
লৈরাং মানা পোম্বা মতমদা
বায়থৌগী থমজেং মমায়নে.
লৈয়োন মাগী য়েংলুবদি
অমুবা রেশম মপাক্কে
মায়থোঙ তাবু য়েংবদি
কোরৌ মাগী মায়থোঙলৌ
লৈরাংনা ফুগাইনা শাংপদা
সনাগী লৈতেং চেনবলৈ
শিঙেলনা মপুং ফাদুনা
লৈকা ফম্না শাংলবদি
লৈহী মাগী পুঙমদে
লেপচবা ঙমদে মদোম
মালং মমাঙ খাঙঙমদে
খঙোল মমাঙ লেপঙমদে
নোম্না নোম্না খাঙজেদো
চেঙাক মতেং লৌজেদো
শিঙেল করি লৈরাংনো?

শিঙেল লৈরাং শকহেনবী
লৈখোঙ খাদা কক্রগা
লাইজা ঈশিংদা তীংলুবা
লৈরাং মাবু পুমগবরা
শিঙেল মাবু পংক্‌বরা

পংঙ্তুনা পুমদুনা মাঙমদে
চয়োল অহুম ষৌগ্রবসু
লৈরাংগী লৈপোপ কান্নরমদে
শিঙেল লৈমন চন্নমদে
অহোইনদুম্ম ফজরম্মে।
কুশ্বান ভরুক্কা খৌগনবা
ময়ম্না লমলেন্দি লমনুংশি
পোহিরেনা লমদমদি লমনুংশি
কুশীনা মমৈ বায়রকপা
শিঙেলনা মরু ইছন তম
লোইবী চীংগী চীংমায়দা
লাইজা ঈশিং ঈরোয়না
কালেন থাদা শাংচবী
কোরৌ মঙালদা কেজবী
শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি
লৈরাং মাগী কোলোয়দি
শিঙেল মাগী কোলোয়দি
নীংথিজবী লৈরাংনে।

নোংপোক লোইবী চীংদোন্দা
সনাগী চুমথাং মখোঙদগী
য়োইময়াই মালেম অঙানবা
কোরৌ মানা নোঙারকপদা
অঙানবা খেং খেং থুংঙকপা
শিঙেলনা লৈরাং মহাকসু
মমায় নোংপোক ওন্নদনা
শিঙেল ফুগাইনা শাংপলে।

য়োইময়াই মালেম অঙানকনা
কোরৌ বাংনা কারকপদা

নুমিৎপু য়ুংলে ভাগুনৈদো
লৈরাং মাসু কোরৌ মায়োক্কে
শিঙেল মাসু কোরৌ মায়োক্কে।

য়োইময়াই মালেম অঙানবনা
লীবা লীওম তোম্না হুই
নান্দ লীওম খোই খোইনা
নোংচুপ চীংখোঙ তময়াদা
অঙানবদি নেম নেম কুম্নকপা
শিঙেলদি লৈরাং মহাকসু

লৈরাং লৈখোঙ ওম্বরে
মমায় নোংচুপ ওল্লদনা
য়োইময়াই মালেম অঙানবগা
মায়োক্ননা শাৎপা লৈ
শিঙেল করি লৈরাংনো?

লৈরাং ওইবী মহাকপু কনানো
নীংথিজেদা ফজেদা শিঙেলও
লৈরাংনা কোলোই মমিংদি
শিঙেলনা কোলোই মমিংদি
লোইদাম নাবা লৈনুংশি
লৈরাং কোলোয়দি মিংথোনসি
লৈরাং নাবা নুংশিবা লৈ
শিঙেল নাবা নুংশিবা লৈ
লৈরাংগী কোলোয় মিংলেন্দি
কোরৌগী মিংথাং লৌরসি
নুমিৎলৈ কৌরসি নুমিৎলৈ।

# খোইগুম্বী খোইহীলে

ইনুং তাংলৌ চুপ্পা
চহুই পোম্বী লিক্লানা
মালেম চোপ্পা তাবদা
নোংলেন লিক্লা যুরবী
অশংবা তিন্নোই মথক্তা
কোরৌ মশেক্লা য়েবদা
কেজ নৌজবগুম তিন্নোইনা
নৌজরিবী শিঙেল লৈরাংসু
নোম্লুকচে অঙানবা মফম্লাং।

মুনা শংবী লোইবী
লোইবীনা চীংগী চীংমায়দা
কৌবা লোকী লোকমাঙদা
মলয়া নুংশিং নাম্বিবী
খজোল মাদি লমথুংবী
লাংদোন লাংদোন লাম্না
কাইদা লোইরোই হম
খোঙকাপ নৌরা জম্বকপা
বাংলেন মতম অদুদা
শিংঙেল লৈরাংগী লৈনম্বু
লোইরোই খৌগল ইম্নকই
খজোল তুংবু ইম্নকই।

শিঙেল লৈরাংগী লৈনম্না

নুজা ওইবী শানৌশিংগী
নাতোনগী ওমাঙবু য়ৌরকপা
য়ৌরকপদি মতম অদুদা
লৈরাংগী লৈনম্না বাইরকপা
শানৌ ওইবী মহাক্তি
মথংলেন মমান মচাই
নুংশি শহমনি খনজরক্ই
পাম্মু শহমনি নীংজরক্ই
ওন্দা তাউবা কংওম্না
নুংওন ঈপাক্তা তাউখি
নুজা থম্মোয় ওমহৎখি।

থম্মৌ হেরাবু ওমজবী
শিঙেল লৈরাংগী পাম্বোমনি
শমু পাম্বোমদি অনীনা
থিংগাম পেরে থাগোম্না
পেরে থিংগাম কামলকপা
লৈরাং মাসু শাংকায়রে
লৈরাং লৈশাং তম্লকলে
লৈরিক লৈয়োন মঙানি
তনৌ তনৌ তনোপ তনোপ
মতোল সনা তোপ
খজোল শহম ফংবদা
হাইনা হমনা খাঙজবা
কয়াই মতীক ফজবা
কয়াই মতীক নীংথিবা
শিঙেল করি লৈরাংনো?

য়েম্নীং থাগী থামৈদা
লোয়রা লোয়রগা লৈরাংনা

খোইনা হেন্না ফজরকপা
শিঙেল লৈরাংনি শকহেনবী
খোইনৌ য়াংদৌলক্তা চান্নবী
নুংশি লৈনম চেন্দবা
শিঙেল লৈরাংসু ময়াউই।
লৈনম চেন্দবীদি শিঙেলনা
খোইনৌ মতা চান্নবী
লৈনম চেনবী মফমলাং
চিঙ্গোই মপাউ মেনজৈদো
হাদা খোইরোই ইতারোই
খোইনৌ নঙবু চান্নবী
ইতা নঙবু নুংশিবী
অশেবা মানা শৈশকখিবা
তাহৌদবরা ইতা নহাকপু
"শিঙেল লৈরাংদি শকহেনবী
নুংশি লৈনম চেনদবী
শিঙেল নঙবু শীংথাগে
লৈরাং নঙবু পাগেকো
তম্বা ওইবা পাঙ্গলবা
শমু শাওংদি ফজবা
শকম মমিদি লৈতবা
তম্বা মাগা পান্দমলমগেকো
শিঙেল লৈরাং শকহেনবী।"
সুন্না শৈশকলশ্মীদো ইতারোই।

অশেবা মপাউ তাবদা
খোইনৌ নতা ঐহাক্তি
পায়মা পিবুক খৈনা
থম্মোয় লৈকা শেৎনা
খোইরাঙ খোইশাউনে

তাওজা ইমায় উৎনীংদে
অশেবা মাগী মকাদা
ইকায় ফিরুক খুমখিদো।

ওসি কৌবা নোংলেনদা
ইতা নওগী নফমলাং
নতা ঐনা খোওদোইরকপা
অতৈ মরমগী নত্তেদো
খোইনৌ নওবু নুংশিবী
ইতা নওবু চান্নবী
খোইনৌ নতা ঐহাক্লা
ইতা নওগী ননাক্তা
লৈরাং লৈশাং তমজগে
নওগী নুংশিবা লৈনম
থাইজগে নতা ঐহাক্লা।
লেংদোন লেংদোন পক্লনা
শমু লেঙ্গোন চুপ্পনা
খোইনৌ য়াংদৌ চান্নরোই
খোইনৌ ইতারোই ময়ামগা
লৈরাং লৈশাং তম্মীন্নসি
মপুই থৌগল ফংমিন্নসি
ইকাই ফিরুক খুমদনবা
অশেবা মাগী মমাওদা।

শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি
কোলোয় মপাউ মেনজখিদো
শমু মীয়াম তিনবা
সনা কংলা লৈকোন্দা
লৈরাং লৈখন গুনা থা
শিঙেল লৈচন শেম
শঙ্গামবদি লৈকোনলুং

পামজদে লৈরাং ঐদি
খোইদাদে শিঙেল ঐদি
য়াওজনীংদে শক্তাম্নবদো।
লৈরাং লৈশাং তমজনীংদে
শাথচনীংদে লৈকোল অদুদা
নীং-খা তম্না চীক্লা ঈংনা
শাথচবা পাম্বী ঐহাক্কি
লোইজীং লোইন্না লমদা
লোইবী লোকমায় পামদা
খুঙ্গং লৈকোল ফজবা
লৈকোলগী শম্বলবু ওইদুনা
খুঙ্গং লৈকোল ঙাকচগে।

তলা পামেল চাউথোইবা
বাংথোইবা পামেল উহৌবা
পামজরুইদো লৈরাং ঐনা
উকা হৈবী শিঙেলনি
শাইদাং হৈবী লৈরাংনি
পামেল উকা তমজগে
পামেল ফৈরা উফেথক
শিঙেল কায়দোঙ ওইজগে
লৈকা ফম্না লৈশাং তমজগে
তৌত্রি মরোল চুমদবা
খুঙ্গংগী শঞ্জেন নহা
শঞ্জেন নহাগী খুংখং
তৌত্রি খোঙ্গাং মরক্তা
খোনজেল ফৌরোই ভূংইম্না
লৈরাং লৈনম য়েনজগে।

পামেল উকাবু তম্ন

পামেল উগী উপালথক
লৈরাং লৈশাং তমজ
মহয় চুম্না য়ালহনগে
মহয়গী ময়াই পীবিগে।
মহাও লৈবা মহয়নি
তাইবং চিন্দম ওইজৌকো
খোমলেন তুমখুন তানজৌকো।

লৈরাং ইখোঙ খাদদি
কোরৌ মৈশা লাংহল্লু
তাংজ মায়থোঙদা ঐগী
নুংশা মৈশা লাংলদি
কোরৌ মৈনা চাকপনে
লাংবন মৈনা শাবনে
অবা হকশোক লাংগনি
মায়থোঙ ঐগী খাঙঙমলোই।
কোরৌ মাবু ইকায়জে
ইকায় শেঙ্গোয় হাঙজনা
তলা পামেল উরুমদা
লৈরাং লৈশাং তমজগে
শিঙেল করি লৈরাংনো?

শিঙেল মাগী লৈচুদি
লময়ৌনা ভাঙ্গ্রানবী মন্থামচুনি
লৈরাং মানা পোল্লিঙে
পেরে থিংগাম ওংদানে
মতাং মতাং পানবনি
মউগী মতাং খুদিংদা
লৈরাং লৈশাং তম্বনি
শিঙেলনা লৈশাং তম্নকপা

## লৈমায়না ফুনাইনা শাংজকপা

লৈপুম ডংবাই থোকপনি
থক্তা থোংবা লৈনমনি
লৈরাং লৈতোন লৈনাদি
অহম থোক্লা য়াংপনে।
খাগা থাবা লৈনাদি
লৈনা মানা পীকপনা
লৈতোন লৈনা য়াংতেদো
লৈরাং মাগী লৈরিক্তি
লংলা লৈরিক মতানে
মতোন সনা তোম্ননে।

শিঙেলনা লৈরাংগী লৈচুদি
লৈচু মখল কয়ানি
হঙ্গাম মপাল মচু
শঙ্গোম মপাল মচু
লৈচু অতৈসু কয়ানি
কুম্বান যৌরোই তুংইম্না
শঙ্গোম মপাল মচুদৈ
কমলা মচু ওল্লকইদো
শিঙেল লৈথোক অমদা
লৈরাং অনী লৈশাংতম
খাব্রাংনবু শাংপা লৈরাংনে
হাদ লৈরাং লৈনুংশি নঙবু
শিঙেল করি লৈরাংনো?

শিঙেলগী লৈহী অথুম্বা
লৈরাংগী লৈনম নুংশিবা
অথুম্বা কোলোয় লৌরগা
শিঙেলনা লৈরাং মিংথোল্লি

নীংথিজবী লৈরাংনি।
লৈরাংগী কোলোয় মমিংদি
লোইদাম নাবা লৈনুংশি
কোলোয় হেনবী লৈরাংনি
খোইথুম লৈহী চেক্লি হায়রদনা
খোইহী মিংথাং লৌদুনা
খোইহীলে কৌবী লৈরাং
শিঙেল নাক্তগী অথোইবী
লৈরাং লক্তগী শকহেনবী।
মীরমচানা থোনবা কোলোয়না
কোলোয় মাগী মধুমতি।

# হৈরাং লৈরাং পুন্নলে

মালেম লৈশেমথঙেগী মতমদা
নমু তাইবংনা খুন্থোকখৈদা
পলেম পন্থৈ অনীনা
শেংনা খাইনা চামিন্নখিবা
তাউজ্জীং হৈরাং অথুম্বা
শিঙেল লৈরাং নুংশিবা
নুংশি নুংওন্না চিনমিন্নখিবা
তাউজ্জীং হৈরাংদি করি হৈরাংনো?
শিঙেল লৈরাংদি করি লৈরাংনো?

মপোক লাঙোন অমদা
শিঙেল লৈরাংবু ওই-প
মপোক লাঙোন অমদা
তাউজ্জীং হৈরাংবু ওইবা
লাঙোন অনী পুন্নগা
মপোক অমা ওইদুনা
তাইবং পুন্সীং পেলহনবা
তাউজ্জীং হৈরাংদি খোয়থুন্নবী
শিঙেল লৈরাংদি শকহেনবী
লৈরাং লৈচু নীংথিবী
বারক্কী তয়ালবু ঙমজবী
তাউজ্জীং হৈরাংদি করি হৈরাংনো?
শিঙেল লৈরাংদি করি লৈরাংনো?

পোইরে মৈতে লৈবাক্কী
কংলেরোল শৈশকপা কয়ানা
তাউজীং মাবু শীংথানে
হৈরাং মাবু শৈশক্কে
তাউজীং হৈন্দুম অমদা
হৈক্ক চা কয়া পাল্লি
তাউজীং হৈরাং ম্নানা
করম্বা শক্রোন পুরিবা
হৈক্ক অমনা বারী অমনি
হৈক্ক চামানা বারী চাম্মনি
তাউজীং হৈদি করিনো ?

তাউজীং মরুদি ময়ামদো
মরু ময়ামদি পানবনা
অপুনবা শক্তম তাক্লিদো
কাখন কাখন নাইবনা
মগুং মগুং থোকপনা
কাংলুপ কাংলুপনি তাক্লিদো।

থায়নগী চৎনবী বারীনি
চৎনবী কয়া ঈরোয়নৈ
শাবী শানৌ কয়ানা
পুন্সী লৈপুল শেম্বদা
লৈপুল শেম্বদি কোরৌদা
তম্বা ওইবা মহাক্লা
তাউজীং মমুন ফারবা
হৈরাং হৈজীং ফারবা
মপুম অমবু মালেম লৈদা
থাদরগাকায়রবা তাউজীং
তাউজীংদুদৈ চোংথোরকপা

হৈরুম্বু মশীং থীরে হায়রগা
য়ুম্বান পুন্নীদা মখোয়গী
মপারি কয়া শাংকনি
মমোম কয়া ফুইগনি
খঙনা খুদম য়েংনৈদো
হাদা তাউজীং হৈনুংশি
হৈরাং মাদি করি হৈরাংনো ?

হৈরাংনা হৈজীং ফারকপা
তাউজীংনা হৈপুং ফারকপা
তাউজীং হৈরাং মাবু লোক
পরেং পরেং লেং
মপৈ মপৈ পৈ
তাউজীং মাবু লৈম্রেদো
হৈরাং মাবু লৈম্রেদো
তাইবং কুমহৈ ওইনৈদো।
নমু পোং ওইবা তাইবংনা
খেনবু চাংবু য়েংবদা
তাউজীং নঙদি লাইকুনি
হৈরাং নঙদি লাইকুনি
থবায় তানা লৌজেদো।
শিঙেল লৈরাংদগী ওন্নকপা
তাউজীং হৈরাংনিদো নঙদি
লৈশাং চরোং শাংলদি
হৈথোক নঙগী বাথলিদো
নাইতোম লৈশাং তম্লদি
তাউজীং হৈপুম চাউইদো।

তারমদাই কোরৌগী মশেকপু
শিঙেল মানা নোক্লেদো

তাউজীং মানা শীংনৈদো
নচু-ইচু য়েংনসি হায়রদনা
তাউজীং মানা তংথায়তা
তংথায় অনী মরিথোক
মুন্না মুন্না য়েংজরকপা
কোরৌহনবা অঙানবা মাসু
ইকায় শেঙ্গোয় হাঙনা
তাংজা মায়থীরে খন
নোংচুপ চীংদোন লান্না
খোঙকাপ নৌরা হনখিদো
শিঙেল করি লৈরাংনো
তাউজীং করি হৈরাংনো?

শিঙেল লৈরাংদি শকহেনবী
তাউজীং হৈরাংদি খোয়থুন্নবী
মরুওই হুন্নবসু মহৌই
মশাওই থারবসু মহৌই
কুমজা মরীবু শুরবদি
লৈরাং লৈশাং তম্মীদো।
মনা মানা চোংদ্রিঙৈ
কুম্মান মতম য়ৌদ্রিঙৈ
মশা মাবু করুগা
থানবা চারাবু শেন্নৈদো
শিঙেল করি লৈরাংনো?
তাউজীং করি হৈরাংনো?

মালেম লৈমগী মমোমলোয়
লৈপাকলৈকৌবী লৈরাংনা
তাইবং হান্না ফাওরকপা
পলেম মমা ইবেম্মানা

মমোম লাংলেন তুংইনগুম
খোইনৌ মচিন মনাওনি
শানৌ ওইবী লৈরাংনা
শিঙেল লৈশাং তম্নগা
লৈরাংনা মহয় মাক্লকপা
তাউজীং মচেম ওইবনি।
মশানৌ ওইবী লৈরাংনা
মচেম মশুং লাংগীনি
শিঙেল লৈমন চন
মালেম লৈদা কেনখিবা
পুন্সী মতোল লোমখিবা
খোয়নৌ মচেম নীংবগী
অরাবা খুদম ওইহৌয়ে
শিঙেল করি লৈরাংনো
তাউজীং করি হৈরাংনো?

শিঙেল ওইবী শানৌ লৈরাংনা
লৈখোঙ খাগী মালেমদা
ওম্না থোইনা থাঙখিবা
শানৌ লৈরাংগী মতৌদু উরগা
মচেম শকপী তাউজীং হৈরাংনা
লৈখোঙ খাদা ওনথ
তাউজীং মানা পানজবা
হৈরাং মানা পানজবা
খোইনৌ ওইবী মশানৌ লৈরাংদা
মচেম ওইবী তাউজীংনা
নুংশি লমন শিংবনে।

খোইয়ুম লাইফম খুদিংদা
হৈরুক কাবদি মতমদা

তাউজীং মানা থক্তুখোং
হৈরাং কয়ানা খাগা থা
কৎনৈদো নমু তাইরংনা।
খোইয়ুম লাইগী লাইমাঙদা
তাউজীং হৈরাং খিবিক্তে
তাউজীং মানবু হেল্লি তাকপনে।

শিঙেল লৈরাং মিংথোল্লসি
তাউজীং হৈরাং মিংথোল্লসি
পোইরে কংলৈচানা কৌনৈদো
শিঙেল তাউজীং পুন্নলৈ
হৈরাং লৈরাং তিন্নলৈ
কোলোয় হেনবী নীংথিবী
তাউজীং হৈরাং মিংলেনদি
শিঙেল লৈরাং মিংলেনদি
শিঙেল লৈরাং কফোইলৈ
কফোইলৈ কফোইলৈ
হায়নমক্তবু কোলোয় মিংথোল্লসে।

মোইরাংনা লমদমসু লমনুংশি
কেগেনা লমদমসু লমনুংশি
কেগেনা মোইরাং লৈবাক্তা
মোইরাং নিংথৌ পুরিকলাই
চিংখু তেলহৈবা নিংথৌরেলগী
থক্তা অমা শাৎত্রবী
খাদা অমা পোমদ্রবী
মমোম লাংলেন চরৈহন
মজাইবেম্মা থোইবীনা
কবো লোইবু কারকপদা
লমলেম্না কুম্বী তেরাখাদুদা

থাদোইনা চাখিবা হৈরাংদো
করি হৈরাংনো?
কোলোয়খিবদাই
মজাইবেস্মা মোইরাংগী থোইবীনা
সিবুদা থোইনা হাওবা হৈদি
বাইখোংগী কফোইনিদা কফোইনি

তাউজীং হৈরাং হৈনুংশি
শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি
হৈরাং লৈরাং অনী পুম্নলে
কফোইলে কৌবী লৈনুংশি
নীংথিজেদা ফজেদা লৈনুংশি
য়েংবৈ পেনবা নাইদেদা।

# নাচোম লৈ

কোরৌ নোংমদোন থক্তুদা
লাইরেবাক্কীদি লৈকোলদা
শিঙেলনা লৈশাং তম
শাংথলিবী শিঙেল লৈরাংলৈ।
লাইয়ামগী অতিয়া লৈকোল
লৈকোল থোঙ্গাল শঙনলৈ
অচঙ অথোক ওক্লৈ
শিঙেল লক্তগী অথোইবী
লৈরাং লক্তগী অহেনবী
লৈনম্না লৈকাই পল্লানবী
শিঙেলগী লৈনমবু শৈশক্লে
লৈরাংগী কোলোয়বু শৈথানৈ।
লমদা থাগী পানথংলকপা
লৈকায়না লৈকায় খুদিংদা
খুঙ্গংনা খুঙ্গং খুদিংদা
ইনুং নুমিদাংগী মতমদা
শক্লরি শোন্নরি লৈরাংলেন
শিঙেল নুংশি লৈনমলেন
শিঙেল নুংশি লৈনমলেন
লৈরাং মাদি কনানো?
শিঙেল মাদি কনানো?

লাইজা ঈশিংদবু হৌরগা
শিঙেল লৈশাং তম্লিবা

লৈরাং মাবু কোলোয়নৈ
লাইজা ইকায় থীবী।
মালেম লৈদবু হৌদুনা
কংফালদবু শাংলে হায়রগা
তাইবংনা লৈরাংবু কোলোয়দো
কংফাল ইকায় থীবী।
লাইজা ঈশিংদবু শাংলে
লাইজা ঈশিং ঈরোয়নৈ।
কংফাল লমদবু শাংলে
নমু তাইবংনা খোঙনেংনৈ
কাওরেন যম্না নৈহংলি
লাঙোই শগোলনা খোঙাওনৈ।
লাইজা ঈশিংদসু শাংচনীংদে
কংফাল লমদসু হৌজনীংদে
লৈহৌ লৈশাং অনীমক
পামজদে শিঙেল মানা
খোইদাদে লৈরাং মানা।
তলা পামেল উপাল
উপালবু ওইনা হৌজগে
লৈরাং লৈশাং তমজগে
তাইবং থৌগল ফংজগে
য়াবা মপাউ মেনজখি
শিঙেল লৈরাং নীংথিবী।

তলা পামেল চাউথোইবা
বাংথোইবা পামেল উপালগী
উশা কারোং নীংথিবা
পামেল ফৈরা উফৈথক
তেঁনবা কৌবী চেক্লানা
চবুল চবুল তোংদুনা

শঙ্গু শঙ্গু শৈশকপগুম
চরোং চরোং পাম্লগা
চবুল চবুল শাৎপীলৈ
লৈরাং মানা প্যেম্লিঙে
অশংবা মণি মতুমনে
লৈরাংনা লৈশাৎ তম্লবদি
সনা মচুগী থবানমিচাক্কে।
ওম্লাং লমদা হৌরে
কোরৌ মৈশা খাংওমদা
খুকউ শনশা লৈদা ফুন
মালেম থক্তা ওম্না থোইনা
লৈরাং মানা খাওজবা
শিঙেল মানা ৱাজবা
তাইবং খোঙনেৎ কিজা
তিংখংনা খাওন ওন
তিংখংনা য়োম্লবু হৌইদো।

শিঙেলনা লৈমন চন্দুনা
লৈরাংনা পুশী লোইরবদা
থারাক মহয় য়াম্লকপী
নমু তাইবংনা হায়নৈদো
শিঙেল লৈরাং মাগী
থারাক ফাইবোক ফংলদি
তাইবং মহাক অদো
ইনাকপু খুম্লি হায়না।
কুমবাম্না য়েম্নীং থাদা
মরূ ইহুন তম্লগা
লাইজা ইঙাক থক
মালেম লৈদা লেপ
পামেলনা উরেপ ফাজেদো।

মতম অদু য়ৌরবদি
মতাং অদু লাক্লবদি
থরাই পানবা কনাবু
তাইবং কনাবু কিদ্রেকো
শিঙেল মানা কিদ্রেকো।
মায়থোঙ মকা লাম্না
লৈরাং লৈশাং তমজরে
হাদা লৈরাং লৈনুংশি
শিঙেল মাবু কনানো?
লৈরাং মাবু কনানো?

শিঙেল লৈরাং শকহেনবী
লৈরাংলক্তগী অথোইবী
শিঙেল লক্তগী অহেনবী
মোমনু নুজা ওইবীশিংগী
শাইনোনা থাদবু পামজবী
নুরাগী নাম্নদবু মিহৌজবী
শিঙেল লৈরাংনি লৈনুংশি
লৈরাংগী লৈশা পীকপনা
শিঙেলগী লৈখোক তেনবনা
নুজাই নাম্না য়ৌঙমদ্রে
লৈরাং পায়মা পিবুকনুং
মণ্ডল মণ্ডল থম্লকই
বাখল হীরী কোম্লকই।
করি করম তৌরগা
নুজাই নাম্ন য়ৌশিগে
শানৌগী মোম্লাং থাদা
শিঙেল য়াহীপ তানসিগে
বাখল থম্লকপদি মতমদা
থোইনৌ য়াংদৌ চান্নরোই

মতারোই অমবু থিরগা
তেংবাংহনগে খল্লক্নে পায়মনুং।
অসি বাখলবু তৌরদুনা
অসুম অসুম কোয়রক্নে
মালেম থুংনমক্তা কোয়রক্নে
খুঙ্গং কয়া ফাওরকলে
লৈকায় কয়া লাল্লক্নে
তুরেল কয়া লৈহৌরে
কাইনথংদা চওলুরে
পোইরৈ লমলেন অমদা।
মরম্না লমলেন্দি লমনুংশি
পোইরৈনা লমদমদি লমনুংশি
তখেল লৈবাক্তি লমনুংশি
তখেল কৌবা লৈবাক্তা
থেংনরুরে শিঙেল অমা
শাংলম্লেনে লৈরাং অমা
নৌজরিবী শিঙেল লৈরাংনি
কোলোয় মাগী তখৈম্লে।
মতারোই তখৈম্লে নাক্তবু চঙ
চিঙ্গোই মপাউ মেনজৈদো
হাদা খোইনৌ ইতারোই
য়াংদৌ নঙবু চান্নরোই
নুংশিবী নঙবু মরূপলোই
পায়মা পিবুক লৈতানা
তিল্লাং মাবু থকয়োংনা
তাবিয়ুবা ইতা নহাকপু
নতাগী য়াবা পাউমেনসে
চীংলোন মাপলমক্তবু লান
খোঙকাপ নৌরা থাংলকপা
অতৈ করিগী নত্তেদো
ইতাবু হৌগে লাকচবনি

য়াংদৌ খোঙদোই হৌরসি
খোঙবাইরসিনে ইতা নঙবু
পোইরে মৈত্তে লমজমদা
সনা কংলা ময়োন্দা
নতারোই ঐগী ইনাক্তা
লৈরাং লৈশাং তম্বীয়ু
নুজাই নাপ্লা থম্নমক্তবু
শিঙেল নাচোম ওই
ওংমিন্নসিনে নঙ-ঐ।
খোইনৌ নঙবু চান্নরোই
ঙানমিন্নসিনে হাইনা হন্না
কন্নক মিহৌতনা থল্লবা
মালেম লৈকোই অসিদা
তাইবং মালংপান অসিদা।

নুরাগী খুৎশা তনৌবী
লৈহাঙ লৈরেন পুম্মুম্বী
থাওদন মানবী তথোৎপী
নুজাগী শমু খুৎশানা
শানৌগী নাপ্নদবু পামজবী
নুরাগী শাইনোন খাদবু মিহৌজবী
লৈরাং মাবু হেকচরগা
খুবাম থম্নমক্তবু পায়জা
লৈরাংগী নাচোম শেম্নকপা
শিঙেলগী নাচোম শেম্নকপা
কয়াগী মতীক ফজবা
কয়াগী মতীক নীংথিবা
য়েংবগীপেনবা নাইদেদা।
লৈরাংনা লৈশাং তম্নগা
শিঙেল মাগী লৈশকনা

লাঙ্গোই শগোল চুপ্পী
চুপ্পীদা য়ানবা লালু
লালু মাগী ওংদানি।
লৈশক মাগী তুবোনবী
শিঙেল লৈরাংদি মণ্ডাতরা
মণ্ডা-তরা পূন্নে হায়রগা
লংলা কোঙ্গোয় হুক্রেদো
লংলা কিশিবু কিজরে
মতারোই তখৈন্নে তনৌবী
তনৌ তনৌ শকহেনবী
তনোপ তনোপ ফজবী
তরু তহেন নীংথিবী
লৈচু পানবী তখৈন্নে!
তখৈন্নে লৈরাংনা খাগা-থা
শিঙেল লৈরাং তুবোনবী
তুবোনবী মানা থক্ত -থোং
লৈরাংগী নাচোম শেমলেদো
খোইনৌ মতারোই তেংবাংগে
পায়মা নুংদবু খল্লদনা।
য়েংবগী পেনবা নাইদেদো
শিঙেল লৈরাংগী নাচোমদো।

লৈরাংগী কোম্রোয় থোল্লসি
শিঙেলগী মমিং থোল্লসি
হাদা লৈরাং লৈনুংশি
নুজা ওইবী শানৌশিংগী
নাপা লাং চিল্লি হায়রদনা
লৈরাংবু কোলোয়নৈ চিগোংলৈ।
লৈনমলক্তগী অহেনবী
শিঙেল লৈরাং লৈনমলেন

চিগোংলৈ কৌবী লৈনুংশি
তখৈম্রে চিগোংলৈ নাচোমলৈ
শানৌ লাংলেন ওইবীশিংগী
থম্মোয়গী খোরদা লৈ
নুজাশিংগী পামজলৈ
নিংভোল পুক্রীং হূনালৈ
শিঙেল লৈরাং অনী পুমলৈ
লৈরাংলক্তগী অথোইবী
শিঙেললক্তগী অহেনবী
তখৈম্রে চিগোংলৈ নাচোমলৈ
চিংগোংলৈ তখৈম্রে নাচোমলৈ।

# মালেম লৈম মমোমলৈ

পাম্থোইবী নোংপোক পাম্থোইবী
পাম্মু মকাদি তামহৌরে
খাবা মরান পাংবা তারে
পাম্মু মকাদি তামহৌরে।

কায়নরমদাই বাংলেন্দা
শিম্থখিবা নুজাই থম্মোই পিরাংনা
থৌদু নুঙবু ফাওখিদো
পাম্মু মকাদি তামহৌরে।

তাইবং পোকপী পলেম্না
ওলহনখিবা নুজাই পিরেন অদুবু
শিঙেল লৈরাং তনৌবী
থোৎনা নৌবী তনৌবী
মালেম লৈমগী মমোমলোয়
শিঙেল লৈপাকলৈ শায়োনহল্লে।

ইমাগী ইমোম
ইমোম লাংলেন লৈপাকলৈ
ইমোম নঙদি শজীবু লায়েন-তা
কোংবা লৈথোঙ ফাৎলবদা
মালেম লৈকল লৈতেম তোই
থৌদু নুঙ্গাই ফাওদুনা
তাইবং কুমহে য়াওরম্মো।

পলেম নমা ঐহাকসু
ইমোমগী হৈনা নতুং ইনক্কে
ইমোম ইবেম্মা তাইবং ফাওরো
ফাওরো ফাওরো লাংলেনহন।

ফনেক্কা খোইদোম শেথলিঙে
কুমলংনা নাদা চিন্নিঙে
কংলৈ পুংদা ওংখিবী নুজা-ওদে
পেম্মানা নাওশেকলৈওখী

লৈনম্মা নুংশিরকপদা কায়নরেদে
কায়নজসনু লোইয়ুম্মা
হয়েংমুক্কী মপোক্তা
শরী তাকপা তম্বদা
বাইথুংলুগেদে বাইথুংলুগেদে।

ইমাগী ইমোম লৈপাকলৈ
নোংমদোন লাইরেবাক্তদি
শোরারেনগী লৈবাক্তা
মবুং তরেৎ মরক্তা
থাবা মদোম ডানবওম
নোংপোক নিংথৌ মশাইগোন
পাহোইবীগীদি মরানয়ায়
মালেম সনা কংলৈসিদা
পলেম নমা ঐনা য়ৌরক্লিঙে
থাবা মাবু ওইদুনা
তাম্মুকো লৈপাকলৈ
হো লৈপাকলৈ হো লৈপাকলৈ।

নুমিদাং লৈকায় কোয়গনবা

তৌথ্রি মরোল চুমদবা
কানানো দে
হো কনানো দে
চীংজাও লান্না শনশেনবা
লৈপাকলৈ ইংখোল তনৌবী
শোকনু শোকনু শোকনুদে
শোকনু শোকনু শোকনুদে।

# শিঙেল করি লৈরাংনো

লোইবী পামদা ওংবী লৈ
কৌবা লোকমায় শাংনা লৈ
লোইজীং লোইয়া ঙান্নলৈ
লোইয়া তময়া হেন্নলৈ
নারক মোংশোং থন্নলৈ
লবুক লমহাং ঙাক্লৈ
চীংয়া তময়া লৈতেংলৈ
উমং বামং হৌনলৈ
তাইবংনা শীংথাবিদলৈ
লৈচু অহম শুবালৈ
শক্তম অহম তাকপলৈ
অশেংনা শেথাবিদলৈ
মালেম লৈশেমঙে
খাম্বী খঙ্গোল লাইজা
মহৌশা অহম চঙই তাকপরা
নমুপোং ওইবা তাইবংদা
শিঙেল করি লৈরাংনো
লৈরাং কোলোই হায়বিয়ু
শিঙেল লৈশক তাকপীয়ু।

# থাজগী মতারোই থারিকলৈ

ইনুং শোবা ঙাম্লক্রে
বাইনু পবেং পাইবকলে
যুমগী খুনু খোংলক্রে
লমগী কাংঙা চাত্তাবে
মবিংগী যেনবা খোঙনেম্বা
কেক্রে কেক্রে যাকাইবে।
চেক্লা পোম্বী অমুবা
কাক্লা লানবাও চেল্লক্রে
কোবৌহনবা শালাইলেন
অবাং নোংপোক নিংথৌবা
মাযথোং মকা লাম্লক্রে।
লোক্তাক লৈমা ইবেম্মা
পলেম ইমাদি লোক্তাকলৈমনা
ঈথক ইপোম কাবক্রে
নীংথিজবে ফজবে
যেংবগী পেনবা নাইদবে
লোক্তাক ঈপাকসে নীংথিবে।
অবাং কৌব্রু নোংহৌবে
চীংঙুবা থাংজীং ফিরুক খুম
ফিমুগী লৈরুম শুপলক্রে
হিগোক পৌদা যাল্লক্রে
লাংবন হংগাম নিল্লক্রে
হৈরেম চলাই থেম্বীনা
মপাবি চইন থেংবনা

ময়ুম কেগে য়াকেচেক
লৈতান কোনবা অশেবা
শেবুনা গুম্বা য়াকেচেক
চেক্লানা ইঙা কুমদমচেক
ইনুং নোংঙাল্লমদাইদা
ফুম্বী থক্তা তাদনা
ফুম্নৌ য়াদা চিক্তনা
পোম্বী লৈদা লুক্কুনা
তুম তুম য়াকেবা
লোক্তাক তাবা য়াকেচেক
নীংথিরে ফজরে
ফজ গুমখৈ লৈতরে
লোক্তাক ঈপাকসে নীংথিরে।

ইনুং নারল চনদৌরে
য়োইময়াই চীংয়া থাংথরে
তোবর্বুং নুংশিৎ নামিবী
মতারোক্কী খঙ্গোলবা
লোক্তাকপাংনদা শিংলক্রে।
মতম অসিদা নীংথিবী
কম্বোংগীদি মনানা
নোংমদোন তেমশিংনবা লম
চেকয়া কোনদোন্দি পুংদোনলোন
হাদা লৈরাং লৈনুংশি।
লৈকাফম্না শাংপী লৈ
লাইজা ঈরোয়নবী লৈ
লৈরাং মাবু কনানো?

অবাং কৌক্রু নোংজুরে
কৈথেল মানবী নোংদারে

ঈরিল চবুক য়েরক্কে
কেগে খোর্দাক মায়কৈ
মোইরাং লোতাক পাংলদনা
লাইজা ঈনোং কাবনা
ঈথক ইপোম্নদি কারক্কে।

ঈরোলনুংদা পোম্নগা
ইপাল লাংনা শাৎচবী
লাইজা ঈপাক থত্তদি
লৈরাংনা লৈশাৎ তমজবী
থাজ মণ্ডালদা য়াকাইবী
লাইজ ঈনোং কাববু
শিঙেলনা নোংদম ফবনা
ঈপাল লাংনা শাৎপীলৈ।
ইনুং নোংঙাম্নমদাইদা
মথংলেন মপাউ ঙাইবা লৈ
থাজ তেমশীংনবী লৈ
শিঙেল মাগী কোলোয়দি
নীংথিজবী লৈরাংনিদা।

থাজ কোলোয় লৌদুনা
লৈরাং থারিকথা কৌবী লৈ
শিঙেলনা ঙৌনা শাৎপনা
মালংনা মনীল কনবনে
খঙোল মমাঙ খাঙঙমদা
হাইনা হমনা শাৎচবা
করি ওইবগী মনীংথিজনো
করি ওইবগী মফজনো
য়েংবগী পেনবা নাইদেদা
লৈরাং থারিকথা নীংথিবী
লৈরাং থারিকথা নীংথিবী।

# শিঙেল থম্বাল উথম্বাল

চীংগু থাংজীং খুভমদা
তলা পামেল অমদা
লৈরাং অনী খাব্রাংনা শাংলম্মী।
ইবুধৌ থাংজীংময়াথং
তাকপীখি
শিঙেল অমনা
থাংজীং খুভমদা শাংহৌরসনু
লৈরাং অমনা
মোইরাং লাইহজ তুরেল্লু মরীন্দা
শাংলুরো।

মোইরাং থাংজীংনা কুমগী কুমদম্নকপদা
লাইজ ঈরোয়ননা লৈরাং লৈচা অমদি
মোইরাং তুরেল্লু মরীন্দা তাউথখরে
অমনা লোইবী চীংদা
পামেল উপালদা শাংহৌই।
মোইরাং শঞ্জেম্নহাশিংনা
কাওরেন যনবু শেনবদা
লাইজা ঈখৌ লাংদুনা
ইমু ময়োন শংপদা
তুরেল্লুগী ঈমায়থক
তাউথরকই শিঙেলবু উখি।
তাউজীং হৈনি খণ্ডদে
শিঙেল লৈনি খণ্ডদে

তাউথরকইসিবু করিনো লোকই।
শঙ্গেনহাশিংনা হংনৈ য়েংনৈ
অমগা অমগা করিনো করিনো।
শিম্নে শিঙেল মাবু
খুনগী অহলশিংদা
অহলশিংনা কথলি
মোইরাং নিংথৌ পোংলেনহনবদা।
হৈশক লৈশক খঙদবনা
মাঙহনগনুসি হায়নৈ
মপু কংলা ঈশায়ফু
ঈশায়ফু কোন্দা থমলে।
মতম খরা লৈরগা
মপু মোইরাং নিংথৌনা
ইদাইরেমশা!
কংলা ঈশায়ফু মনুংদা থল্লিবা
পোং অদুবু
কেগে মফম কদাইদনো
মোইরাং লমদম কদোমদনো
মফম চানা শেম্মুরো
লৈরাং মাবু থারুরো।

মপুগী মদাইরেমশিংনা
মোইরাং লোক্তাক লাইখুপাংতা
শিঙেল মাবু থারে।
শিকনাং তাংদা চুম্বনা
নেম্বী ফৈরোই খাদুনা
লৈরাং মাবু লৈথারল্লে।
য়াবা অরিবনা খাগা থা
লোইদাম অনৌবনা থক্তথোং
য়াবা লোইদাম মকুম ওইরকপগী

ইঙা কুমদমলক ইঙেল কুমখাইরক
হঙোই কোন্দে নুরাবীনা
লৈরাই শৈশক তোয়রক্রবদা
মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা
মোইরাংগী ইদাইরেমশিং অঙম্বা
নহান লোইদাম মমাঙথাদা
মোইরাং তুরেল্লু ঈমায়থক্তগী
হৈনি খঙদবা লৈনি খঙদবা
পোৎশক অদুবু লৈরিবরা
মাঙপ্রবরা ইপুখোই পাউহংখি।
পোৎশক অদুবু খিবা
মোইরাং অহন ইপুশিংনা
বাকয়ে হিবু তোংদুনা
তোংজেং নৌবু পায়দুনা
কেগে মনুং নুংজেং পাৎ
কেগে মোইরাং লাইখুপাৎ
লাইজ ঈপাকী ঈমায়থক্তা
শিঙেল মনানা ইশং শং
লৈরাং মপান্না ইঙাং ঙাং
শাৎলমলে
করি ওইবগী মফজনো
করি ওইবগী মনুংশিনো।
শিঙেল মাবু হেক্কুনা পুরক্রে
মপু মোইরাং নিংথৌগী
সনাখুৎতা য়ৌরক্রে।
ইবুধৌ থাংজীং লাইদা
কংতবা য়াদে ইপুখোই
সনা য়াথং তাকপীরে।
মোইরাং নিংথৌনা লৈরাং মাবু
থাংজীং লাইদী

খুয়া খাদা কথলে।
তাউজীং হৈরাংনি খঙদবা
শিঙেল লৈরাংনি খঙদবা
হৈরাংলা লৈরাংলা মিংথোল্লসি
ইপু মোরী মাইবা কৌরুরো
মপু য়াথং তাকপীরে।
মোইরাং মোরী মাইবা অমাইবনা
ঈশায়ফু কোন্দা থম্মী হায়বগী
থম্বাল হায়না কোলোইরে।
মালেম লাইজদা শাংপনা
লৈরাং থম্বাল মিংথোল্লে।
চীংগী পামেলদা শাংপনা
শিঙেল উথম্বাল কোলোয়খিয়ে।

## বারক কুন্দো

শিঙেল লৈরাং লমঙানবী লৈরাং চেংলৌ নীংথিবী
লৈচু হেনবী লৈরাংনি পোইরে ঙানবী লৈরাংনি
নারক মোংশোং ঙাম্নলে উমং বামং থম্নলে
চীংনুং মাননুং শাংনলে উরী হায়সি হায়ঙমদে
উপাল কৌসি কৌঙমদে তাইবং চিলহাও থিদবী
উকং উরাংদ কায়দোং তিংখং পামেলদা য়েথচ
বাশা ফৈরাদা শাথচ লৈরাংনা লৈশাং তমজ
লমঙানবী লৈরাংনিদা লমঙানবী শিঙেলনিদা।

অশেব কনানসু শৈথাবীদা লৈরাংনি
লৈরাং লৈহী চেন্দবী শিঙেল লৈনম নমদবী
কম্লক মিহৌ লৈতবী নাপল ফানা শাথচবী
লোকমায় থম্না হৌবী লৈ চীংমায় ঙৌরা লৈরাংলে
শুক্র লোকনুং ঙাম্নলে তয়াল কৌবী হৈরাংনা
হৈরাং বাখোঙ ঙাকচবী তয়াল হৈরাং মায়োকয়া
বারক শঙবী লৈরাংনি শিঙেল মাবু কনানো?
লৈরাং মাবু কনানো? হায়বীয়ুদা অশেবা।

শিঙেল লৈহীসু চেন্দে লৈরাং লৈনমসু নমদে
খোইমু খোইরাসু ইন্দে কুরাক শাখপ তোয়রক্তে
খোইয়ুম লাইদা কথনদে নুরাগী শাইনোন খাদা
নাম্না য়াগে খম্নুদে নুরা পাখং কয়াগী
শাবী শানৌ কয়াগী নুংশি পনথুং য়ৌবদা
লৈপুল পরে লাকপদা লৈরাং পরেং ওইনদে

পামজরুইদো নঙতবু নুংশিরুইদো নঙতবু
শৈথাজনীংঙি কোলোই তাইবং তাবা ঐহাক্না।

নারক শীংলক মোংশোংদা চীংয়া তময়া শঙদুনা
বারকউরক নাইতোমতা লৈরাং লৈশাং তম্বদি
নদোম তরক শাংপদি লৌনম চাউবা কনাদা
লৈরাং খুরৌ চেল্লুবা পায়মা পুক্লীং বারৌনা
শয়েনো পাম্বোম ঙাম্না নদোম লেপকে খনবরা
পায়মা লিংজেল খামল্লি লৈরাং পুকচেল কনমল্লি
শিঙেল করি নতৌনো য়াবা নপাউ শেংঙুদা
লৈরাং খোঙ্গুল লীরনো শিঙেল লৈশক খঙলগে।

পশোং পুকচেল অপানবা লৈরাং লৈশক খঙনীংবা
খঙনীংবা কনা লাক শিঙেলগী খোঙ্গুল লীরক
লীরক্রবা মতমদা নীংজ বাখল ফোঙদোক্কে
বাশক পন্দোল লোমখিব্রা পায়মানুংদা খনখিব্রা
বাকচীং উল্লেন খাংঙব্বী ইঙা নোংলেন নাচুংদা
শজিবু লেনবু কিদ নোংলৈ নুংশিং থওইদা
লিংজেন খাবী লৈরাংনি থৌনা ফব্বী লৈরাংনি
অকি তুজুং পোক্তবী তাইবংদা নতীক উংপ্রা?

কনানা থাবিদবনা তাইবং লৈকোলদা হৌদে
লৈরাং লৈখোঙ শোম্বীদে লাইজা ঈশিং চাইবিদে
নথন্নতা হৌজরক নদোম তরক শাংচবী
লৈরাং লৈখোক লোইরগা লৈরাং নদোম কেনজবী
তাইবং খুংনাঙ চানীংদা শনম মীনম তানীংদা
তাইবংদে থাপনা লৈব্রা বারক্তা ওংবী হৈরাং
হৈরাং তয়াল তঙাংবী হৈরাং মাবু তেমশিংনা
বারক্তা শাংপী শিঙেল চিন্নদনা কেনখিদো।

নুরা পাখং কয়াগী অপাম নুংশি থুনেবদা
লৈপুল পরেং ওইনলে কুন্দো কৌবী লৈরাংগী
লৈরাং মাগী মিংথাংলৌ তয়াল কৌবী হৈরাংগী
হৈরাংগীদি পামজকোন বারক কোলগী মীংথাংলৌ
বারক কোলোই মাণ্ডদা থং কুন্দো হায়বা মীংলেম্না
শিঙেল ভুংদা ইন্দুনা বারক কুন্দো মিংগৌবী
হাদা লৈরাং শকহেনবী শিঙেল লৈরাং নীংথিবী
লৈরাং লৈমন চনখিবা কন্নকইদা কন্নকই।

বারক কোনসে পামজবা তয়াল মাগীতা নত্তে
নঙগীসু শরুক য়াওরি নশাইগোন্নি তাকপরা
নঙভবু নুংশিজরুই নঙভবু পামজরুই
শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি পুকচেল শেংবী শিঙেলও
বারক কুন্দো লমঙানবী কোলোই মীংলেন নীংথিবা
পেম্না পেম্না কৌগেকো বারক কুন্দো শকহেনবী
বারক কুন্দো লৈনুংশি শৈথাজরিদো ঐনা
লৈরাংবু পামজরুবা তাইবং তাবা ঐহাকনা।

# পোইরৈ ঙানবী লৈ

মালেম লৈকোল লৈরাংলেন
শিঙেল লক্তে অথোইবী
লৈরাং লক্তে অহেনবী
লৈচু হেনবী লৈরাংনি
পোইরৈ ঙানবী শিঙেলনি
লৈরাং মাবু কনানো
শিঙেল মাবু কনানো।

শিঙেল নাবা মখোয়রেল
লৈরাং মউ তাবদি
কাওরেল শন্নোই লীবু মানবীলে
শিঙেল থম্বাল লৈরাংলৈ
থম্বাল লৈনা মানবী
মনানা ইশং শং
পোপা পোপা শাৎপনা
লৈপুল লৈরাংনি তাকপরা।

শিঙেল লৈরাং নীংথিবী
নাইতোম তানসু শাৎনলৈ
চবুন ওইনসু শাৎনলে
বাকচীংগী উক্লেন হীনতা
লৈরাংগী লৈবাক শামগবরা
লৈরাংগী লৈবাক শামদবীলে
নীংথমগী নুংশিৎ কিদবী

পোইরেং ভানবী লৈরাংনি
লৈচু হেনবী শিঙেলনি।

লৈরাংনা পুমবুম চক্লু শারকপা
শিঙেল লৈশাং তম্নকপা
য়াঙোয়না য়াচল চুপনী
চুপলিদা য়ানবা চোময়াননি
চোময়ান লাল্লু মানবা লৈ
লৈরাং ফুগাই শাংলগা
অঙৌ পেবু মানবা লৈ
পোইরেং ভানবী লৈরাংনি।
লৈরাং লঙে অথোইবী
লৈচু হেনবী লৈরাংও
মিংথোল্লম্মী লৈরাংদো
কোলোইনা মাগী কুন্দো।
হাদ কুন্দো শকহেনবী
শিঙেল চেংলৌ উরবা
নুজা নুংওল থম্মোয়বু
নুংশি ইরেলদা ভাউহন
লৈরাং লৈনম লোংপদি
নমু তাইবং কিববরা
শিঙেল লৈহী চেন্দবা
কল্লক মিহৌ চাউরবা
খোইমু খোইয়া কিববরা?
লৈরাংনা মোমোন নোক্লা
নুজা মায়থোঙ তম্না
য়েংওকপদি থম্মোয় ফাও
থংলেন মকা তম্নসি
পাম্মু নাক্তা য়ৌরসি
নুজা যাবু হৌবরা?

হাদা কুন্দো শকহেনবী
নুরা পাখং বিবিক্তি
অপাম নুংশি লৈপুন্দ্রে।
নুজাই শমু খুধনা ফংনা
হেকচরগা লৈরাংবু
নীংঙোল খুংশা তনৌবী
লেংজরগা পরেং ওই
হকচবা নুংশিগী ওকশমদা
হকচবা পাম্মুগী ওকশমদা
হকচবা মাঙ্গগী ওকশমদা
লৈরাংগী পেনজবনি
শিঙেলগী নুংঙাইবনি।

# লেঙ লেঙ চৎলি চৎনবৈ

ইপাম লমদম লমনুংশি আফ্রিকাও লমনুংশি
ভুমধ্যসাগর লাইজ ঈশিং ইরেল অচৌবা
মাগী তোর্ব্বান্দা লেপ ইপাম লমদম য়েংলুবদি
শিঙেল পূক্লীং খোইরাংন্তি লৈরাং পূক্লীং নুংওল্লি
পোক্লফম লমদম লমনুংশি খুবাং লাইখ্নন তাজ
খুনীংগী মোদোন কাঙজ য়েংবৈ পেনবা নাইদেদা
নুংশিখ্রে কল্লকখ্রেদাও পাম্মুখ্রেদা শরিশো।

আফ্রিকা লমলেন লমনুংশি পোক্লফম লমদম লমনুংশি
আফ্রিকা তুংওই থনম বায়র খোঙদোই শুল্লকই
খোঙকাপ নৌরা থাংলকই কাইদা লোইরোই চৎলকই
শিঙেল লৈরাং শকহেনবী অবাং হারমবুদি পাং
ভুমধ্যসাগর তোবর্বান লৈরাং লৈশাং তম্নরে
শিঙেল লৈশাং তম্নরে ভুমধ্যসাগর তোবর্বান।

অশাবা লমগী লৈহাও থবাই তানা পামজবী
কোরৌ মৈচাক হৈনবী লাইজা ঈখৌ লাংজবী
ওল্লাং মৈশা মিহৌবী শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি
চীংঙু লাইদ লৈরাংদে নুজাই নাপ্পা নপচদে
অশৈবা কনানা শৈথাবিদে লৈরাং মাবু
য়ামজেম লাইবক চাউবীসু খোইখা লিনখা থাজদে
পায়মা নুংদা নুংইত্তে তেংথা নাওই হৈজদে
পুকলৌ পারৌ তৌজদে মীপান তাংবা পামজদে
নাইতোম তানা লৈজবা শিঙেল লৈশাং তমজবা

হাইনা হমনা শাৎচবা লৈরাংনা পামজবনি।
হল্লুদনা হৌরকপী থারুদনা পান্দোংফা
শরেপ ফারক্লা লৈরাং লৈশাৎ তম্লকপী
শাওং শাদা য়েংলসু চাউদম শাংদম নীংথিবী
লৈরাং লৈপোপ ফজবী নুংশি লৈনমবু চেনবী
লৈরাং লৈচু হায়রগা নাপু মচু লময়ৌবী
চোইনৌ সনা ঙমজবী অশংবা মনা লক্তা
নাইতোম লৈশাৎ তমজবী শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি।
নাপু মচুমানবা লৈনানা লৈরাং কুয়োম ওইরম্বা
লৈরাং লৈশাৎ তম্লক্ল ঙাংশং ঙাঙবা লৈয়োম্নি
উহয় মতৌ মানবনি চাবা হাওদৌ মানবনি
নীংথিজেদা ফজেদা য়েংবৈ পেনবা নাইদেদা।
লৈরাংনা চিঙ্গোইরকই — তাইবং তাবা নমুপোং
মালেমদা তোল্লা তারা লাঙ্গৈর অনং কয়ানা
তেংপাং নিবা চঙজরক পীখি লৈজবা ঐগী
অপাম্বতা লৌখিদো ইশা ইউ ইনা কক
খুৎপায় চেৎনা ইউ পায় পাক্ল ইনা য়েমপাক ওই
নোংলেন নোংজু অকনবা ঙাকথোকচৈ লাঙ্গৈর কয়াই
শমু হকচাং নুংশিবা থবাই মঙা পাম্মুবা।
মদুনসু লোইদ্রিদো ইরু অচৌবা ঐগী
পানা পানা শোইরগা মকক মকক কক্লগা
খাম্বী মৈফম শেম্লগা মৈথৌ মৈরী অকনবা
কম্বী মানা থক্তথোং খাম্বী মৈচাক পীরগা
নাবা অঙাংগী চিন্দম হাওর চিন্দম ওইনৈদো।
থবাই তানা চাজেদো অঙাং নাবা মখোয়না।
নমু তাইবংদা পীবা ইতেঙ ঐগী, কয়াসু
লৈরিদো, মালেমসিদা, কনানসু থৌওইবিদা
ইউ পানা কুপ্না শোই লেমলৈ ঙাকুপ কুপ্ন শু
তোৎনা য়াম্না কুপ্না শু মথেল লুকোই শৈম্নেদো
শংলৌ মথেল ওইনৈদো তারা চাকলেন চাবদা।

শিঙেল মাগী মথৌদাং তাইবং মতেঙ পাঙজবা
লৈরাংগী পেনজবনি শিঙেলগী নুংঙাইজবনি।
মালেম থুংনমক্তবু কোয়রগা অশাবা লমগী
লৈহাওতবু থিরগা লাইজ ঈশিং তুংবা লম
নারক মোংশোং লৈবা লম শিঙেল মানা হৌজ
লৈরাংনা লৈশাং তমজৈ শিঙেলনা লৈশাং তমজৈ।

লৈরাংনা অমুক্তসু য়াবা পাউমেনজরকই
শজিবু নোংলৈ নুংশিৎ কালেন নুংশা অয়াকপা
লাংবন মৈচাক মৈথেংবু মায়োক্ক লানথেংনগে
ইনা অপাকপনবু নোংজু নোংখয়গেদো
হাইনা হমনা লেনজগে ইনীং ইখা তমজগে।
খুৎশেম লৈকোল পামজদে হৌজনীংদে লৈকোলদো
লৈরাং ঐনা পামজবা শিঙেল ঐনা খোয়দাবা
তাইবং মতেং পাংবনি লাইনা পীবা শিম্মানি
কানি হায়সু মিহৌদে তানি হায়সু বারুদে
লৈরাং কোলোয় থোনবিরো শিঙেল ইমিং তাকপীরো।

# পেত্রুকলৈ

লোইবী পামদা শাংপীলে
লোইবী হাও ময়াম্বগা
মনাওগদি অনীনা
পামনা থাবা লৈরাংনি।
থোংনাং খাদা রাজা
মেন্দোং মেন্দাং খোলোন
চীংদদি হৌবা লৈ
থোংনাং খাদা রাজা
মেন্দোং মেন্দাং খোলোন
চীংদদি ওংবা লৈ
নোনেম্বা হাওদি মনাও
তোনেম্বা মনাওনা থাবা লৈ
শিঙেলনা লৈরাং মহাক্তি
থৌদু নুঙ্গাই চীংদা
শাংপী শিঙেল লৈরাংনি
শিঙেল মাদি কনানো
লৈরাং মাদি কনানো।

থৌদু নুঙ্গাই লক্তা
লৈরাং ফুগাইনা শাংপী লৈ
শিঙেল মাদি কৈনুংশি
বাকচীং থাগীদি থামৈদা
নোংঙাল্লমদাইগীদি মতমদা
শেল্লোইগী নুংশিৎ নামিবী
মমায় অৱাং পাংলে হায়রগা

অবাংগী পোৰ্বী লীক্লা লোকে
কাইদা লিরি হল্লকপা মতমদা
অবাং লমশোক চঙৌরি
খাবা উক্লেন হীনা
পন্থেংলকপদি মতমদা
কাওরেল শনগী শনয়াঙদা
উক্লেন হীনা তাবা মতমদা
কাওরেনদি শম্না
মখ্যাং কোম্না খাঙবা উম্নি।
অবাং লমশ্যোক চঙৌরি
খাবা উক্লেন হীসিনা
মোইরাং লোক্তাক ময়ায়দা
ঈমায়থক্তা তাবদা
লাইজ ঈনুংদা লৈবা ঙা
লেমলৈ ঙাবু পঙনা শিবা উম্নে।

অবাং লমশোক চঙৌরি
খাবা উক্লেন হীসিনা
পন্থেংলকপদি মতমদা
থৌদু নুঙ্গায় মথক্তা
শিঙেল মাগী লৈরাং লৈকাদা
খাবা উক্লেন হীদুনা
য়েনা তারকপা মতমদা
লৈরাংগী লৈরীক শামগবরা হায়ববু
শামদবা শিঙেল লৈরাংনে।
পামেল উথক্তা তারবসু
পামেল উবু কংবা উম্নে।
থৌবোম য়াংগেন থক্তা তারবসু
থৌবোম য়াংগেম কংবা উম্নে।
শিঙেল লৈরাং মাগী

লৈতোন থক্তা তাবা কান্দা
শিঙেল মাবু কেনগবরা
লৈরাং মাবু লৈরিক শামগবরা
লৈরিক শাম্বরা য়েংবা মতমদা
লৈরিক শামদবা লৈনে লৈনুংশি।

শিঙেল নাওবা মখোয়রেল
লৈরাংগী কোলোই মমিংথোন
ইমানা লোইদাম লৈনিনে
লৈরাংগী লৈপাল য়েংবদি
শানৌ থম্বাল মানবীশিংগী
খুবোমগী চংলৈ মানবী লৈ
লৈরাংগী লৈনা য়েংলগা
কাওরেন শম্লে মানবী লৈ
লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎপদা
কুহীচাদি কুম্বান থোং
কুমজেং কোরী কানা শাৎগীলৈ
শিংঙেল নাওবা মখোয়রেল
লৈরাংগী কোলোই মমিংথোল
ইমানা লোইদাম লৈনিনে।

পাখংগী শলাই পেত্রুক
পেত্রুক মাল্লি হায়রদনা
পোইরৈ বাইমা তানবনা
লৈরাংগী কোলোই মিংথোনববু
ইমা লোইদাম লৈনুংশি
লোইদামনা নাওবা লৈনুংশি
শিঙেল লৈরাংদি পেত্রুকলৈ
পীক্লা চাউনা খাঙনবী
শিঙেল লৈরাং পেত্রুকলৈনি
খাবা উল্লেন হীগা
মায়োক্লবদা লৈনি।

# মৈকং থরো
## (শিরোই লিলি)

পোইরৈ লমদম অরাপ্পা
অবাং নোংপোক চীংনুংশি
লোইবী চীংগী চীংমায়দা
মৈচিন্না পোমায় ভূরিবা
পামেলনা তোমখিন হৌরিবা
মৈচ্রেংনা ভাঙনা তারিবা
ইনুং নুমিদাংবাইরমদা
চেক্লা শন্ন পাইববু
করি ওইবগী মফজনো
করি ওইবগী মনুংশিনো।

পোইরৈ লমদমদি লমনুংশি
থেঙলবা নুমিদাং অহীংদা
লমজাউ খাম্বী মৈচাকপা
নুজাগী পূক্লীং হূবা লম
খোইমুগী থম্মোই লাঙবা চীং
লোইবীচাদি চীংনুংশি
চীংমায় মাদি চীংনুংখোক
চোথে থাঙমায় পাখংবনা
কোনবা লমদি লমনুংশি
নমু তাইবং মালং পানবনা
তাইবং পুম্মী লোইরবদা
পাখং চামনা হাল্লগা
নুরা চামনা ভাইনখেল

নুম্না চামনা হাল্লগা
পাখং চামা ঙাইনচীং
লোইবী চীংমায় নীংথিবা
অশিবনা চৎলি হায়দনা
অশি মিংথাং লৌদুনা
শিরোই চীংবু মিংথোল্লি।

শিরোই চীংগী চীংমায়দা
তোমথিন শাৎপী লৈ
লৈরাং মাগী পলেমদি
চীংশাং নাপোম ঙানবী
কৌবা লোকমায় হেনবী
পলেম ঈরোক লৈমা।
পলেম মমা ইবেম্মনা
ইমাগী ইমোম নুংশিবী
লাংলেন ইবেম্মা নঙদি
মৈতৈ তমদা ওংগনুসিকো
পলেম ইমাগা লৈমিন্নসিকো।
পলেমগী য়াথং ইল্লবী
শিঙেল নঙদি লৈনুংসি
লৈরাংগী মউ তাবদি
কাওরেন শল্লোয় লীবু মানবী লৈ
শিঙেল লৈনা তাবদি
কাওরেন খোঙ্গুল মানবী লৈ
লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎলগা
শংবান্নবা পানবা মচুনা
লৈরাংগী চেংলৌ ওইরিদো।

নুংথিলগী কোরৌ মৈশা লাং
নুমিদাংগী লিকলা খাও

লৈরাং নদোম শাংপবু
থাউমে মৈরা হুনবা
নোংপোক চীংখৈ লাল্লুম্বা
নশাবী মাবু ভাইবরা?
মালং মমাঙ খাংঙমদা
থংগোল মমাঙ লেপঙমদা
নোপ্না নোপ্না খাঙবদা লৈ
লৈরাং কোলোই মমিংদি
চীংগী মিংথাংলৌ
তাইবং তাবা কনানা
"শিরোই লিলি" মিংথোল্লি।

ভারত নোংপোক চীংখৈদা
নাইতোম শাংপী লৈ
লোইবী পামদা ওংবী লৈ
মালেমদা অনী শুদবী লৈ
চীংগী থরো লৈনুংশি
লৈকং থরো লৈনুংশি
কুমজা খুদিং লেপ্তুনা
লৈরাং লৈশাৎ তমদুনা
পলেম থৌগল ফংঙুকো
পোক্লফম লমদম ইমাবু
তাইবংদা মশক তাকউকো
মালেমদা মশক খঙহল্লুকো।

# হাওরৈ

কেগে মোইরাং লমদমদা
শিঙেল ফুগাইনা শাৎপলৈ
লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎপলৈ
কেগে লৌবাই লৌথোং তা
তাউথোংদা লৌরেল য়ৈ
শেন্দাংনা চিনফু লৌনিনে
শঙাইনা কোংয়েং লৌনিকো
খরং মাগীদি নেম্বাই লৌ
চেক্লা খুনুগী পাইথ লৌ
চেক্লা মকু হুইদ্রু লৌ
তিঙিনা মাগী ইতা লৌ
খারানা মাগী ঈফু লৌ
খোইয়ুম মাগী চীংঙাই লৌ
খোইদুম্বা লোকনুং খুমন্দুদদি
শিঙেল ফুগাইনা শাৎপলৈ।

কেগে খম্বা হুইথৌবগী
মশানৌ তালোই অনী লোল্লীদো
মোইরাং খম্বা হুইথৌবগী
তালোই অহনগী মমিংনা
লৈয়েংহনবী কৌইদো
কেগে খম্বা হুইথৌবগী
তালোই অতোনবীগী মমিংনা
লৈয়েং খুবী কৌইদো।
শাবী খম্বা হুইথৌবনা

মশানৌ অনীদি য়েংলদনা
শানৌ নহোয় অনীদি
খোইনৌ নচিন ননাওদি
তরা চাকঙন চারগা
খ্বাংজেৎ মচি নাইরদনা
ফৈজাগী পোপতেক লৈরদনা
হাওশম তুংয়াম্নরদনা
য়োংলৈ খুৎতদি পায়রদনা
খালৈ লৌতারম্মুকো।
মোইরাং খম্বা হুইথৌবা ঐদি
চীংগী পামলৌ লৌচাদো
ওকলেন লাবা খারাওবনা
পাম্নাও শিংনাও তাবা
য়াদ্রে হায়না তারেনে
কেগে খম্বা ঐহাক্তি
তেন্দোং নমদা পোরগা
লিরুং খুৎতদি পায়রদনা
তাংগম য়াদা চিক্তনা
ওকলেন খুমনদি হল্লগেকো
য়াংদৌ শারমদি লীরুগেকো
খোইনৌ অনীদা হায়রম্মগা
মোইরাং খম্বা হুইথৌবা
তেন্দোং নমদা পোরেনে।
কেগে খম্বা হুইথৌবা
লীরুং খুৎতদি পায়রেদো
তাংগম য়াদদি চিক্তনা
চীংগী পামলৌ লৌবুক্তো
ওকলেন খুমন হনথিদো।

য়ারৌ শারম লীরুবদি

কেগে খম্বা হূইথৌবা
মশাবী হৈনা মতুংদা
খোইনৌনা মচিন মনাওনি
লৈয়েংহনবী মচেমনা
লৈয়েংখুবী মনাওগা
তারা চাকঙন চারদনা
ফিমু খ্বাংজেৎ মচিনাই
যৈফজা পোপতেক লৈরদনা
য়োংলৈ খুৎতা পায়রেনে
খালৈ লৌদা লৌতাবা
খোইনৌ অনী লাকপসিদি
খালৈ লৌবুক্তি য়ৌরেনে।

লৈয়েংহনবী মচেমদি
য়োংলৈ খুৎতা পায়রে
তিল্লাং হাইশিংনদনা
হয়িগী কোলোই শোল্লদনা
খ্বাংদি নোম্লেনে।
লৈয়েংহনবী মচেমদি
খালৈ লৌবুক লৌতাখ্রে।
লৈয়েংখুবী মনাওদি
খালৈ লৌতাবা লাকচবদা
মশাবী শমান মচাগী
খালৈ মাগীদি লৌরিদা
লৌরিনদি কৈ-য়েন শাবগুম
শেল্লোই পিরেন মথক্তা
শিঙেল ফুগাইনা শাংলম্মী
লৈরাং মাবুদি উবদা
নুজা পুক্লীং খোইরাংঙে।
লৈয়েংখুবী ইবেম্মা

লৈখোঙখাদা চঙশিন্নে
শিঙেল মাবু য়েংজরে
হাদা লৈরাং ইতারোই
ফজেদকো নহাকসে
লৈয়েং খুবী ঐহান্না
পারি ইচা পোকত্রিঙে
ইমোম লাংলেন খুইথ্রিঙে
নুজা লাইবক চাউবীনা
নাপগী থক্তুদি থেংকেনে।
লৈখোঙখাদা চঙশিন্নে
লৈরাং চিংনা য়েংজরে
শিঙেলগী লৈতোল থংলেনে
মোনুগী নাপ্পা থক্তুদি
শিঙেল মাবু চিনবা মতমদা
লৈয়েংহনবী মচেমগী নাক্তা
চঙশিন্নক্রে লৈয়েংখুবী মনাওদো।
লৈয়েংহনবী মচেন্না
মশানৌগী চেংলৌ উবদা
লৈরাংনা ভাঙনা ফজবগা
মোমনুগী চেংলৌনগা হেনবনে
শক্তা লৈগা চুনরে।
লৈয়েংহনবী মচেন্না
মশানৌগী চেংলৌ উবা মতমদা
নুপা খমবন বানি
নোংলেন ফিখা থাবা বা
হায়দি হায়দনা তেমশিংলে।
কেগে খম্বা হুইখৌবনা
ওকলেন খুমন হন্নুবদি
য়াংদৌ শারম শীরম্বদদি
মালংবগা চেরোইননা

অমুক হম্নদি চৎকে হায়দনা
মশানৌ অনীগী নাক্তা থুংলরে।
লৈয়েংহন্নবী মচেমগী নাক্তা
মোইরাং খম্বা হূইথৌবনা লেপ্লী
নমদগী তেন্দোং থাফাৎত্রিঙৈ
লৈয়েংহনবী মচেমনা হায়রকই —
শাবী মোইরাং খম্বা হূইথৌবা!
ইশাবী নঙগী হৈনা মতুংথোকপদা
ইশানৌ লৈয়েংখুবী অতোম্বী!দি
কেগে মোইরাং ঙাংলৌ
ঙাংলৌ পাখংগী মনিংনবগী
লৈরাং চিন্নিবনি যেংঙু হায়দনা
নুপা খম্বন বা নুংফুৎলেন
থাবা বাবু তাবদা
কেগে মোইরাং খম্বা হূইথৌবনা
মশানৌ ইবেম্মা লৈয়েংখুবী
অতোনবীগী নাক্তা য়েংঙকপদা
লৈয়েংখুবী অতোনবীগী নাপ্পথক্তা
লৈরাংনা ঙাঙনা শাৎপসিদি
শিঙেলনা ঙাঙনা ফজবদা
মোনুগী চেংলৌ শক্লগদি হেনবগা
শক্তা লৈগদি চানবা
মোইরাং খম্বা হূইথৌবসিনা
কেগে চনু লমকেৎপী
মোইরাং চনুদি লমহেনবী
মোইরাং খম্বা হূইথৌবা
হূইথৌবা ঐগী হৈনা ইতুংদা
কেগে মোইরাং ঙাংলৌ
পাখংগী মনিংনবগী মেলৌ
খুদোল চিনবসিদিনেকো

ঙসি খালে লৌবুক অসিদা
মোইরাং খম্বা হুইখৌবা ঐহাকী
চান্না শরুক ওইরগে
হুইয়েন ইরানন‌ং ওইরগে
হায়দনা মশানৌ মনেমচা
লৈয়েংখুবী অতোনবী
ফিমু খ্বাংজেং মচি নাই
কৈজা পোপতেক লোন্নদনা
য়োৎলৈদি খুৎতা পায়রদনা
নুরাগী খ্বাংদি পোলহাইনে
তিন্নাং হাইশিংনরদনা
হয়িদি কোলোয় শোন্নদনা
হারুগী তোংমায় কাওলিংঙেদা
মশাবী মমান মচানা
লীরুং খুৎতদি পায়রদনা
তাংগম য়াদা চিক্তনা
তেন্দোং খাওদগী মচিন পাবা
তেন্দি শৎলে হায়রগা
লৈয়েংখুবী অতোনবী
হয়িগী কোলোই শোন্নদনা
হারু তোংমায় কাওিঙেদা
লৈয়েংখুবী মনাওগী খ্বাংদি পনশিফম
য়াংলেন মাগী নমদা
মশাবী মমান মচাগী
লীরুংদি খুৎতনা চৈরীবদা
লৈয়েংখুবী অতোনবী
মশাবী মমান মচাগী
খালে মাগী লৌবুকনি
লৌরীনা কৈয়েন শাবা লমদা
লৈমায় থক্তা তারেনে।

মোমনু থবায় লৈরিঙে
লৈয়েংখুবী অতোনবীনা
মশাবী মমান মচা
কেগে খম্বা হুইখৌবা
মোইরাং খম্বা য়েংলদনা
তনিক তনিকপা খোঞ্জেলনা
নুরাগী মপাউ পীরম্মী
শাবী মানজা পাম্মুবা
কেগে খম্বা হুইখৌবা
পাম্মু করি বাখলনো
নুংশি করি পুকচেলনো
লাইবক চাউবী মোমনু নুজাদি
পাম্মু হৈনাদি মতুংদা

মোইরাং ঙাংলৌ পাখংগী
মেলৌ খুদোল চিঙ্গে হায়বদি
মেলৌ খুদোল চিনজদেয়ে।
শাবী থংলেন ইবুংঙো
পাম্মুবা নঙগী লৌরী
লৌরিনা কৈ য়েন শাবা লম
শেলোই পিরেনগী মথক্তা
লৈরাংদি ঙাঙনা শাৎলিবসে
চিনজবনি ননাওনা
পিরেন থক্তা শাৎলিবা
ঙাঙনা শাৎপা লৈরাং অসিবু
অমুক্তং মিৎয়েং তাবিয়ুগবা।
কোলোয় মপাউ মেল্লম্মী
লৈয়েংখুবী অতোনবীদো
মশাবী মমান মচাগী
খালে লৌগীদি লৌবুক্তা।

পারি ফুইবা ওমদনা
মমোম শাৎপা ওমদনা
ইঙাংলক্তা শেৎথরে
ইমুলক্তা খায়থরে
লাইবক থীবী ইবেম্মা
মিকুপ খর লৈরগা
য়াইবী থবায় মাঙখিয়ে।

মোইরাং খম্বা হূইথৌবনা
মশানৌদা চিংনা য়েংলগা
খালে মাগী লৌবুক্তা
শেলোই পিরেনগীদি মথক্তা
শিঙেল মাবু শাৎপরা
লৈরাং মাবু শাৎপরা
পাখংনা চিংনা য়েংলকপদি মতমদা
পাখং মাগী লৌবুক
শেলোই পিরেনগীদি মথক্তা
লৈরাংদি ঙাঙনা শাৎপদুবো
মোইরাং খম্বনা উরকলেনে।

কেগে খম্বা হূইথৌবা
মোইরাং খম্বদি অঙম্বা
লৌরীনা কৈ য়েন শাবা লম
শেলোইগী পিরেন মথক্তা
লৈরাং ঙাঙনা শাৎপদি
কেগে খম্বনা উরকলেদো।
চেনশিল্লকলে হায়রগা
খালৈ লৌগী লৌবুক্তা
মশানৌ মনেম মচাবু
ফৈরা থক্তা কোনখৎলে হায়রগা
শানৌ ওইবী ইবেম্মা

নুজা নঙবু মাঙলেনে
কেগে খম্বা হুইথৌবা
পায়মা পুক্লীং খাংতম খন
নুজা ওইবী মাঙলেদো
শমুনা মাঙলে করম্নো
শানৌ ওইবী ইবেম্মা
নুংওন পুক্লীং খারৌনু
হাদা লৈরাং লৈনুংশি
পাখং পুক্লীং লাঙবা লৈ
হয়েং পোইরৈ চাদোম্নং
খাঙম শুদোন নংদুদা
মৈনা খাইদি তাংনা শম
ঙাঙনসনুকো লৈবাক্লা।

হাদা লৈরাং লৈনুংশি
শিঙেল করি লৈরাংনো
লৈরাংগী লৈপালদি য়েংবদা
শানৌ ইবেম্মা নুংশিবী
লৈয়েংখুবী অতোনবীগী
খুবোমদি চংলৈ মানবী লৈ
লৈরাংগী লৈনা য়েংবদি
তাউবা হুইরৈদি মানবী লৈ
লৈরাং মানা শাংলকপদা
কাইরৈ য়েনগী মতোক্কুম
শিঙেল ঙাঙনা শাংপীলৈ
পায়মা খৈনা নুংশিদা
হাদা লৈরাং লৈনুংশি
শিঙেল নাওবা মখোয়রেল
লৈরাংগী কোলোয় মমিংথোল
কেগে খম্বা হুইথৌবগী

থাকে লৌবুক্তদি শাংপী লৈ
লৈয়েং হনবীদি মচেমগী
নুপানা খম্বন লৈ
শানৌ ইবেম্মা নুংশিবী
লৈয়েংখুবীদি অতোনবীগী
য়াইবী থবায়দি মাঙনলে
হাদা লৈরাং মহাক্তি
চীংদা তোংবদি চীংমীনি
লোইবীদা খুন্দাবদি চীংমীনি
লোইবী হাওবদি পুনমক্না
পান্না থাবা শিঙেলনি
পামজনা থাবা লৈরাংনি
হাওবা মিংথাং লৌদনা
নাওবা মাদি লৈনুংশি
শিঙেল মাদি লৈনুংশি
লৈরাং হাওরে কৌবী লৈ।

# চমেন্নৈ

কেগে মোইরাং লমদমদা
মোইরাং লমজা লাঙ্গরবা
কেগেগী লমজা লাঙ্গরবা
মোইরাং শানবা লমগানবা
মোইরাং শানবা লমগানবা
মশানৌ মনেম মচানি
মশানৌ মনেম মচানি
খমুং য়াইদিংগী লাঙোন
খমুং য়াইদিংগী লাঙোল
মশানৌ মনেম মচাগা
নুংশি নুংঙন বারীনরগা
কেগে শানবা লমগানবা
কোলোয় য়াবা পাউমেন্নকই
- শানৌ ওইবী ইবেম্মা
লাঙ্গরবা লমজা ঐহাক্তি
ঙসিগী ইনুংসি লেম্নগা
হয়েংগীদি ইনুং ঙাম্নগা
মরম্না লমলেন অতাম্বা
লমলেন মাদি লমনুংশি
লমলেন চকপী বায়খোং
বায়খোং মাদি লমনুংশি
তরাও চীংগোল নুংদা
তরাও চীংগীদি চীংগোম্নি
হামেং খেজী চীংনি

চিনবু য়েনা নামুংনি
মহা ইরেনবুংদদি
শিঙেল মাবু শাংপীলে
লৈরাং মাবু শাংপী লৈ।
লমলেন চকপী বাইখোং
বায়খোং লমদি লমনুংশি
লোইবী তরাও চীংগোলনুং
হামেং খেনজী চীংজুমলৈ
চীংজুমলৈনা মহা ঈমুরেল
শিঙেল ফুগাইনা শাংপীলে
লৈরাং ফুগাইনা শাংপী লৈ।

লোইবী তরাও পাখংগী
কাওরেল শল থারকপদা
লৈরাং মাগী লৈপালসে
কাওরেন শলনা চেনদনা
শিঙেল মাবু চেনদনা
লৈরাং অরেম্বদা মাঙগবরা
শিঙেল মাঙদবা লৈনে।
নুমিৎনা চীংয়া থাংলকপা
নুমিদাংবাইগীনদি মতমদা
তরাও পাখংগী শলয়াম্না
কাওরেন শনগারকপা মতমদা
শিঙেল লৈরাংগী লৈখোঙসি
কাওরেন শনগী শনখোঙনা
শিঙেল লৈরাংগী লৈখোঙসে
চেন্দুনা পুবা মতমদা
লৈরাং মাঙগবরা হায়ববু
মাঙদবা লৈরাংনে লৈনুংশি।

লমলেন চকপী বায়খোং
বায়খোং লমদি লমনুংশি
তরাও-চীংগোল হামেং-খেনজী
অয়ুক্তা মোমনুগী চেঙদাইফম
ইনুং নুমিদাংগী মতমদা
মোমনুগী তরেৎকি শেম্থিফম
শিঙেল মাবু শাৎপীলে
শিঙেল করি লৈরাংনো ?

লৈরাংগী মউ তাবদি
য়াংলৈ হূইরৈদি মানবদা লৈ
লৈরাংনা পোম্বোম শাৎপদি
লুপাগী যন্ত্র মানবা লৈবাংনি
শিঙেলনা ফুগাইনা শাৎপদি
অঙৌবা লুপা পথাপলৈনে
লৈরাং লৈকা খুদিংদা
অঙাঙবা লৈত্রেং চেনবদা লৈ
ফজ্রেদা নীংথিদা লৈনুংশি
হাদা শিঙেল লৈনুংশি
তরাও চীংগী চীংমায়
লানথ চীংগীদি চীংয়াংদা
লৈরাংনদি ঙৌনা শাৎপীলৈ
শিঙেল নাওবা মখোয়রেল
লৈরাংগী কোলোয় মমিংথোল
ইমা লোইদাম লৈনিনে
লোইদাম নাবা লৈনুংশি
শিঙেল করি লৈরাংনো ?

তরাও চীংগোলদা শাৎপীলে
লোইদাম নাবা চমেম্লৈনি

চমেলনা কুন্দো লৈনুংশি
লমলেন চকপী বাইখোং
বাইখোং লমদি লমনুংশি
ভরাও চীংগোলনুং হামেংখেনজী
মহা ইমুয়োনদা শাংপী লৈনি।
ভরাও লোইবী পাখংনা
চীংগী পামবু য়ানবা মতমদসু
লৈরাং মাবু শোকহন্দবা লৈনি।

কেগে মোইরাং লমজা লাঙ্গরবা
মোইরাং লমজা শামা লমগানবসিনা
লমলেন বাইখোং থুমগোংদা
থুমবু লৌগে চংপা মতমদা
লৈরাং মাসু ফুগাইনা শাংলম্মী
বাইখোং চমেন্নে লৈনুংশি
মোইরাংগী পাখং লাঙ্গরবা
শামা লমগানবা ইবুংঙো
কেগে মোইরাংদা লৈহৌবা
মশানৌ মনেমচা ইবেম্মা
য়াইদিং কৌবী নূরাগী
মেলৌ খুদোলমত্তবু ওইরগে
হায়না পায়মা খৈনা লেপখরেদো
মোইরাংগী শামা লমগানবা
কেগেগী লমজা লাঙ্গরবসিনা।

শামা লমগানবা লমজানা
লোইবী ভরাও চীংগোলনুং
লমলেন চকপী বাইখোংদা
থুম লৌবা চংপা মতমদা
লৈরাং কুন্দো চমেন্নে

শিঙেলনা লৈরাং চারাবু
ফুকলে হায়রগা
চামলৌ লাখল য়েরদনা
কেগে মোইরাং লমদমদা
পুরকপা লৈনি লৈনুংশি
হাদা লৈরাং লৈনুংশি
শিঙেল লৈরাং কুন্দো মচানি
শিঙেলনা লৈরাং লৈনুংশি
চমেল্লৈ চমেল্লৈ চমেল্লৈ
চমেল্লৈ কৌবী লৈনুংশি।

# নাগেশ্বর

নুংশিদা ফজেদা নীংথিদা
হাদা লৈরাংদি লৈনুংশি
শিঙেল করি লৈরাংনো ?
মৈতৈ সনা লৈবাক্তা
মৈদিংগোন চীথংখোম্বা নিংথৌনা
পাম্লিঙৈগী মতমদদি
লৈরাংনা মাবু শাংপা লৈ
পোইরৌ নিংথৌ শকহেনবা
খোইয়ুম্না নোংদম থীকনা
কেগেদি মোইরাংগী নিংথৌগা
আবাদি খাবা লানমীগা
চিরোম্না লৌতুনরগা
মৈতৈ সনা লৈবাক্তা
আবানা লান্দারকপা মতমদা
মরমসু লমলেন লম্নুংশি
লমলেন বাংজীং লোক্নুংখুম
চাখাচাদি শম্নুংথেল
কংগোন মাগী নোংদমলেন
চিবি লোকলাউ পুংনিকো
ভাইরোং থেলগী লোকমাগুদা
অকনবা লাম্থেংনখিদো।

খোইয়ুম্না নোংদম থীকনা
নুংশিবা মচা অনী
লাবন্যচন্দ্র মধুচন্দ্র

পোকপদা ভাইরিবা লৈগম্বা
নৌরিবা লশিং তিলগুম
নুংশিবা মচা অনীদি
আবা লান্দা ফাহৌরে।
মৈত্তে লাম্মী পুন্নমক
অবানা খুদুমদি চনশ্রেদো
লিক্লাই ইবুংঙো নুংশিবা
লানজিন মাঙওইনদনা
সনা কোনুং য়ৌখিদো।

কনা লৈবগে ইপুখোয়
সনায়াথং হংবা মতমদা
চীংঙাখম্বী নোংথোনবী
অখাম চনু থৌরানী
খোইনৌনা মচিন মনাওনা
সনারুম্বা লাঙ্গোই চুপ্পীসে
মনাই অনীনা খামখিয়ে।

হুয়েন লাম্ব্রেংনরুম্বগী
সনা মায়থোঙ খেগুমলাং
হমাংনা ঈরীক চেনবদা
নুংশিবা মনাই অনীনা
চিঙ্গোই মপাউ হংজরকই —
লিক্লাই ইবুংঙো নুংশিবা
অবা লানথেংনরুবদা
সনা মায়থোঙ লাংশিনববু
লানগী লানবাউ তম্বীয়ুগবা।

নিংথৌনা — হা চান্নথোইবী ইবেম্মা
খোইনৌ নচিন ননাওদা

করি হায়না পাউদমসিগে
হাদা চামথোইবী ইবেম্মা
খোনৌ নচিন ননাওবু
করি হায়না পাউদমসিনে
লোকলাউ পুংগীদি লমদম
শদু হাওনা মরক্তা
মৈতে লাম্মী পুন্নমক্তি
অবা লান্দা ফাহৌরে।

লানবাউ অসি তাবদা
লৈমরেনবী অনীনা
লিক্লাই ইবুংঙো নুংশিবা
নুংশিরবা ইচা অনী
সনাগী থৌগল ইনথিবদি
মধুচন্দ্র লাবন্যচন্দ্র
অনীবু কৈদা লৈহৌরবগে?
খোইনৌ নচিন ননাওদা
করিবু হায়না পাউদম্নসিগে
পারি ইবুংঙো মধুচন্দ্র লাবন্যচন্দ্র
নুংশিরবা মচিন মনাওদো
অবা লান্দা ফাহৌরে।
লানবাউ অসে তাবদা
নুপীগী মপোক্তা পোক্রবী
নুজা পাঙল শোন্নবী অনীনা
মমায় থাবু পাংলদনা
পাম্বোম অনী থাঙথলে
মথুং লবাই থক্তা হাপ্লে
মচানা লৈহৌবা লমদমদা
মচা অনীবু কৌরদনা
নোংলেন খোংবণ্ডম কপ্লক্লে

ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা
ইমাগী মধু ইমাগী লাবন্য
পলেমগী খোল্লাং মনমবু কোত্ত্রিবা
হৈজীং ফাদ্রিবা হৈরাংগুম
লৈপুং ফাদ্রিবা লৈরাংগুম
নুংশিবা ইচা অনীদি
অবা লান্মী অকনবনা
য়েক্নবা লান্দা ফাহৌরবোই।
পারি শেংনবা মৈচাক্তি
মোমনু করি ওইরসিগে
নুংশিবা মচা কৌদনা
ত্রিনপ্রোক য়াংদৌ চোংবগুম
মালেম থক্তদি ওনখিয়ে।
থরো কাংদ্রুম ওনখিয়ে।

অসুন্না নুংশিরবা মচা অনী
শেংন-খাইনা কায়নবগী মৈচাক্লা
লৈমা অনীগা নিংথৌগা
মৈতৈ পোইরৈ নিংথৌগা
পাম্মুবা কোনুং তুংওইনরে
নুংশিবা মচা অনী শেম্নরগা
চীংশাং লান্দুনা চীংজাও লান্দুনা
নাপোম তুরে হায়রগা
তেখাও লৈবাক তাখি।
শেম্বী তেখাও লৈবাক তাবা
তেখাও লৈবাক্তি তাবা মতমদা
লাঙ্গোই শামু অঙাওবা
শামু ঙাওরে হায়দনা
মহারাজ কার্ত্তা ইবুংঙো
শ্রীশ্রীগোবিন্দগী থৌজান্দগী

শেন্বী তেখাও লৈবাক্তা
অত্তাওবা শামু ফাখিয়ে।

অত্তাওবা শামু ফায় হায়দুনা
তেখাও প্রজানা নুংঙাইরদুনা
জয়সিংহ হায়না মিংথোনখি।
লাঙ্গোই শামু ফারবাতুং
কোলোয় মিংথোল ফংলতুং
মহারাজ কার্ত্তানা
মহারানী অনী থনম্রে হায়রগা
মনাই চন্দ্রমনি লৌশিংবগা
লোইবী হাওগী কিজেং থোক্রে
হাওশম তুংয়াম্মরগা
তাশোন খুংতা পায়রে হায়রগা
চিরোং য়াদা থেংলে
তোংঙ্গে মরীল লর্ম্বাদা
চীংমী শাদনা লাকপা মতমদা
মরম্না লমলেন লমনুংশি
তোংঙ্গে মরীলগী লমদমদা
লিক্লাই ইবুংঙো লাইনিংথৌ
লোইবী চীংমী শারদনা
মৈতৈ ইমা ইন্দোনশিংনো
কার্ত্তা মাবু কাউবিদ্রবরা?
কার্ত্তা মাবু নুংশিবিদ্রবরা?
অশেংবা খঙদোক্কে হায়দনা
চীংমীগী কিজেং থোক্রে
হাওশম তুংয়াম্মরদনা
লোইবী চীংশাং লাকপদা
মরম্না লমলেন্দি লমনুংশি
হায়নরিবা লমদম্নি শোয়রিবা মফমনি

লিন্দু মাগী য়াংতেকচীং
কৈরাপ খাগী লোকমাগুদা
পামেল উগী উপালথক
লৈরাং ফুগাইনা শাংলক্মী
চীংথংখোম্বা নিংথৌনা
লৈখোংখাদা চগুলে
লৈরাং পাম্বী কেনজরে
শিংগুল পাম্বীনা চাউকনা
লৈরাং পাম্বীনা তামখিকনা
শিগুল লৈতোন ফজবদা
লৈরাংনা ফুগাইনা শাংপসে
সনাগী মিংয়েং তারেনে
নুংশিদা লৈরাং লৈনুংশি
শিগুল ওইবী নহাক্তিনেকো
পোইরৈ লৈবাক কংলৈবাক
পোকনফম লমদম ইরৈবাক
মণিপুর সনা লৈবাক্তা
উদ্রিবা লৈনিকো লৈনুংশি
শিগুল লৈরাং নহাক্তি
লোইবী লিন্দু য়াংতেকচীং
কৈরাপ খাগী লোকমাগুদগী
লৈরাং চারাসি ফুক্রে হায়রগা
চামলৌ লানা য়োমলে হায়রগা
চীংমায় বাংমা লাক্লে
চীংশাং নাপোমদি তুরে
চীংলোন মাপল বাংমা লান
লিক্রাই কার্ত্তা নিংথৌনা
লৈরাং থাগে হায়না খল্লকপদি
শিগুল লৈরাং লৈনুংশি
মফম কৈদা থাসিবনো

লৈরাং কৈন্দা থাসিবনো
মরমসু লমলেন লমনুংশি
মমাংঙেগী মতমদা হায়নরিবা লমদম্নি
লমলাং কৌবা চীংনিংথৌনা
হান্না খুন্দারম্মী হায়রদনা
পোইরৈ চাদোম্নংদা বাঙম শুদোমংদা
খুল অসিগী কোলোই মমিংদি
লমল্যাং চীং নিংথৌগী
মিংথাং লৌরে হায়রগা
লমাংদোং হায়না কৌখিবা
লমাংদোং লমদি লমনুংশি
লৈরাংদি কোলোম শেমগে হায়দনা
শিঙেল মাবু থাখিয়ে।

মৈতৈ পোইরৈ মৈদিংঙু
লোইনাই চীংথংখোম্বনা
লিন্দু মাগীদি য়াংতেকচীং
কৈরাও থেলগী লোকমাঙদা
নিংথৌরেলনা পুরকপা লৈসিদি
লমলেন লম্যাংদোং লমদমদা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা
কোইরেলনা থাংজৌ খুৎতা পায়
লৈকল লোনদি নিপালমক
লৈহাও লোনদি মাপলমক
খুমু লৈকল তৌরদনা
মালেমগী লৈথিলদি তোইরদনা
তুরেলনা লাইজা খোংনুংদগী
ইমুগী ময়োল শৎলদনা
কোলোমগী চারা শেমখিয়ে।

শিঙেল লৈরাং মাদি
লৈরাং চাউবা লেপকারে
শিঙেল শাংবা লেপতম্নে
লৈরাং মউ তাবু য়েংলগা
চাউথোইবা পামেল উপালনি
পামেল লোইহরোই কাবা লৈনি
শিঙেল মাগী লৈরাং
লৈনা তাবু য়েংবা মতমদা
য়াংলে তাউবা হুইরৈ মানবা লৈনি
শিঙেল লৈরাং মানা পোম্বদা
কোরী কোন্দুম শানা পোম্বলে
শিঙেল লৈরাং মানা
ফুগাইনা শাংপা মতমদা
অঙৌবা পথাপলৈ লৈকা খুদিংদা
সনাগী লৈত্রেংদা চেনবা লৈ।
শিঙেল লৈরাং ওইবী মাদি
শানৌ থম্বাল মানবীশিংনা
পম্থৌগী শুমাঙদি মথৌগোন
মিশিগী শুম্বলনা মাঙদা থা
উথাওগী শৃক্তি তুনানবী
লৈকাই য়েংলে হায়রগা
খুম্নক লৈহৌ শিনতাকপা
মোনুগী য়াংকোক্না মাঙদা থা
ইনুংবা নুমিদাং অথেঙবদা
মোনু ওইবী চনুরা লৈশাবিশিংনা
উথাওগী শৃক্তি তুনানবী
কোরৌ থক্তা থাংগৎলি
নুরাগী পুকশিংপী হুইথাপ্নে
উথাওগী শৃক্তি তুনানবী
মালেম লৈদা থাদেদো

নুরাগী খ্বাংদি পোলহাইনৈ
হয়িগী কোলোয়দি শোল্লদনা
ফৌণ্ড মাঙওই তান
নুমিদাংদা লৈশাবীশিংনা
ফৌণ্ড চেংঙৌ তানবা কান
শাইনোম খাদা চিনবদি
শাইগী মতেং পাংবা লৈ।

শানৌ চনুরা লৈশাবীশিংনা
নুমিদাং ফৌণ্ড খুল্লংদা
নুরাগী থাঙ্গা নীংঙোলকা
কাব্রংগী মোন্দুম মোনতেকথক্তা
তুমখুন তানবা মতমদা
ইনুংবা নুমিদাং তাংলৌ
লৈনা থেঙবা মতমদা
নোংঙাল্লমদাই মালংবা
শেল্লোইগী নুংশিং নামিবী
মমায় অবাং পাংলদনা
অবাংগী পোশ্বী লিক্রাদো
লোকদগী খোঙদোই হুনক্রে
ইনুং নোংঙাল্লমদাইগী মতমদা
চঙই পোশ্বী লিক্রানা
নোংলেন চুবগুম তারকপা মতম
চনুরা ওইবী ইবেম্মা
নুরা মিকপ থোকপা মতমদা
থম্বাল মানবী ইবেম্মা
শম্লাং কোয়কক্করিবীশিংনা
ফৌণ্ড খুল্লং চৎপদা
শাইনোন খাদা চিনবদা
শাইগী মতেং পাংবদা লৈ
মোল্লাংখাদা রেংঙবদা

ওরাংদি চিনবা লৈরাংদো
লৈয়াংদি খুইরুম চল্লবরা
শিঙেল মাবু য়েংঙুবদা
মোল্লাং খাদা লৈরম্মে।
শিঙেল মাবু লৌথোকলে
খোইনৌ লৈরাং ইতারোই
নুজা ওইবী ঐখোয়না
পম্বৌগী শুমাঙ মথৌবুংদা
ফৌশু চেঙশুই লাঙবাকান
শাইনোন খাদা চিল্লুরে
ফৌশু খুল্লং লোইরগা
মোল্লাংখাদা তুমিন্নে
লৈরাং লৈরিক শাম্লবরা
শিঙেল লৈনম কোক্লুবরা
মোমনু নুজানা য়েংজরুবদি
নুজাই মোল্লাং খাদদি
লৈরাং খোইরুমদি চল্লমে।
লৈরাংনা খুইরুম চল্লবসু
লৈরাংগী লৈনম কোক্লবরা
হেন্না খোইথুমননা নুংশি।

থায়নগী লৈরাং অমনবা
মল্ল মল্ল লৈনুংশি
শিঙেল মাদি কনানো
লৈরাং মাদি কনানো
অহলগী মতম ওইরবী
চহীগী মতাং য়াল্লবী
শাম পাঙ্গল শোল্লবী
পম্বৌগী শুমাঙ মথৌবুং
দারিনা মাম্নে কাবদা

মরিংগীদি চীংশাং কাবগুম
বাজরবী পলেম ইমাখোইনা
নুমিদাং লৌরাং মতমনে
মনীংদি থমনীং খোক্তনা
য়াবা লোইদাম য়েংজরম্বদি
য়াবা অরীবনা খাগা থা
লোইদাম অনৌবনা থক্ক থোং
করি ওইবগী মনুংশিনো
চীংয়া তময়ানা পুমশং-শং
লোইজীং লোইয়ানা ইনেম-নেম
লোইদাম ওইবসি য়েংজরম্বা
নমু তাইবং পানবদি
হোরেনবু শিনি পাউজেন্দে
হয়েং শিনি পাউতাক্তে
য়োইময়াই মালেম অণ্ডানবদি
শিদয়াই নাদয়াইনি।

তাইবং মালং পানবদি
নোংমা নোংমা লৈরে হায়রগা
শুনা থাঙগুম ময়েং তাশিল্লকপা
তাইবং মালং পানবনি
লোইদাম অসি য়েংল্লুরগা
পলেম মদম মানবী ইমাশিং
হীক্লা হীক্লা কপলক্রে।

শিঙেল নাউবা মখোয়রেল
লৈরাংনা কোলোইদি মমিংথোল
লোইনাই চীংথং খোম্বনা
লৈরাংনা কোলোম শেম্বদা
মপুগী সনা হক্চাংসে

ঙমদা ঙমদা থাই হায়দনা
শিঙেলগী কোলোই মমিংদি
অনাবা মিংথাংদি লৌদনা
লোইদাম নাবা লৈনুংশি
নাগেশ্বর উথাওলৈ।

মৈতৈ পোইরৈ নিংথৌরেল
কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌরেলনা
শেম্বী তেথাওদি লৈবাক্তা
হূইয়েন লালহল্লকপদা
লিন্দু মাগীদি য়াংতেকচীং
কৈরাও খাগী লোকমাঙদা
ফুগাইনা শাৎপা লৈরাংনি
শিঙেল নাওবা মখোয়রেল
নাগেশ্বর উথাওলৈ
নাগেশ্বর উথাওলৈ।

# চোমলাং

পোইরেনা সনা লৈবাক্তা
মরমসু লমলেন মদাইমা
খুমন মপুংয়াইদুদা
নোংয়াই মরানয়াইদুদা
খুমন্না নিংথৌ পুন্সীবা
নিংথৌ অদোন পুন্সীবা
খুমন লৈবাক্তা য়াইফেদো
নিংথৌ সনা হাক্তক্তা
খুমন মচা অকনবা
নোংয়াই মচা অথৌবা
ফৈরা মাগী তনজাওবা
শমু মাদি লেঙ্গনবা
নারা অঙৌ তোরাবা
নোংমগী কোরৌ নুমিৎতি
পায়মা বাখল ভৌরেদো
পোপু লেংজাও লেংদা থোং
মরম্না লমদম অতাম্বা
শিখোং মাগী লালহাপুং
নোইনি থুমদি মায়ঙৌবী
থুমগোই মাদি লৌরুগে
খুমন মচা পাঙ্গনবা
লাবা খোঙদোই জনকপসে
লমদম কদায় য়ৌখরে
লম্বী লমদাংনা শাংবনা
লমলেন শিখোং লালহাপুং

নীংঙেল তবং কোন্দা
খুমন মচা য়ৌখ্রেদো
ইনুংবা নুমিৎ তারক্রে
অমম্বা তুবী নারল চল
নীংঙেল তবং কোন্দদি
চনুরা লেংগা তিন্নশ্মী
নীংঙেল চনুরা লৈশাবী
পহৌগী মোংবদি শংলেনয়াই
নিংঙোলগীদি থাঙ্গ কানিদো
পীপ্রাইবীনা শেনজা কা
নোংত্রাইবীনা য়াজা কা
পহৌ মপানা শেমজা কা
পলেম মমানা য়াজা কা
নুজা মরম্নাই কা
চনুরা ফৌজ তিন্নে
নুজা পরেং ফমলে
ঙাঙনৈদো হরাওইদো নোকনৈদো।
পহৌগী মোংবা শঙলেনয়াই
নুজা যাবা মরম্নাই কা
খোইনৌ মতা চান্নবীশিং
চনুরা পূন্নমক তিন্নে নুমিদাং
মাঙ মাঙদা তরেং থানরে
মোইথাপ খুৎতদি পায়নরে
খিলনরে মাঙদা তরেং
শিন্নৌগীদি মোইথাপ খুৎতা পায়
নুমিদাং নুমিদাং পূন্নমক
নুজা শিন্নাইফমবু কারিয়ে।
থায়না মমাঙগী মতমদা
নুজা ওইবী লৈশাবীশিংনা
শিন্নাইফম কাবা হায়বসিদি

নুমিদাং মোইথাপ নাইবনে।
চনুরা লেজ্ঞা পুন্নমকনা
নুমিদাং শিন্নাইফম কাবদা
মোমনুগী শাইনোন খাদদি
শিঙেলনা মাবু থেংপদা
খুমনগী মচা অথৌবা
অঙৌ নোংয়াই তোরাবা
লৈরাং মাবু উরুরে
শিঙেল মাবু উরুরে
খুমন মচা তোরাবনা।
লৈরাং মাবু য়েংলগা
শিঙেল মাবু উরুরগা
য়াবা মপাউ হংলকই
শানৌ ওইবী পুন্নমক
নুজা ওইবী নখোয়বু
পন্থৌগী মোংবা শংলেনয়াই
কোরৌনা নুমিদাং অথেংবদা
নুজা শিন্নেমান কাবসিদি
নুরাগী শাইনোন খাদা
চিন্নিবা লৈরাং অসিবু
শিঙেল লমদম কৈন্দবু
লৈরাং লৈশাং তম্বনো
পাখংগী পুন্নীং থোইরাংঙে।

খুমনগী য়াবা পাউহং তারগা
চনুরা ওইবী নুজাশিং পাউখুমজরকই
খুমন মচা পাজলবা
নোংয়াই মচা অথৌবা
ঐখোয়না চিনবা লৈ অসিদি
ঐখোয়গী শাইনোন খাদা

চিঙ্লিবা শিঙেল লৈরাং অসিদি
ঙরাংনা নুমিদাং অথেঙবদা
অথেঙবা লাকপা পাখংশিংনা
মৈলৈ খুদোল তম্বীরম্বা লৈনিনে।

খুমন নোংয়াই অথৌবা
চনুরাশিং য়েংলদনা —
লৈরাং অসে পাম্মুইদা
শিঙেল অসে ফজেদা
ঙরাংদি নুংদা লাকপা
পাখংনদি পীরম্বা লৈরাংসে
লৈরাং কদাইদা হৌবগে
মফম কৈদা লৈরাং শাংপগে
হংহৌবরা নখোয়দি?

বাফম অদু তাবদা
নিঙোল চনুরাশিংনা খুমজে
ঙরাং নুংদাং লাকপা পাখং
পাখং অদুনা হায়খবু
ঐখোয়না চিঙ্লিবা লৈসিদি
মরম্মা লমলেন লমনুংশি
লমদমদি অতাম্বা অতাম্বা লমদা
শাংপা শিঙেল লৈরাংনি
লৈরাং ওইবী অসিদি।

শিঙেল করি লৈরাংনো
লৈরাং অসিদি ফজত্রেদা
শিঙেলগী মউ তাবদিনে
পামেল উশং মানবা লৈ
লৈরাংনা লৈনা তাবদি

তাউবা হুইরে মানবা লৈ
লৈরাং মানদি পোন্নগা
অঙৌবা কোন্দুম মানবা লৈ
শিঙেলনা ফুগাইনা শাংপদি
লৈরাংগী লৈরিক খুদিংদদি
কুহী মাগী কুম্বান থোং
কুমজেং কোন্নী কানদি
লৈতোম্না ঙৌনা শাংপলে
হাদা শিঙেল করি লৈরাংনো ?

লৈরাংসে খুমন ইবুংঙো
লমলেন পোইরৌ ফেম্বোইলৌ
লমতক্তি লম্মহন অংথাদি লম্মকোন
শিখোং মাগীনা লালহাপুং
নিংঙেলগী তবং পাংনিদো
অন্দ্রো য়ারবগী মণ্ডমাং
পনমদি নিংথৌগী মশাইগোন
ফুগাইনা শাংপা লৈরাংনে।

অন্দ্রো য়ারবা মণ্ডমাঙ
পনম নিংথৌগীদি মশাইগোন
নীংনা শাথকি পাংয়ায়দদি
শিঙেল ফুগাইনা শাংপলে
লৈরাং ফুগাইনা শাংপলে
পুন্নীং হুবা শিঙেল লৈরাংনে।
শিঙেল নাওবা মখোয়রেল
লৈরাংনা কোলোই মমিংদি
ইমানা লোইদাম লৈনিদো
লোইদাম নাবা লৈনুংসি
লৈরাংনা চোমলাং কৌবলে।

চোমলাং কৌবী লৈনুংশি
লৈরাংগী চারা ফুকলেনে
চামলৌ লানদি য়োমলোনে
অঙৌ নহা তোরাবা
খুমন্নদি পাখং অকনবা
পোপুনগী লেংজাও থক্তুদা
লৈরাং মাবু পুরক্নুনা
খুমন পুংদা য়ৌখিয়ে।

ফজ্জেদা নীংথিদা লৈনুংশি
লমদম পোইরৈ অতাম্বদগী
অঙৌ নহা তোরাবনা
পোপু লেংজাও থক্তুদা
চামলৌ লানা য়োম্নদনা
লৈরাং মাবু পুরকপা
খুমন মপুংয়াইদদি
খুমন ঈতম্বা পাঙ্গলবা
মরম্না লমলেনদি লমনুংশি
পুমলেন পাৎকি পাৎচিন্দা
শিঙেল মাবু থারেনে
লৈরাং মাবু থারেনে
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী
অয়াম্বা পাৎকী পাৎয়ায়দা
লৈরাং শীম্নদি শাৎখিবনে
পুমলেন পাৎতা ওংবা লৈ
পনম নিংথৌগীদি মশাইগোন্দা
লৈরাং মানা শাৎলগা
শিঙেল মানা শাৎলগা
খুমন পুংদদি ওংবা লৈ
পুমলেন পাৎকি পাৎয়াইদা

ফুগাইনা শাৎখিবা লৈরাং
শিঙেলনা নাওবা মখোয়রেল
লৈরাংগী কোলোয় মমিংথোল
ইমানা লোইদাম লৈনুংশি
লোইদাম নাবা লৈনুংশি
পুমলেনগী চোমলাং কৌবীলে
শিঙেলনা ফুগাইনা শাৎখিয়ে
লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎখিয়ে
মরম্নসু লমলেন লমনুংশি
খুমন্দা শাংপী লৈরাংনে
খুমন্দা শাংপী শিঙেলনে
হাদা চোমলাং কৌবি লৈনুংশি।

# তাংগোংলৈ

কেগে মোইরাং লৈবাক্তা
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা
শিঙেল মাবু শাংলকপা লৈ
লৈরাং মাবু শাংলকপা লৈ
শিঙেল করি লৈরাংনো?

মোইরাং নিংথৌ ইবুংঙো
কেগে নিংথৌ পুন্সীবা
মোইরাং নিংথৌদি পুরিকলাই
নিংথৌ শানথ পুন্সীবগী
মপু সনা হাক্তক্তা
শিঙেল মাবু শাংপা লৈ
লৈরাং মাবু পুরকপদা লৈ
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা
নিংথৌগী মনাই অচানবা
অঙম্বা লাম্লোই ফম্নাইবা
কেগে মোইরাং ফম্নাইবা
নিংথৌগী মপাউ পুবনে
চংলু চংলু অঙম্বা
অঙম্বদি লাম্লোই ফম্নাইবা
ঙসিদগী হৌদনা
মোইরাং লোক্তাক কুম্নগা
ঙাতেক ঙানৌ ফারোকো
মোইরাংগী হাইনু অচানবনা

কেগে লোক্তাক কুমলে
মোইরাং লোক্তাক কুম্মদনা
ঙাতেক ঙানৌ ফারেনে
ঙারীনা চকুন শারদনা
মপুই মনাই অচানবদো
তাংগোংলোন কাদৌরে।

পম্মৌ মপা ইবুংঙো
হাইনু অচানবনা
লেমলৈ ঙাতেক ঙানৌদিপু
তাংগোংলোন কারমদাইদা
অঙম্বগী মমোম ইবেম্মা
হাইনু অচানবগী মমোমলোয়
অমতা পোকপী ইবেম্মা
চীংজিন খোমোন্দু অঙনলা
মথক্তা মচেম শাংতবী
তাঙনা পোকপীদি ইবেম্মা
হাইনু অচানবগী মমোমলোয়
হাদা লাংলেন ইবেম্মা
লৈমা নীংথি তরেনবীনা
নুরাগী নামবা ফিশাশঙ
ইয়োং শমদিং হুম্রিঙে
পাশোথকি থাংমায় লাক্রিঙে
পম্মৌ মপা ইবুংঙোনা
লোইবী তাংগোংলোন কারমদাই
মমোম লাংলেন ইবেম্মা
লৈমা নীংথি তরেংবীনা —
পম্মৌ ইপা ইবুংঙো
ঙসিগী ইনুং ঙাম্রে
ঙসিগী কোয়ৌ অসিদা

পম্বৌনা লোইবী কাদনা
তাংগোংলোন য়ৌগদৌরি
পম্বৌ ইপা ইবুংঙোনা
লোইবী তাংগোংলোন কাবদা
নমোমগী করি পুবিরক্কনি
নচাগী নমোক পুরকউকো
তাজীং হৈরাং ওইরবসু
শিঙেল লৈরাং ওইরবসু
হৈরাং লৈরে পুবিরকউ
লৈরাং লৈরে পুবিরকউ।
মমোমগী কোলোয়সি তাবদা
পম্বৌ মপা ইবুঙো
পম্বৌ হাইনু অচানবনা
হাদা লাংলেন ইবেম্মা
ইপাগী ইমোম লাংলেন
পম্বৌ ইপানা লোইবী
তাংগোংলোন কাবা কান্দা
তাংগোংলোন য়ৌরে হায়রগা
হৈরাং ফংলৈ পুরক্কনি
লৈরাং ফংলে পুরক্কনি
ইপাগী লাংলেন চরৈহন
ইমোমগী নানবদি ফিশাশঙ
ইয়োংনা শংদিং হুন্দুনা
পাশোং খাংমায় লাক্লনা
লৈরম্মুকো লাংলেন।

হাদা পলেম ইমা ইবেম্মা
পম্বৌ ইপা ইবুংঙোনা
লোইবী তাংগোংলোন কানবা
তরাদি চেংজেল য়োম্লো

য়ুরে য়ুখাওদি হাল্লেনে
মমা মচা অনীনা
পল্লৌনা তাংগোংলোন কাবদা
তরা চেংজেল য়োমলেনে
লেমলৈ ঙাত্তেক পুদনা
হাইনু অচানবা ইবুংঙো
তরানা চাকঙন চাদনা
হাওশম ভুংয়াম্মরগা
মোইরাং হাইনু অচানবদো
লোইবী তাংগোংলোন কাখিয়ে।

লোইবী তাংগোংলোন্দি য়ৌবদা
কেগে মাদি ফম্নাইবা
মোইরাং মাদি অঙম্বা
নিংথৌগী মনাইদি অচানবা
লোইবী তাংগোংলোনদি কাবদা
লোইবী তাংগোং মীয়ামগা উম্নরে
লোইবী হাওবা ময়ামগা বারীনরেদো।
নুংঙাইদা মোইরাং অঙম্বা
লোইবী তাংগোংলোন লাকপসিদি
করি চানি করি থককনি হায়দনা
লোইবী তাংগোংলোন চীংমীগা
মোইরাংগী হাইনু অচানবগা
নুংশি নুংঙন বারীনৈ
হাইনু অচানবা অঙম্বনা
লোইবী তাংগোংলোন কারকপসি
ইমোমগী করি পুসিগে
ইচাগী নমোক করি পুসিগে
অঙম্বা বাখল থনবদা
লোইবী তাংগোংলোন কাবদা

পাম্বা উয়াথেল চীংনিকো
পামেল উয়োককোন অদুদা
লৈরাং অনীদং শাংলম্মে
হাইনু অচানবা ফম্লাইবা
পাম্বা মাগী উয়াথেল
পামেল উয়োককোন অদুদদি
হৈরাং য়েংবা উখিদে
শিঙেল লৈকোলনুং অদুদদি
লৈরাং অনীদং শাংলম্মী
কেগে হাইনু অচানবনা
ইমোম লাংলেন ইবেম্মা
ঙসিগী কোরৌ অসিদদি
ইচাগী করি পুসিগে
ইমোমগী করি পুসিগে
হৈরাং য়েংবসু উখিদ্রে
শিঙেল লৈরাং লৈকোন্দ!
লৈরাং অনীদং শাংপসে
শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি
পাম্বা মাগী উয়াথেল
পামেল উয়োক কোন্দুদা
তাঙনা শাংপদি লৈরাংনি
চামলৌ লানা য়োমলেদো
কেগে হাইনু অচানবনা
পোপু লেংজাও থক্তদি
লোইবী তাংগোংলোন কারুবগী
মরাম্না মোংবা মরানয়াই
মোইরাংনা হাইনু অচানবসে
হলবাইরক্লেদো অঙম্বা
ময়ুম মোংবা শঙলেনয়াইদা।

কেগে হাইনু অচানবা
ময়ুম মোংবা শঙলেনয়াই
য়ৌরকলেদো ইবুংঙো।
হাইনু অচানবগী মমোমলোই
মোইরাং লক্তগী অথোইবী
কেগে লৈশাবী লক্তগী হেনজরবী
মমোম লাংলেন মচানে।
কোলোয় মিংলেন ফজবী
লৈমা নীংথি তরেংবী
নুরানা নানবা ফিশাশঙ
ইয়োংগী শংদিং খল্লিনৈঙে
পাশোৎনা খাংমায় লাক্লিনৈঙে
পন্থৌ মপা ইবুংঙো
পন্থৌ লাকলে তাবদা
মমোম লাংলেন ইবেম্মা
নুরাগী নানবা ফিশাশঙদা
হাদ পন্থৌ অপোকপা
নমোমগী করি পুবিরকপগে?
মচাগী মপাউ তারেনে।
মোইরাং হাইনু অচানবনা
মমোম লাংলেন য়েংলদনা
পন্থৌগী লাংলেন ইবেম্মা
পন্থৌ লাক্লেনে ইমোম
ইপানা লোইবী তাংগোংলোন কাবদা
তাউজীং হৈরাংসু পান্নমদ্রে
শিঙেল কয়াসু শাৎলমদ্রে
পাম্বা উয়াখেল অদুদা
পামেল উয়োক কোম্দুদা
লৈরাং অনীদং শাৎলম্মী।

হা ইমোম ইবেম্মা
ইপানা ইমোম লাংলেনগী
নমোক লৈরাংদি পুরকইয়ে।

ইচাগী নমোক লৈরাংনি
লৈরাং পোনজেপ হাঙদোকউনে।
মপাগী কোলোয় তাবদা
মমোম লাংলেন ইবেম্মা
লৈমদি নীংথি তরেংবীনা
পোপু লেংজাও থক্তগী
পম্বৌগী লৈরাং লৈপোন্দা
চামলৌ লারোন্দি হাংদোক্তুনা
শিঙেল মাবু য়েংবদা
লৈরাং অনীদং য়াওরম্মী
অহানবা পায়বা লৈরাংদো
পম্বৌ মপাদা হংজেনে
হা পম্বৌ অপোকপা
পম্বৌগী লৈরাংদি লৈপোন্দা
লৈরাং অনীদং য়াওরম্মী
অহানবা পায়বা লৈরাং অসিদি
শিঙেলদি করি কৌবগে
নচাদা কোলোয় তাকপীয়ুনে।

মমোমগী বাসে তাবদা
মোইরাংগী হাইনু অচানবনা
ইপাগী ইমোম চরৈহন
ইপানা লৈশক খঙদেদো
লৈরাংগী কোলোয় খঙদেয়ে
ইপাগী ইমোম ইবেম্মা
লৈরাংগী চেংলৌদি য়েংলগা
লৈরাংগী লৈচুদি য়েংলে হায়রগা
ইচানা কোলোয় মিংথোল্লু।
পম্বৌগী বাসি তাবদা
হাইনু অচানবগী মমোমলোই

লৌশিং চাউবী মচানে
পম্খৌগী পোনজেপ নুংদুদগী
অহানবা পায়বা লৈরাংসিদি
চিংনা চিংনদি য়েংজরগা
নুজা মোমোন নোকচরগা
হাদা লৈরাং ইতারোই
শিঙেল করি কৌশিগে
লৈরাং করি মিংথোনসিগে
পম্খৌ ইপাদি ইবুংঙোনা
তাংগোংলোন কাবদা
লৈরাং লৈরম্বী হায়দনা
লৈরাং কোলোয় মমিংদি
তাংগোংলৈ হায়না কৌগেকো।
অহানবা পায়বা লৈদুনা
তাংগোংলৈ হায়না মিংথোনখি।

## কবোকলৈ

মোইরাংগী হাইনু অচানবা
কেগে মোইরাং ফন্নাইবা
লোইবী তাংগোংলোন কাবদা
মমোম লাংলেন মচাগী
নমোক লৈরাং পুরকপা
অহানবা পায়খৎপা লৈরাংদি
লৈরাংগী কোলোয় মমিংদি
তাংগোংলৈ হায়না কোলোয়খিয়ে।

অনীশুবা লৈরাংসে
পম্বৌ ইপা ইবুংঙো
শিংঙেল নাওবা মখোয়রেল
লৈরাংগী কোলোয় মিংলেন্দো
নচাদা তাকপিয়ুগবা
হায়রকপদি মতমদা
হা লাংলেন ইবেম্মা
পম্বৌগী ইমোম চরৈহন
লৈরাং কোলোয়দি খঙদ্রিয়ে
অহানবা শিঙেল কোলোয়
মমিং থোনখিবগুম্বদি ইবেম্মা
অনীশুবা লৈরাং অদুসু
লৈরাংগী মপাল য়েংঙুদনা
শিঙেলগী লৈনা য়েংঙুদনা
লৈরাংগীদি কুচু য়েংলগা
কোলোয় মিংথোল্লু।

পহ্লোগী বারমসি ভাবদা
হাইনু অচানবগী মমোমলোয়
লৈমা নীংথিদি তরেংবীনা
অনীওবা লৈরাং অসিদি
কোমা ফংবা লৈনুংশি
হাদা শিঙেল ইতারোই
লৈরাংগী লৈশক্তি য়েংলে হায়রগা
লৈমা নীংথি তরেংবীদি
মোনুগী পুক্নীং হুবা লৈ
শিঙেল নওদি কনানো
লৈরাংগী মউ তাবু য়েংবদা
উশং মানবা শিঙেলনি
লৈরাংগী লৈনা য়েংবদা
লেমলৈ ঙাতোনদি মানবা লৈনি
লৈরাংনা পোমবোম শাৎপদি
অঙৌবা লুপাদি পথাপলৈ
শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি
লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎপদা
অঙৌবা লুপাদি পথাপলৈ
লৈরাংগী মমিং থোনগে হায়রদনা
লৈমা নীংথি তরেংবীনা
খোইরুম্না মোমোন নোক্লে হায়রগা
শিঙেলবু লৈনম তারেদো
লৈরাং চেংলৌ উরে হায়রগা
হাইনু অচানবগী মমোমলোয়
মোইরাং চনু ইবেম্মা
কেগে নুজা নীংঙোলনি
লৈমা নীংথি তরেংবীনা
লৈরাংগী কোলোয় মিংথোজি
শিঙেল নাওবা মখোয়রেল

লৈয়াংগী কোলোয়দি মমিংথোল
ইমা লোইদাম লৈনিনে
লোইদাম নাবাদি লৈনুংশি
অঙৌবা মচুদি অপানবনি
অপানবা মচুদি লৌরদনা
লৈরাংদি পানত্রা কবোকলৈদো
লৈরাং পানত্রা কবোকলৈসে
শিঙেল কোলোয়দি মিংথোনখি।

অসুম্না কেগে মোইরাংগী
হাইনৌ অচানবগী মমোমলোয়
লৈমা নীংথি তরেংবীনা
শিংঙেল নাওবা মখোয়রেল
লৈরাংগী কোলোয় মমিংদি
ইমা লোইদাম লৈনুংশি
লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎপদা
অঙৌবা মচুনি অঙৌবা মচুদি
অপানবনি অপানবা মচু লৌরদনা
লৈরাং পানত্রাদি কবোকলৈ
শিঙেল পানত্রা কবোকলৈসে
কেগে মোইরাং লমদমদা ইপলসিং
মোইরাংগী নোংবান হুপনীংগুম্বগী
মমোম লাংলেন
কোনু লাঙতোম্বী মচানা
কেগেগী লোইবী চীংখোঙ তময়াদা
মমায় নোংপোক পাংনা ওম্লে
ইনফি মায়রোং তান
হংগেল তাইখাং লাক্লে হায়রগা
শিঙেল লৈরাং নাবা কবোকলৈ
মোমনুগী শাইনোন খাদা

লৈরাং মাবু চিগ্রে হায়রগা
লাঙতোম্বী কোনুনা
লাইজা ঈমায় থক্তদি
নুরা থোংখোঙ লৈনা শা
ইনফি ময়রোং তানদনা
ঙাবাদি খুৎকোয় ফাবা মতম
লেমলৈ ঙসিদি শেনগী তেঙ্গোৎনদি
কোৎশিগ্রে কোনু লাঙতোনবীনা
শেনগী তেঙ্গোৎনা কোৎপদা
নুরাগী শাইনোন খাদা চিনবা
লৈরাংগী লৈনমসি তারবদা
পায়মা মাগী খোইরাংঙি
নুজা মাগী পুক্নীংদি খোইরাংঙি।
শিঙেলগী লৈনমসি তাবদা
লৈরাংগী লৈনমসি তাবদা
নুজা মাগী পুক্নীংসে
ফৈনা য়ুংনা মুন্দুনা পুগ্রবা
শিঙেল লৈরাংগী লৈনমনি।
লৈরাংগী লৈনম তাবদা
নুরাগী খুৎতা পায়বা
ঙাকোৎনবা শেনগী তেঙ্গোৎসে
লাইজা ঈরোম্নুংদা তাখরে
হায় হায় মাঙলে করম্নো হায়দনা
নুজা ওইবী লাঙতোম্বী কোনুনা
ঙা কোৎনবা শেনগী তেঙ্গোৎ তাখরে
কমদৌসিগে হায়রদনা কোনুনা
শমু খুৎনা লাইজা ঈরোলনুংদা
শেনগী তেঙ্গোৎসে বাইনা লৌখৎলি
কেগেনা মিংথোম্নবা মতমদা
মৈাইরাংনা মিথোম্নবা মতমদা

ঙা কোৎনবা তেঙ্গোৎ তাপ্রে
মোইরাংনা শেন্দ্রা হায়না কৌনে
বাইনা লৌখৎলি হায়রদনা
শেন্দ্রা ইবাইকোন হায়নদি মিংথোল্লি।
কেগেনা মিংথোন্নবা মতমদা
মোইরাংনা বাহৈনবা মতমদা
মৈনা বাই তাংনা শম
হয়েংনা পোইরৈ চাদোন্নংদা
বাঙম শুদোন্নংদুদা
শৈশক্করসনু হায়রদনা
শেনগী তেঙ্গোৎ তাখি হায়দুনা
শেন্দ্রা হায়না কৌনৈদো
বাইনা লৌখৎলি হায়রদনা
শেন্দ্রা ইবাইকোন কৌনৈয়ে
শিঙেল মাদি কনানো
লৈরাং মাদি কনানো
শিঙেল পানব্রা কবোলৈনে
লৈরাং পানব্রা কবোকলৈনে।

# কোম্বীরৈ

কংলৈ সনা লৈময়োন
চীংনা কোয়না পনশাবা
চীংমীনা কোয়না পম্লেম্মা
সনানা ময়ুং কাবা লম
লুপানা মফেল ওইবা লম
পোইরৈ সনা লৈময়োল
চীংবুরোই তম্বুরোই তিনবা লম
চীংদা চীংমীনা পুমমু মু
তমদা মৈতৈনা পুমঙৌ ঙৌ।
পোইরৈ হেনবা লমনুংশি
মৈতৈ পোইরৈ লমনুংশি
চীংলোন মাপলনা কোয়শিনবা লম
লোইবী চীংগী চীংমায়দা
কৌবা লোক্কী লোকমাঙদা
অশংবা পামেল উগী উনাগা
শংনা ফজবা চীংমায়দা
লৈচিম্না শাম্থনা তাবদি
অঙৌবা ফিশাং খনগুম্বী
মৈতৈ পোইরৈদি লমনুংশি
লোইবী চীংগী চীংমায়দা
পামেল লম ভাম্নবীবি
অশংবা ফিগেনা নমখাংবী
মৈতৈ লৈমা পলেমনা
পারি চাউদা নাওকোনবী
মমোম শাংদা নাওয়োকপী

পোইরৈদি লৈমা ইমাদো
অঙাং অপাদি লৈতবীনি।

হায়নরিবা লমদমগ শোন্নরিবা মায়কৈনি
খাগা বাংগা শাংবা লম
নোংপোক নোংচুপ তেনবা লম
খানা পাংবা চাউবা লমনা
কেগেনসু মোইরাং লমনুংশি
কেগে লোক্তাক বাংফুরেল
মোইরাংসু লোক্তাক্লা ঈরেলবুং
য়েন্নানা শৌর্জান লোনবা লম
চরাংনা ঈন্নায শীবা লম।
যেন্নানা শৌর্জান লোনবনা
চনাং ঈন্নায শীবনা
চেকয়া কোনদোন্না পোম্বা লম
কম্বোং হাওনা মনানা
নোংদোন তেমশিংনবেদো
কেগে লাইজা হিংগাবম
মোইরাংসু শনজেন ইবায়কোল
পানফরিবা লমদমনি
ইবুধৌ থাংজীং চীংজাওনা
কোরৌদি খেৎনা বাংবনা
থাংজীং চীংগী চীংমায়দা
লোইদাম মকুম ওইবগী
হানৌনদি শংনা কাবনা
পুলৈনা শামা ফাবনা
লোকলৈনা শনজী শাবা লম
কুমগী লৈরাং লৈনুংশি
য়াইপল কৌবী লৈরাংনা
তময়া হেন্নদি শাৎপনা

মরম লমলেন্নদি লমনুংশি
নীংথীজেদা ফজেদা লমনুংশি
য়াবা লোইদাম ওইবগী
কেগে থাংজীং তময়াদা
লোইদামদি মকুম ওইবগী
নুংশিরকপা লমদমদদি
থাংজীং চীংখোঙ তময়াদা
নোংলেন্না ফুইনা হৌরকপদি
মনুংশিবা লমদমও।
কেগে থাংজীং কোইরেল লাই
চীংঙুনদি শেম্বা কুমহৈনি।

কেগে মোইরাং লমদমদা
মপুগী মনাই অচানবা
কেগেদা লোইশঙ কারিবা
অকুম্বা দোলাইদি তোংবনি
মপুগী মনাই অচানবা
খুয়োল খুহৌরেম্বগা
ঙারমদি চনু শমফবীগা
মমোম অমা শাথলেদো
পারি অমা ফুইরেদো।
মমোমগী কোলোয় মিংলেন্না
লুবাংগু চনু কৌইদো
মপারিগীকোলোয়না মিংলেন্দি
খুয়োলদি হাওবা কৌইদো
পারি মমোম অনীসি
শেথনরমদাইগী মতমদা
মোইরাংদি খুহৌরেম্বগা
ঙারম চনুদি ইবেম্মা
শজীকী মতুং ইন্নমদাই

থবাগী মমৈ বাক্সরমদাই
মপারি মমোম অনীসে
লুবাংসু চনু মচা ইবেম্মদি
মোইরাং থাঙ্গাদি লাকপদা
মমোম লাংলেন শিন্নরম্মে।
পারি ইবুংঙো হাওবদি
পলেমগী মরী থিরদনা
কেগে নৌরেন হনবদা
খুয়োল হাওবা শিন্নরম্মগা
অঙম্বা খুয়োল খুঙৌরেম্বা
ঙারম চনুদি শমফবী
শজীকী মতুং ইনথরে
থবাগী মমৈ বায়থরে।

মমোম লাংলেন ইবেম্মা
লুবাংঙ চনু মচাদি
কেগে লৈকায় লাকপদা
থাঙ্গা লাকপনা থাজেয়ে।
মোইরাং লমজা হাওবদি
নৌরেহনবগী মোংবা মরানয়াইদা
শাইদাংদুনা লৈরকপদা
কেগেনা চাউবা লেপফারে
মোইরাং শাংবা লেপতমলে
খুয়োল লমজা লাঙ্গৈরবা
নোংমগী কোরৌ অমদি
ময়াম্বা ইবুংঙো ফন্নাইবা
নৌরেন হনবা ময়াম্বগা
নীংঙাই শাংদানদনা
নোংলেন ফিথাদি থাদনা
খুয়োল লমজা লাঙ্গৈরবা

মবুধৌ থাংজীংগী লাইমাঙদা
মালেম থক্তা ওল্লম্লগা
নোংলেন খোংবগুম কপলগা
কেগে লোক্তাক ময়ায়দা
মোইরাং লোক্তাক ময়ায়দা
করাং চীংগী চীংয়ানি
শরেন ফুম্বী থক্কুদদি
খোইয়ুম লাইগী তিম্নফম
কেগে লমজা লাঈরবা
মোইরাংগী লমজাদি হাওবসে
লাঈরবা মোংবা শঙলেনয়াই
কম্বোংগীদি হাওনা মনানা
অয়ুক্কী শঙদা কুপ্পা য়ুম
নুংদাং ঙৌনদি কেম্বা য়ুম
লাঈরবদি মোংবা শঙলেনয়াইদা।
মতাং নত্তে পনাদ্রিবী
মকালোন নত্তে শক্ত্রিবী
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা
নাইতোম শাংপী লৈগুম্বী
মোইরাং নিংথৌগী মনাই
অঙম্বা লাম্নোই ফম্নাইবা
নোংবান হুপলেন গুম্বনা
মমোম অমা শাৎচৈনে
হুইনীংগুম্বী পলেমনা
তাঙনা ফংবী মমোম্নি
চীংজিন খোমোল অঙনলা
থক্তা মচেমসু শাৎত্রবী
হৈয়ায় পোম্বী অথেংঙা
অথেঙবদা মনাও ফুইদ্রবী
লবাইদি পোম্বী হুইদ্রগুম

থম্বাল মতোমতা শাৎপী
মচেমলক্তগী হেনজরবী
মনম্ম লক্তগী থোইজরবী
মপাম চাবা শলগুম্বী
মমোম লাংলেন ইবেম্মা
কোলোয়না মিংলেন ফজবী
লুবাং চনু অখুবী
নোংবান থোইবী লৈমনি
লাংঙতোম্বী কোনুসে।

মমোম চাউবা লেপফারে
কেগে লৈমরোল তরেৎকা
মোইরাং চাক চানসিদো
কেগে লোক্তাক ময়ায়দা
লেমলৈ ঙাবু ফাবা চৎপদা
মোইরাং লমজা হাওবগা
নোংবান চনু ইবেম্মা
লাংঙতোম্বী কোনুগা
মোইরাং থাংজীং কোইরেল্লাই
অমম্বদা বায়েনবা অঙানবদা পাউতাকপা
থাংজীং কুমহৈদি ওইনগে
কেগেদি থাংজীং কোইরেল্লাইনা
থাংজীংনা লৈপুন পুনথ্রেনে।

শরেনগী ফুম্বী মথক্তা
চেংলৌ শক খঙনরেনে
নোংবান য়াইথিং কোনু ইবেম্মা
লুবাং চনু অখুবীনা
মথংলেন মমান মচা
খুয়োল লমজা হাওববু

ময়ুম মরানয়াইদা পুম্রেনে
কোনু লাংঙতোম্বী ইবেম্মা
ফজৈদা নীংঙোলগী থাজকা
মোনুগী পম্হৌনদি শেনজা কা
পন্লেম মমানা য়াজকা
পীগ্রাইবীনা শেমজা কা
নুংম্রাইবীনা য়াজকা
মিংকী থোংজিন কানি
য়াদি পোনদি কানিদো
মোনুগীদি য়াবা কানি।
নোংবান চনু কোনু লাংঙতোম্বীগী
নুরাগী থাজ নীংঙোল কাদা
শাবী শানৌ অনীসে
থাংজীং লাইনা শেম্বনি
মোইরাং কুমহৈ শাম্রহনগে
কেগেসু কুমহৈ চাওহনগে
লাইনা শেম্বদি কুমহৈনি।
মতম খরা লৈরেগা
নোংবান চনু ইবেম্মা
লুবাং চনু অখুবী
নোংবান থোইবী লৈমসে
পম্হৌ মপা ইবুংঙোনা
নোংবান হুপলেন শুম্বনা
খুমনগী পামদা মরানয়াই
নোংয়াই মরান য়াইদুদদি
খরাই থক্তা লৈ হাপ
লৈরোংনা লাইদা কংপগুম
অমতা পোকপী মমোমবু
খুমন মপুংয়াইদদি পীরম্লে
পম্হৌ মপানা পীথোক্রম্লে।

হয়েংগী ইনুং ঙাল্লগা
লুবাং চনুদি অখুবী
নোংবান থোইবী লৈমদো
পম্থৌগী কোলোই ইল্লদনা
পলেমগী মপাউ লৌরদনা
খুমন মপুং য়াইদদি
নোংয়াই মরান য়াইদদি
চৎলমদাইগী মতমদা
অহীং নুংদাং অথেঙবা
হাওবা কোনু অনীসিদিনে
নোংঙাল্লমদাইগী মতমদা
নুংশি নুংওন্না বারীনৈ।
লাংঙতোম্বীদি কোনুনা
মথংলেন মমান মচাদি
শেংনা খাইনা কায়নরমদাই
খুমন পুংদা চৎলমদাই
কেগে মচা লাঙ্গৈরবা
খুমন লমজা হাওবনা
লাংঙতোনবী কোনু য়েংলদনা
নোংবান চনু ইবেম্মা
কোনু লাংঙতোনবী নহাক্তি
হয়েং ইনুং ঙাল্লবদি
পম্থৌগী বারক্লদি চেৎপনা
পলেম য়াথংনা কনবনা
নোংয়াইগী মরানবু য়াইদদি
চেক্লা নঙবু চংকদৌরে
মোইরাং লমজা হাওবনা
শানৌ ওইবী নঙবু নুংশিবী
শিঙেল করিগা পাসিগে
লৈরাং করিদা থাসিগে

খুয়োল হাওবা লাঙ্গৈরবনা
কোনুগা পাবা লৈরাং অদুদি
শিঙেল মাদি কনানো
লৈরাং করি লৈনোনে
কেগে মোইরাং লমদা
তাইবং পুংদদি শাৎপরা হায়ববু
তাইবং পুংদদি শাৎতবা লৈরাংনে
লৈনুং থোঙারেল অরিবা
লৈনুং থোঙারেল নিংথৌগী
খম্নুংপুংদদি শাৎপা লৈ
শিঙেল লৈরাংদি কনানো
খম্নুং থোঙারেন অরিবগী
মশানৌ ইবেম্মদি অতোনবী
কোলোয় মাগী মিংলেন্না
য়াইদিং কৌবী ইবেম্মা
নোংমগী কোয়ৌ নুমিৎতা
মবুংঙোদা হঙ্গৎচৈ তাবিয়ুবা লাইনিংথৌ
লাইবক থীবি ননাওদি
খম্নুং পুংদি য়েংজরে
তাইবংপুং হায়বা অদুদি
য়াম্না নুংঙাই হায়নদি তাজেয়ে
খম্নুং পুং থাদোক্লুনা
তাইবং মপুংয়াইদা
ননাও ঐবু অমুক্তা চৎচরুগে
সনায়াথং পীবিয়ুনে ইনিংথৌ।
খম্নুং থোঙারেল অরিবগী মশানৌ
য়াইদিং হায়না কৌবী মশানৌগী
বাসি তাবদা থোঙারেম্না হায়রকই
করি বানো য়াইদিং ইবেম্মা
তাইবং মাগী মালং পুংদুদিনেকো

অশোন অনাদি য়েংদবা
অরেপ্পা বা ঙাঙদবা চুমদবা ঙাঙবা
খোঙথাং নাতে কায়বা পূংনি
য়াইদিং চৎপদি য়ারোইয়ে।
খম্নুংপূং থাদোক্লুনা
তাইবং পূংদা চৎথ্রবা মতমদা
অরোনবা কয়ানা লমজীং ওইদনা
য়াইদিং কোনু নঙবু মাঙগনি
চৎপদি য়ারোইয়ে ইবেম্মা
অসুম্বা লাইনিংথৌনা তাকপীয়ে।
তাক্লা তাক্লা ইবেম্মা
খম্নুং য়াইদিংনা চৎনীংবগী মরম্না
মবুংঙোদসু তাকশিল্লি হায়জে
লাইনিংথৌ তৌবিনু তাইবংপূংদা
ননাইনা চৎচগে হায়বসিদিনেকো
অরাল অশোয়দি তৌজরোই
তাইবং খোঙথাংদি কায়জরোই
তাইবং মাল্লংপুংদি
ফজে হায়বা তাজরে
তাইবং পূংদা চৎচগে তৌবনি
তাইবংগী ফজবা য়েংজরুগে
ননাইনা হায়জবা য়াবিয়ু।

মনাইগী বাসি তাবদা
লৈনুং খোঙারেন্দি অরিবনা
ঙাইখো য়াইদিং নঙনা
খম্নুং পূংদি তুংওইনরগা
তাইবং পূংদা চৎকে লেপ্প্রবদিকো
সে সে য়েংঙু য়েংঙু
য়াইদিং নঙনা য়েংঙু

খন্নুং পুংগী লৈকোন্দা শাৎলিবা
শিঙেল অসিদি অঙৌবনি
খন্নুংগী লৈরাংনা অঙৌবনি
তাইবংগী লৈরাংনা অমুবনি
নঙনা চৎপা খোঙথাং কায়রোই
শোয়দনা তাইবং কুমহৈ
য়েংলে হায়রগা হল্লকনি
য়াইদিং নঙনা লেপ্লবদিকো
খন্নুং পুংগী লৈরাং অসে
নঙনা য়েংলে হায়গা
লৈরাংগী চারাসে পুনীংবরা ?

মবুংঙোগী বা তাবা মতমদা
খন্নুং য়াইদিং কোনু ইবেম্মানা
চৎচনীংবগী মরম্না
লাইনিংথৌ ইবুংঙো চৎচরুগে
খন্নুং পুংদা শাৎলিবা
লৈরাং লৈকোল মরক্তগী
অঙৌবা মচুই লৈরাং অসিবু
ননাওনা পুজরে হায়রগা
তাইবং মালং পুংদদি
তাইবং কুমহৈ য়েংজরুগেনে
অসি হায়দনা নিজরক্রে মনাইনা।

নুংঙাইদা য়াইদিং কোনু
নপুক্লীং কায়রক্কনিকো ইবেম্মা
য়াইদিং খোঙথাং কায়বা য়াদে
লৈরাং অসিনা খুদমনিকো
খন্নুং পুংদা শাৎলিবা
লৈরাং অঙৌবা অসিনা

হয়েং নঙনা তাইবং মালংপান্দা
খোঙথাং কায়রবদিনেকো
খম্নুংপুংদো শাংলিবা অসিনা
লৈরাংলা লৈচু ওন্নবদিনেকো
শিঙেলনা মচু মুরক্লদি
য়াইদিং নঙ লমচং কায়রে
হায়বদো খঙগে হায়দনা
খম্নুং য়াইদি কোনু ইবেম্মাগা
খম্নুংগী থোঙারেল অরিবগা
শরী বাশক্কবা লৈ।

তাইবং পুংদদি শাংতবা লৈ
খমনুং পুংদদি শাংপা লৈ
খমনুং য়াইদিং কোনুনা
লৈরাং চারা পুরে হায়রগা
খমনুং পুংদি তুংওইনে
তাইবং মালংদি ফাওদনা
লৈরাং পুদনা ফাওরক্রেনে।
খমনুং য়াইদিং কোনুনা
শিঙেল লৈরাং অসিদিনে
মফম কৈদা থাসিগে
লমদম কৈদা থাসিগে
মরমসু লমলেন লমনুংশি
থাংজীং লাইনা কোনবা লম
কেগে মোইরাং লমনুংশি
মোইরাং লমদম মায়কৈনি
হায়নরিবদি মায়কৈনি
শোম্মরিবদি লমদমনি
কোনা কোনবা মফম্নি
শানৌ লাঙতোনবী কোনুগী

থুমগোংনা লৈবা লমদম
কেগে লোক্তাকী লাইজা
লাইজা ঈশংথতি কনবা মরম্না
কিজে হায়দুনা ইবেম্মা
কোনা কোনবা লমদমনি
ইবেম্মা লাঙতোনবী শিদবী
নুংথিল কাইবীগী লমদমনি
মরমসু লমলেন লমনুংশি
মোইরাং লমদম মায়কৈদা
কুরু তরেংনা থুম্নফম
কোনা কোনবা লমদমদা
শিঙেল লৈরাং অসি থাখিয়ে।

কোনা কোনবা লমদমনি
কোনু লাঙতোনবী কাংয়েফম
মরম্না লমলেন লমনুংশি
কেগেনা মোইরাং লমদমদা
খমনুং য়াইদিং কোনুনা
থাংলেন খুৎতদি পায়দনা
লৈকন লোলদি মাপন্দা
লৈহাও লোলদি মাপলদা
মালেম লৈমায়দি তৌদনা
শিঙেল মাবুনা লৈথারে।
মোইরাং লোক্তাকী লাইজনা
লৈরাংগী লৈখোঙ থাদুদা
লাইজা খীকলেন চাইদুনা
শিঙেল মাবু লৈথারে।
শিংনাংগী তাংদা অচুম্বনা
নেম্বী ফৈরোই থাদনা
লৈরাং মাবু থাশ্রেদো

খমনুং পুংগী লৈরাংদো
ইনুংনা শোয়া ঙাম্রকপদা
কোয়ৌনা মছেক য়েরেনে
বাংবল মৈশা লাংঙদনা
লৈরাংগী লৈরিক শামগবয়া
লৈরাংগী লৈরিক্তি শামদবা লৈ
শিঙেল লৈরাংদি কনানো
ইনুং শোয়া ঙাম্রমদাই
চহই পোম্বীদি লিক্রানা
নোংজুবগুম চুরকপদি
শিঙেলনা লোইরোই চাওরকই।
শিঙেল চাউবা লেপফারে
লৈরাং শাংবা লেপতমলে
খমনুং য়াইদিং কোনুদি
থাংজীং লাইগী লাঙোম্না
মোইরাং মচা লাঈরবা
কেগেস্ লমজা লাঈরবা
মোইরাং শানবা লমগনবগা
কুমহৈ ওইয়ু লাঙোনখ্রে।
খুমম্না য়াইদিং কোনুসে
খমনুং থোঙারেল অরিবনা
খমনুং পুংগী লৈকোনদা
চঙদুনা য়েংজরকপদদি
খমনুং য়াইদিং কোনুগী
পুক্লীংদো ওন্ত্রে হায়বা খঙলেনে।
খমনুং পুংগী লৈকোলদা
ঙৌনা শাংপা লৈরাংদো
লৈরাং লৈচু ওম্নমলে
অমুবা মচুদি ওইখ্রেনে
কুহী চাদি কুম্বানথোং

কুমজেং কোরী কাপ্লেনে।
খমনুং নিংথৌ থোঙারেলনা
খঙলে খঙলে ইবেম্মা
খমনুং য়াইদিং কোনু নহাক্তি
নহালগী লোইদাম মমাঙদা
তাইবং পুংদা চৎকনো
তাইবং পুং হায়বদুদি
য়ৌহৈদবা পুংনিদো
অশোন অনা খঙদবা
অচুম্বা শাজৎতি চৎতবা
য়াইদি কোনু ইবেম্মা খঙলে
থোঙারেলঐগী ইফমদা
লৌনম চাউনা তৌরম্বী য়াইদিংনি।
খমনুং নিংথৌগী পাউমী
পাউমীদা নিংথৌনা হায়রকই
চৎলু চৎলু তাইবংদা
তাইবং খোঙবাইখ্রবী
খমনুংদি য়াইদিং কোনুগী
থবায় লৌরুরো হায়রদনা
থোঙারেলগী মদাইরেমশিংদো
তাইবং পুংদা য়ৌরকলে।

তাইবং পুংদনা কমদৌরি
য়াইদিং কোনু ইবেম্মা
কেগে মোইরাং লমদমগী
মোইরাংদি নহা লাইরবা
মোইরাং শানবা লমগানবগা
খমনুংগীদি য়াইদিং কোনুগা
খোইয়ুমগীদি লৈপুন পুনবসে
খমনুংপুংগীদি মদাইরেমশিংনা

তাইবং মালং পূংদদি
কোনুগী থবায় লৌগেদো
অহীংগীদি নুংথিল অনীদা
কুপ্না কুপ্না শেম্নরক্লেদো
য়াইদিং কোনুগীদি মথংলেন
মোইরাংগীদি শানবা লমগানবনা
শানৌ ইবেম্মা তাবরা
মোইরাংগী লমজা লাঙ্গৈরবদি
লমলেন বায়খোঙ থুমগোংদা থুমদি লৌরুগে
পাখংগী হৈনাদি ইতুংদা
চীংহী শম্বাল লাংলমগনু
পাম্নদি লমলান চারমগনু
লৈকায় নচেম ননেমগী
পূকথিন খোনদি লৌরমগনো।
মোইরাং শানবা লমগানবা
পোৎপুদি নামা পুরদনা
লমলেন বায়খোং থুমগোংদা
থুমদি লৌবা চৎখ্রিঙেদা
খমনুংদি য়াইদিং কোনুনা
পন্থৌগীদি শুমাং মথৌবুং
লং য়ৈগে হায়রদনা
পৌদি থক্তা হাপ্লেদো
য়াইদিংনা পৌদি নম্মদনা
চরৈ লংদি শুরকপা
থোঙারেলগীদি মদাইরেম অনীনা
চীংঙু অরুম্বা অনীনা
পৌদি লোংনা তারকপা
য়াইদিংগীদি লবাই কোইজাথক
পৌনদি ফুরে মতমদুদা
মোইরাংদি লমজা লাঙ্গৈরবা

লমগানবগীদি হৈনা মতুংদা
মশানৌদি মনেম মচানি
খমনুং য়াইদিং কোনুসে
য়াইবী থবায়দি মাঙলমলে
য়াইদিং থবায়দদি কনগেদো
লমগানবা হোৎনবদা ঙমখিদরে।

খমনুং পুংদদি কমদৌরি
য়াইদিং কোনুগী থবায়দুদি
থোঙারেলগী মদাইরেমশিংনা
য়াইদিংগী থবায়দি পুরকলেনে।
খমনুং থোঙারেলগী মফমদা
য়াইদিং থবায়দি য়ৌখিয়ে।
খমনুং য়াইদিং ইবেম্মা
নহাল লোইদাম মমাংঙৈদা
তাইবং পুংদদি চৎলুগে
তাইবং পুংদদি চৎকনো
য়াইদিং রাখল খল্লুনে
তাইবং মালংপান হায়বদুদি
মমিংদা ফজবা মালংপান্নি
লমচৎ চুমনা চৎতবা
পালহৈদবা মালংপাননি
নঙনদি য়াদনুংগী থোকপনা
তাইবং মালং পান্দা চৎলুরে
মালংপান্দি থাদোক্রে হায়রগা
খমনুং পুংদদি হল্লকখোকো।

হাদা লৈরাং নহাক্তি
য়াইদিং কোনু ইবেম্মাগী
কোলোয় মিংথাং লৌরদনা

শিঙেল নাওবা মখোয়রেল
লৈরাংনা কোলোয় মমিংদি
ইমানা লোইদাম লৈনুংশি
খমনুং য়াইদিং কোনুনা
খমনুংদি থোঙারেল অরিবদা
কোন তৌই হায়রদনা
লৈরাং কোলোয় মিংলেন্দি
লৈরাং কোম্বীরে কৌবা লৈ।
পোইরে মৈতে মালংপান্দা
কেগে মোইরাংদি লমদমদা
শিঙেল শাংপদি লৈরাংনি
য়াইদিং কোলোয় লৌরদনা
লৈরাং কোম্বীরে কৌবালৈ
হাদা শিঙেল লৈরাং লৈনুংশি
খমনুংনা য়াইদিং কোনুনা
কোনবু তৌরম্বগী মরম্না
লৈরাংদি য়াইদিং কোনু কৌরদনা
কোম্বীরে হায়নদি মিংথোনগে।
শিঙেল লৈরাং কোম্বীরে
তাইবং মপুং য়াইদদি
কোনু লাংঙতোম্বী শিদবীনে
লৈরাং মাবু পুবা লৈ
পোইরে মৈতে লৈবাক্তা
কেগে মোইরাং লমনুংশি
কুরু তরেংনা থুম্নফম
থুম্নহৌরে হায়রগা
মালং পানদদি শাংপালৈ
লৈরাংদি নাবা কোম্বীরে
মফম মফম খুদিংদদি
শিঙেলনদি শীনবা থুংখিয়ে

শক্তিবু থাদা শাংপালে
তাইবং পুংগীদি নত্রবা
খমনুং পুংগীদি লৈরাংনে
খমনুং থোঙারেল অরিবগী
লৈরোল লৈকোল নুংদদি
শিঙেল ফুগাইনা শাংপালৈনে।
হাদা লৈরাং লৈনুংশি
লৌনম্বী লৈরাং লৌনম্বী শিঙেল
কোন তৌবীনা কোম্বীরে
ঙসি নুংদাং অথেঙবা
নোংবান চনু অথুবী
তোইবী লৈমদি ইবেম্মা
ঙসি নুংদাং অসিবু
খুয়োল লমজা লাঈরববু
কোন তৌদুনা থনম্লগা
হয়েংদি ইনুং ঙাম্লগা
খুমন থেন্দা মপুংয়াইদুদদি
লৈরাং চংকদৌরবোইদো
কোম্বীরে মানবী কোনুও।
অসুল্লা হাওবা কোনু অনীনা
নুংশি নুংওন্দি বারীনবা মতমদা
থাবাশিঙেল লৈরাংনে
কোম্বীরে কৌবী লৈনুংশি
শিঙেল নাবা কোম্বীরে
লৈরাংনা নাবা কোম্বীরে।

# ক্বাকলৈ

মোইরাং নিংথৌ পুরিংলাই
ইবাং তেলহৈবগী সনাহাক্তক্তা
মোইরাং শিনগুহনবগীমপারি
কোলোয়না শাম্বা নহা লমগানবা
মোইরাং শিনগুনহাদি মরাইবক থীবনা
তাইবং মালেম থাদোক্তুনা
খমনুং লৈবাক্তা য়াঙ্গোইখিবনা
মপারি নাউবা চাউক্রিবা
শামবানহা লমগানববু
পাখং শারেফ ফানবা
নাওয়োক নাওকোন য়াওখিদে।
পিকনা পন্থৌ কায়নখিবনা
কেগেদা লমজা ওই
মোইরাংদা শারা শক্লা
লাঙ্গৈরবী পলেম মমানা
লৈকায় ফৌগু লগুদুনা
মীগী খুল্লগু চংতুনা
য়েল্লাং কেঙোই হেক্তুনা
মপারি চাউননবা নাওয়োক নাওকোন
তৌজেদো লাঙ্গৈরবী পলেম্না
শামবা নহা লমগানবদি
শেংপা চাবা মনীং থুংদবনা
কৈরোলগী লৈকায়গী শামাল
লেংমান্নবা কনাগসু তিম্নদে
থাঙ্গ লৈকায়লাম্নসু কোয়দে।

লাঙ্গৈরবী পলেম মমা থাদোক্লগা
মমাগা পোকমিন্নবা মামগী
ময়ুম চকপী বাইখোং লমনুংশি
তরাউ চীংগী চীঙ্গোমুং
থুমখোং লাইরেম্বীগী মশাইগোন
নোইনু থুমবু শুংবা চথলি।
মানা শুংবা ইঙেল থুমপাক
থুমপাক্তু মপোৎ হেক ফাবগা
ময়ুমদা পুরক্তুনা পলেম মমাবু
কেগে খয়োন কৈথেলদা য়োলহল্লি
অসুম্না মমা মচানা
তরেৎ শেনবু তান্দুনা
নোংমগী চরাহেনদনবা হোৎনবদা
শেৎপা মনীং থুংদনা বানা পাল্লি
শামবানহা লাঙ্গৈরবগা
পালেম মমা লাঙ্গৈরবীগা
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা।

চেক্লা লমখুনু মথৈ মনাওনা
মখোয়বু পোকপীরম্বা পলেম পঙ্খৌগী
মরূপ মপাং ওইরম্বা
কাক উরোক মকু উচেক অহমবু
মেরা থাগী থাশি নুমিৎতা
চাকলেন অমা কৌই।
উচেক অহম অদুনা
চাকৌবদু চারুরনি হায়দুনা
হরাওবগা লোয়ননা ওন্তা থুংলরে
লমখুনু মথৈ মনাওসু
ওমজবা অচা অথক লাওজরে
চাকলুক অহম থারে

চাক ইনশাং মখেল লুকোই
ওনা হাপলবা মতুংদা
খুরুমদুনা চাক তাকচে
মখোয়না থাজরিবা চাকলুক অদুদা
নহা অহলখায়না
মথং মনাও নাইনা
চহী য়াম্বা অহল অদুনা
মকোকথংনা ফৰীয়ু
ঐখোয়বু পোকপীরম্বা পম্রৌনা
অমং থরে কুম্নমদাইদা
শিন্নবিরম্বা মতুংইম্না
পম্রৌ ইপামক্কি খনজনা
অহল অহমবু চাক কৌজবনি।

লম খুনু মতৌ মনাওগী
বাদুতাবদা চেক্লাদি অহমদো
বাগী মচেৎ অমতা ঙাঙনদনা
মরু লুক্তুনা তুমিন্না লৈনৈয়ে
মমিথত্তি লোম্না লোম্না য়েংনৈ
মানা হাম্না চঙসনু
মানা হাম্না চঙসনু
পায়মানুংদা নীংনৈয়ে
মচিম্নদি অমতা কাংথোক্লখিদে।
অহমগী পুক্নীংগী ৱাফম
লমখুনু মতৌ মনাওনা খঙলদুনা
থেঙলে নুংশিৎ লাক্লিঙৈদা
চাহৌনবা তৌরসি লেঙশিনবিরো
হায়না তকশিন্নকপা মতমদা
তৌফম খঙদদুনা উচেক অহমদো
লমখুনু মতৌ মনাওদা অমুক য়েং

চাকলুক্তা অমুক য়েং ভৌদুনা লৈরে।
কোরৌ নোংলেন অদুদি
কাক্লাখ্রাইদগী হেন্না লাম্মী
ওরাং খুঙ্গং লাম্নাকোয়রুই
মদুগী বাহৌদগী খংনৈ ফুনৈ
কাক মতৌ মনাও অনীদো
খংনদুনা কাক্তো নুমিদাং অদুমা
চরা হেল্লবনি করিমতা চাদ্রবনি।
লমখুনগী চাকৌবদা কাকনা
মবুক থন্না চারুগনি খনবনা
অরাম খৌরাংবনা খাওলক্রি
হাওরবা ইনশাং মথেল ময়াম্না
থন্না হাপ্পবা চাকলুক
চানীংবনা মতীল কুৎ কুৎ য়োৎলে
লাম্বনসু নুং পাল ওক্লে
মবুক খোনজেল থোরক্রে
চাক্কা খরা হেন্না লাম্বনে
নোংলৈনুংশিংনগা লাকপনে
চাকলুক পাইথোকখিদুনা
চাবা ফংহৌদবা তারে খন
খৌরবা মচীলদু লৈপাক্তা
অনী অহমলক ফেংলন্নগা
খ্বাইগী মকোক থংবা চাকলুক
অদুদা চঙশিন্দুনা চাগদবগী
মকোক হেক লুকথবদা
উরোক্না থুনা য়াওনা পাইশিল্লক্রগা
কাকী লবাইগী শমদু ফোয়ররে।
কাক্তু নামনখিবনা শাউরে
শাউমন্দুনা মশানা উরোক্তা
লামদুনা লামদুনা ফুরে

মখোয় অনীদো হন্নদে ফুনরে।
ফুনরিবদু খামগে হায়দি খন্দনা
কাক্লচাগে ফমলম্বা চাকলুক্তা
মকুনা তপ্না চণ্ডশিল্লগা চারক্রে
চখোম অনী অহুম হুকখ্রে
মকুনা থওই বাওইদনা
চাকলুক মকোক্তা ফমদুনা চারিবদু
কাক উরোক অনীনা উরদুনা
খৎনবা তোক্লগা মখোয় অনীনা
মকুগী মখজাইদা মশানা কল্লক্রে।
মকু মকোক ঙাওরে
নামনখিদুনা উরু উরু লৈরম্লগা
চাকলুক্তা তুদুনা লৈবদু উবদা
নুংশা থীনা চেনশিল্লক্তুনা খাম্লে
ঙহাক বান্থরুম্নগা মকু হৌগৎলক্রে।
উচেকঅহুম অদু হন্নদে
চোংশিনচোংশিন ফুনরে
মশা মশা কন্নরে চিক্লরে
চাকলুক পুমনমক পুমচাই চাইরে।
লমখুনু মতৈ মনাওনা খাম্বা ঙমদ্রে
উচেক ময়াম পাউ তাদুনা লাক্লরে
উচেক পুম্নমক শুনা তিম্লে
মাগী মাগী মীচঙ নাইনদুনা
লাম্বা লাম্বা চোংথোক্লদুনা
অমুক হন্না ফুনবা হৌরক্রে।

লমখুনু মতৈ মনাওনা
থৌদৌদুদা বাজবদু উরদুনা
লাংজানা মাই চাউরবা মশানা
ফুদেক্তুনা ময়ামদু খামদোক্রে

ব্বাথোক অদুগী কনানা লানবা
কনানা চুম্বা খঙবা ঙমদববদগী
লাংজানা লুচিংলগা চীংঙু থাংজীং
লাইগী মফমদা লাক্কুনা ব্বাকৎলরে
থাংজীংনা লাইয়াম কৌরে
লাইয়াম ফমফমলাংদা ফমল্লে
লাইয়ামগী মাঙদা উচেক অহম
ক্বাকউরোকমকু কৌথোক্রে
ময়ামগী মমাঙদা ফমহল্লে
লমখুনু মতৈ মনাও অদুনা
থোকখিবা থৌদোক পুন্নমক
মথং শিংনা লাইয়ামদা হঙ্গৎলে।
চীংঙু থাংজীং নিংথৌবনা
ব্বারীদু মুন্না তারবা তুংদা
ক্বাক্তা ওনশিন্দুনা হংলকই —
ক্বাক নঙনা মকোক
ফমদুনা চারুরিবা করিগীনো
উরোক মকু অনীদগী
নঙনা করম্না হল্লিবনো?
থাংজীং লাইগী ব্বাহংদু তাবদা
কাক্কা নোল্লুকনা হঙ্গৎচরকই —
কেগে পোকপা লাইনিংথৌ
মোইরাং পোকপা চীংঙুও
ননাইনা হঙ্গৎচবা তাবিনিদো লৈমাবা —
লমখুনু মতৈ মনাওনা
ননাই ঐখোয় অহম
কাক উরোক মকু চাক্কৌই
নহা অহল খায়না
মথং মনাও নাইনা
অহলনা মকোক্তা ফম্মু

অদুগা চাবিয়ু হায়বদগী
ননাই কাক্লা অহল খোকমাঙ্গে
থনজদুনা মকোক থংবা
চাকলুক্তা ফমদুনা চাজরুবনি।
থাংজীংনা মথা তানা হংলকই —
উচেক মকু উরোক্তগী
নওনা হক্লি হায়ববু
নওবু চহী কয়া শুরবগে?
থাংজীংগী বাহংদু তাবদা
কাক্লা ননাইদি চহী য়ামনগ্রদুনা
খ্বাইনা শিবা নাইদবা কাক্নি
হায়দুনা কাক পুন্সীবা
হায়না মিংথোল পীবিরিবনি।
অদুঙৈ পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী
নিংথৌরেল খুইয়োই তোম্পোক্কী
মচানীপা তাউথীংমাংনা মৈতৈলৈবাক্তা
কংলা ফম্বাল লাংবা মতমদা
ময়াম্বা য়োইমোংবগা মচিল মনাওনা
লুচিংদুনা তুরেল তুখুল তেংঙি
তুরেলদু তেংবদা ননাই য়াউজরুই।
চহী কুমজা অদুদগী হৌদুনা
অনা অয়েক য়াওদনা
ননাই কাক ঐদি হিংজরক্কী।

কাক্কী য়াবা মপাউদু তাবদা
লাইয়াম পুন্নমক তুমিন লৈখি
মখোয়গী পুক্নীংদা চুম্মী
কাক পুন্সীবা কৌবসি
মতীক চাবনি হায়না হায়নরক্লে।

চীংঙু থাংজীং লাইনা
চেক্লা উরোক্তা ওনশিন্দুনা
উরোক নহা নহাক্না
অহল ওইরবা কাক্কী
লবাইগী শম ফোইরুব্বদি
করি মরমগীনো শেংনা হায়য়ু
উরোক্লা করিগুম্বা অমতা নাচুংদনা
থৌবা ইশা শাদনা
চীংঙু লাইয়ামগী মমাঙদা
মকোক নোন্দুনা খুরুম্লগা
হঙ্গৎচরকই — তাবিয়ু ইনিংথৌ
মোইরাং পোকপা লাইনিংথৌ
কেগে ঙাঙোই লৈশেম্বা
অহল মতম ওইরবা
হনু মাক্লে চল্লবা উরোক
ঐনা ফমজগদবা চাকলুক্তা
ঙরাংতগী ঙাখা অঙাং নাবা
ক্বাক মানা ফম্বা উবদা
শাউনীংবনা লুতোন কাখ্রদুনা
ক্বাক্কী মশম ফোইরুব্বনি।

উরোক্কী য়াবা মপাউদু তাবদা
লাইয়াম পূন্নমক ঙকপদা থেংখ্রে
উচেক পূন্নমকসু ঙক্কুনা
চিবোন চিবোন ঙাঙনবা হৌরক্রে।
অদুদৈ থাংজীং লাইনা হংবিরক্রে —
উরোক নঙনা ক্বাক্তগী
চহী হল্লি অহলনি হায়রিবদু
খুদম পীদুনা তাকউ খঙহল্লু
ময়ামগী পূক্নীং পেলহল্লু

অচুম্বনি হায়বা খঙহল্লু।
চেক্লা উরোক্লা নোল্লুকনা পাউখুমজরকই —
তাবিয়ু লাইনিংথৌ ইবুংঙো।
য়োইমোংবা তাউথিংমাং পোকপা
খুইয়োই তোমপোক হায়বদু
নোংদা লাইরেল পাখংবগী মচানি।
নোংদা লাইরেল পাখংবনা
মশানৌ মৈতৈ লৈমা লাইস্নাগা
কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিঙেদা
মনাই উরোক্তি ইশা শারুং
কনজদুনা কোয়পাই পাইবা ঙমলে।
নোংদা লাইরেল পাখংবনা
মশানৌ মৈতৈ লৈমা লাইস্নাদা
কোলোই য়াবা পাউমেনখি
নশাবী ঐদি কোরৌ থক্তগী
নোঙ্গুমলকই হায়বগী মরম্না
ঐবু তরামচানা নোংদা কৌবনি।
খোইয়ুম লাইয়াম খিবিক্কী
মকোকনি হায়বগী ঐবু
লাইরেন হায়নসু খঙনৈ।
কুরুগী মতীক ময়াই অরুব্বু খঙঙি
হায়বগীঐগী ইমিংবু লাইয়াম্না
নোংদা লাইরেল পাখংবা কৌবিবনি।

উরোক্কী মরীক চুম্বা বারীদু
লাইয়াম খিবিকনা তারে
উচেক পূন্নমকসু তারে
কাক্তগী উরোক্লা অহলনি হায়নরক্রে
খ্বাই তরা তিল্লিবা অদুনা।
বাফমদু তাবদগী চীংঙু থাংজীংনা

মকুদা ওনশিল্লগা পাউমেল্লকই —
মকু নঙনা অহল ওইরবা
উরোক্কা কাক্কা ফুনরিঙেদা
নঙনা তুমিন্না চঙশিল্লগা
চাকলুক মকোক্তা ফমদুনা চান্নরিবা
করিগীনো হংলকপা থাংজীংগী
বাহং অদু তাবদা মকুসু
মকোক নোন খুরুম্মগা হঙথচরকই —
সনানা ময়ুং কাবা
লুপানা মফেল ওইবা
মুক্তানা য়েনকাপ লোনবা
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী
লৈতেং ওইনা ঙানবিরিবা
খোইয়ুম লাইয়াম পুন্নমক
মশুগা মপুগা চহী কন্নানা হনবগে
হংবিরিবা অসিবু অহল ওইরবা
পায়মা বাখল শোইনাইরবা
ইনা তাথীরবা ইমি শান্নবা
মকু ঐদি খনফম খঙদ্রে।
মকু চহীদি লাইয়ান্না খঙবিরিদুনি
তাইবং পানবগী মপুরেল
অতিয়া গুরু শিদবনা
মালেম তাইবং লৈশেম্বীরগে
মপুগী পায়মানুংদা খল্লদনা
সনামহী পাখংবা
মচিল মনাও অনীবু
গুরুগী শমু হকচাংদগী পুথোকখি
গুরুনা তাকপীবা মতুং ইন্না
সনামহীনা মালেমবু লৈশেম্বা
হৌরক্লবদা মনাও নীপা

পাখংবদি নহা ওইবনা
করি অমতা খনবা তৌদনা
ময়াম্বনা শেমগৎ শাগৎপদু
হেক হেক থুগায়বদগী
মালেম লৈশেম্বা য়ারক্তবদা
গুরুগী মফমদা হঙ্গৎলে।
মিৎ নহাওম লংনা ফজবী
চেঙলৌ শক্তম হেনবী নুজা অমা
গুরুনা মমিৎতগী পুথোকখি
নোংথাংগুম লংনা ফজে
হায়বগী নুজাগী কোলোয়বু
নোংথাং লৈমা মিংথোক্লে
মশক মতৌ ফজরবী চঙখোম্লবী
নীংথিরবী নোংথাং লৈমগা
চেল চোংদুনা হরাওনা শান্নরিঙেদা
সনামহীনা লাইকংথৌ মাপলগা
লাইনুরা তরেৎকা লোয়ননা
মালেম লৈশেম্বা লোইখি।
তাইবং লৈশেম্বা লোইরবদা
গুরুগী য়াথং মতুং ইন্না
নমু তাইবংমী, য়ারৌ শায়াম
উচেক বায়া, নাপী শিংবী
তুমিৎ কাঙনচিংবা থবায় পানবা
লেঙলি পাল্লিবা পুন্নমক
শেম্বা লোইরবদা গুরুনা
তাইবং মালেমবু থাদোক্লগা
কোরৌ নোঙ্গাথ্রগে খল্লদুনা
বা তান্নবা মকু ঐবু কৌরকই
সনামহী পাখংববু পোকপা
খোইয়ুম লাই পুন্নমক্কী মকোক

অতিয়া গুরু শিদবা
মপু ইবুংঙোদু ঐগীদি ইন্নাকনি।
গুরুনা ইকু কৌদুনা থোইদোক্লা
ঐবু ইকাই খুম্নবী
গুরুগী মকুনি হায়দুনা
লাইয়াম্না ঐগী ইমিংবু
মকু হায়না থোনবিখি
অদুঙৈ লাইয়াম্না থোনবিখিবা
মিংলেন অদো ঙসি ফাওবদা
অসুম হোংদনা লৈজরিবসিনী।

মকুগী মরীক চুম্বা বাকৎ
অমদি ৱাঙাং ৱাতাদু তাবদা
উচেক ময়ামদা নত্তনা
খোইয়ুম লাইয়াম পুন্নমকসু
বা মচেৎ অমতা ঙাঙনদনা
তুমিন তুমিন লৈনখি
মশাগী ওইবা চেক্লা মকুগী
অসুকপা মায়থোঙ অকিবা মিৎয়েং
অরাওবা অকোয়বা মমিৎতু উবদা
চুম্মী মকুনা অহল ওইরমনি
চহী কুমজা মশীং য়ামনা
পুন্সীরক্লবা মাল্লি হায়নরক্লে।
অহল নত্তনা অহল শারুবা
কাক উরোক অনী ৱাকোংলো
নপু মকুদা লাক্লে হায়জরো
লাইয়াম্না লাউনরকপদু তাবদা
কাক উরোক উচেক অনীনা
মকোক্তগী মতু অহম অহম
ফোইরগা লাইয়ামগী মাঙদা

বাকোংনবা চামলৌ লাতোন
পামেল উনা অপাকপা থিনরক্রে।
উরোক্লা পোইরে তেরালা
বাঙম পোংথা লাবু হেক্রুগা
চামলৌ লাতোন থক্তা হাপলে
মকোক্তুগী মতু অহম ফোইরগা
লাইয়ামগী মমাঙদা বাকোংলে।
লাতোন থক্তা তারিবা
উরোক্কী ঙৌনা ফজরবা
মতু অহমদু উবদা লাইয়াম্না
উরোক্কী মতু অহম অসি
লেম্না মাঙহনবা য়াদে হায়নরক্রে।
শমজী লীথেৎ শলাইথেক
কুমজেং লোংখুম ফৈয়েৎনবা
নমু তাইবং নিংথৌশিংগী
কুমজিং লোইনাই থক্তবুদি
লৈরাংগুম শিঙেলগুম হেন্ন ঙাল্লসনু
তাকপিথ্রেদো লাইয়াম খিবিক্লা।

চেক্লা কাক্লা থোংনাং ময়াংচীং
লিন্দু য়াংতেকচীং কৈরাওখাদা
পাল্লিবা লাবু হেকলগা
মকোক্তুগী মতু অহম ফোইরগা
হাওবা লরাক তোনদানবা
চংবী লাতোন থক্তা হাপতুনা
লাইয়ামগী মমাঙদা বাকোংজরে।
খোইয়ুম লাইয়াম্না নুংশিবিদুনা
চেকলা কাক্কী মতু অসে
লেম্না মাঙহনগনুসি হায়নদুনা
তলা পামেল শয়িগী

উফে কারোং থক্তবু থমলে
চীংগু লাইগী থৌজান্দগী
কুমগী নোংলেন নোংহৌরকপদা
মালেম খোন্না চুরক্তুনা
শয়িগী উফে থক্তা থমলিবা
চেক্লা কাকী মতুদো
পামেল উরাংদা য়েৎতুনা
খুমু য়েন্নীং হুন্নদনা
শিঙেল লৈরাং ওইনা লাংঙোল্লে
লৈখোক্তা লৈনা চোংদুনা
শিঙেল ওইনা শাৎলক্লে।
শিঙেল লৈখোকনা পীকপনে
লৈরাং লৈতোন্না পূংবনে
মালং মমাঙ খাংঙমদা
খঙ্গোল মমাঙ লেপঙমদা
নোপ্না নোপ্না খাঙবা লৈ
শিঙেল নাবা মখোয়রেল
লৈরাং কোলোয় মিংলেন্না
লোইদাম নাওবা লৈনুংশি
চেক্লা কাকী মিংথাং লৌদুনা
লৈরাং কাকলৈ মিংথোনখি।

খমনুং য়াইদিং কোনুনা
লৈরাং ওইবী মহাক্না
শাগী শারেফ ফারক্তুনা
মথোৎ কারকপগী লময়ৌবী
অপাম নুংশি খঙলকপা
লৈশা কাংদোং ফারকপা
নোংমা কোরৌ নোংলেন অমদা
পলেম মমাগী মফমলাংদা

কোলোয় মপাউ মেনজরকই
নুরা য়াইদিংকোনু ইবেম্মনা
খোইনৌ মতারোইশিংগা লোয়ননা
মপন পম্বৌগী খালে লৌবুক্তা
লৌ লিংবা য়াওরুগে
শিম্বা শুনা হৈত্তবা য়াদে
পলেম মমাদা তরুরে।
অমতা পোকপী মমোমগী
য়াকাবু উরিবী পলেম মমানা
পম্বৌ মপাগী য়াথং লৌবিরে
পম্বৌ মপাগী য়াথং ফংলবদা
নুরা য়াইদিং কোনু ইবেম্মা
নুংঙাইবগী পন্দোল লোমখরে
হৈথা পোৎথা ওইনবা হৈরাং অহাওবা
শিঙেল লৈরাং ফজবা
পোৎলম শুনা লাঙজরে
খোইনৌ য়াংদৌ চান্নরোই ময়ামগা
হৈথা পোৎথা ময়ামদু পুদুনা
পম্বৌ মপাগী খালে লবুক্তদা
মশাবীগা হায়নখিবা নুমিৎকী
অয়ুক্তা লৌ লিংবা লাক্লে।
মশাবী পাখং অদুসু
হায়নবা কোরৌ নুমিৎ অদুদা
কৈরোয় লৈকায়গী পাখং
মরূপ মপাং হৌরগা
নিঙোলনা খালে লৌবুক্তা
লৌ লিংবদু পাংবা লাকই।
নূরা পাখং পুন্নমক
মখুৎতা লৌহোল পায়দুনা
লাম্বা লাম্বা লেপতুনা

ব্যরী শানা শানা লৌ লিংবা হৌনরে।
শাম্বা নহা লমগানবা
নূরা য়াইদ্রিং কোনু ইবেম্মা
শাবী শানৌ অনীনা
লৌরী থক্তা ফমদুনা
হায়নীংবা বাফম কয়া
পুক্লীংগী বাসু ফোঙদোক্লুরে।
কোলোয় মিংলেন তাক্লুরে
হরাও নুংঙাই য়াকা তমলে
নুংশি পুকমেন পাউমেন্নরে।
অপাম নুংশি বাইথুংনসি
চীংঙু থাংজীং লাইবু পন্দুনা
শরী পন্দোন লোম্নরে।
নুংশি বাশক তেমশিংনা
লৌশি লৈশি য়ানরবদা
শামবা নহা লমগানবা
মশানৌ মনেমচা য়েংদুনা
কোলোয় মপাউ মেল্লকই —
পাখং ওইবা ঐহাক্তি
কেগে পাশা তাম্বনা
মোইরাং শলাই তাম্বনা
ইয়ুম কেগে থাদোক্তুনা
কোরৌ শিংবুম খরদং
লমলেন চকপী বায়খোং
থুমখোং লাইরেম্বী মশাইকোন
ইঙেল থুমপাক শুংদুনা
লাঈর ইতেং ওইনবা
তরেৎ শেনবু তাল্লুগে।
পাখং হৈনা ইতুংদা
শানৌ ওইবী নঙদি,

চেংহী শম্বাল লাংঙমগনু
কৈরোয় লৈকায় পল্লানগনু
পানা লমলান চারমগনু।
মশাবীগী য়াবা মপাউ তারগা
নুরা ইনেমচা মহাকসু
মশাবী চিংনা য়েংলগা
শাবী মানজা পাম্মুবা
থংলেন ইমানগী মচানিসু লোইয়ুম্বা
থুমখোং লাইরেম্বী ইমাগী
চীংঙু লৈমা মশাইকোন্দা
ইংঙেল থুম্বু শুংবদা
ককয়ি চীংজুম থকপীরক্কনু
নূরাগী শাইনোল খাদা চিল্লিবী
শিঙেল লৈখোক্লদি পীক
লৈরাং লৈতোন্নদি পূং, লৈরাং চরোং অসি
পাখংগী খুৎতা শিন্নজগে।
লমলেন ব্রাইখোং লমদমদা
নিঙোল ইহৎশিন, পাখংগী নাক্তা লৈরগা
শিঙেল লৈচু ওন্দবা, লৈরাং লৈমন চন্দবা
চীংঙু থাংজীং লাইনা কুবিসনু
চেংলৌ খুদম য়েংনসি।
অসুম্না নূরা পাখং পাউমৈম্নে
মশানৌ মনেম মচানা পীবা
নুংশি খুদোল লৈরাংদু
চিংনা য়েংলগা পাখংনা
শিঙেল কোলোয় হংলকলে
লৈরাংগী লৈশক তাকউ হায়রক্লে।
খুমন পূংদা ওংবা লৈ
নোংয়াই পূংদা শাৎপা লৈ
খুমন পোকপা থৌনিবদা য়াওবা লৈ

লৈরাংগী কোলোয় মমিংদি
ইমা লোইদাম লৈনুংশি
শিঙেল নাওবা মখোয়রেল
লৈরাং ক্বাকলে কৌই
শিঙেল ক্বাকলে কৌই
নূরা য়াইদিং কোনু ইবেম্মনা
শামবা নহা সমগানবদা তাকখিয়ে।

# লৈশং খেকবাইবা

হাওরোক কোম্লৌজম খুন্দা
হাওরোক কোম্লৌলেম্বগী মমোমলোয়
শনদোং হুইমু লৈমনা
তাঙনা পোকপী মমোম্নি।
শিঙেল লক্তগী হেনজরকপী
লৈরাং লক্তগী অথোইবী
নুজা কোলোই মিংলেন্না
তম্ফা কৌবী ইবেম্মা
শিঙেল চাউবা লেপফারে
লৈরাং শাংবা লেপতমলে।
নোংমগী কোরৌ অমদা নুমিৎ
পয়া চেপসি লোং
শঙাই য়াইনম লোং
নুজা খুৎতা পায়দুনা
লাইজা ইপাল লাংগে
ইমু ময়োল শাৎলুগে
লেমলৈ ঙাবু তাল্লুগে
নুজা খোঙদোই হুন্নকই।

নোংমদোন অতিয়া মপুংয়াইদা
চীংঙু লাইগী লাইরৈবাক্তা
খোইয়ুম লাইগী লাইনিংথৌ
অবাং পাখং য়ুরেনবা
কোরৌহনবা লাইনিংথৌ
চীংঙু নোংথৌ শোরারেন

চীংঙুগী য়েৎথংবা পাম্বোম মরুদে
নাবা মপারি অমা ফংজরে।
নোংথৌ শোরারেলনা হায়রকই —
চীংঙু লাইয়াম পুন্নমক
পারি ইচাইবুংঙো অমা ফংজরে
পলেম মমাদি লৈতরি
পারি মাবু নাওয়োক্নবা
পলেম কনাবু থিসিগে?
কোরৌ নোংদোন লাইরেবাক্তগী
সনা মিৎয়েং শাংখৈরকপবু
শনদোং হুইমু লৈমগী মমোম
লাইজা ইপাল লাং লৈরম্ববু
থেংনরুরে খোইয়ুম লাইনিংথৌনা।
হাদা নুরা তম্ফা ইবেম্মা
নঙবু চীংঙু মানা খোয়দারুরে।

নোংথৌ শোরারেলনা
মালেম থক্তা নোঙ্মুমলকতুনা
য়াবা মপাউ মেল্লকই চীংঙুনা —
হাদা নুজা ওইবী নহাকপু
নমু তাইবং মপোক্তা পোক্নবসু
য়াইফবী চীংঙু লাইরক্তা তিল্লসি
চীংঙু নোংথৌ শোরারেল ঐগী
পারি অমা ফংজরদো
চীংঙু লাইরেবাক্তা নথানুংদা কোন
শমু নমদা পোদুনা
নপারি ইবুংঙোবু নাওকোনসি
নুজা নঙবু নোঙ্গারসি
অসি ৱাবু হায়দুনা
নুজা খুজেং পাল্লোই

নোংলৈ নুংশিৎ খোঙনেৎনা
থেমলকইদা তম্ফা মকাদা
অবাং নোংপোক নিংথৌবা।

শনদোং হুইমু লৈমগী মমোমলোয়
তম্ফা কৌবী ইবেম্মা
য়াবা কোলোই পাউখুমজরকই —
অবাং পাখং য়ুরেনবা
কোরৌহনবা লাইনিংথৌ
চীংঙু নোংথৌ শোরারেন
নুজা ওইবী ঐহাক্তি
নমু তাইবং মপোক্তা পোকপীনি
পম্বৌ ইপা ইবুংঙো
পলেম ইমা ইবেম্মা
শনদোং হুইমু লৈমনা
ইনুং য়োইময়াই মালেম অঙানবসে
লিবা লীগুম তোন্না হুই
নান্দ লীগুম খোইখোইনা
লোইবী নোংচুপ চীংশাংদা
মালেম নেম নেম হাইথগ্রে
ইনুং নুমিৎ তারগা
অমম্বা নারল চন্নবদি
পলেম পম্বৌ অনীনা
ইপাগী লাংলেন ইবেম্মা
ইমাগী ইমোম চরৈহন
কোরৌ নুংথিল নুমিৎ চুপ্নবু
লাইজা ইপাল লাংখিবা
ইমুং ময়োল শৎখিববু
ইনুং নুমিৎ তাখরে
অমম্বা ভুবি নারল চনখরেদো।

ইমোমবু কৈদা লৈখরবগে
হাওরোক কোষ্টৌজম খুনজাওদা
খাগা বাংগা চেন
লৈমায় থক্তা ওম্ন থোইনা
শমলাংদি চোইনা ফা
তীনবী লুনাইদবীনা
মালেম লৈমায়থক্তা ওনবগম
পষ্টৌনা করম খাঙগনি
পলেমনা করম য়েংগনি
পষ্টৌ শেংনবা ঙমজরোই
পলেম খাইনবা ঙমজরোই।
অরাং পাখং য়ুরেনবা
নুজা ঐবু থম্বীরম্মু
কোরৌ নোংদোন থক্তা
নোংলেন খোংবগুম কপচৈদো।
পষ্টৌ খাইনা মৈচাক্লা
পলেম শেংনা মৈচাক্লা
চনুরা ওইবী নুজাদো
লুতুং শমলাং নীংথিবী
কোনথা ফাইরেন ইগুম্বী
নূরাগী শম্নাং ফোইদুনা
হীক্লা হীক্লা কপ্পবু
তুংগী শল্লাং শম্বুংনা
কোরৌ থক্তা পাইবদো
খঙ্গোল মানা পুখিবনা
কৌক্র চীংগী চীংমায়দা
কৌবা লোক্কী লোকমাঙদা
তলা পামেল উফেথক
উফেথক্তবু পনখিদো
মাঙফন্দবগী মরল্লা তাইবংদা

পোইরৈ চাদোয়্নং বাঙম শুদোয়্নংদা
তম্ফাগী শন্নাং নীংথিবী
লৈশং খেকবাইবা হায়না
কোলোয় মিংথোনখি
লৈশং খেবাইবা ওইনা লৈখিদো।

# মৈলৈ নৈলেম্না নোংজুম্পান

পোইরৈ মৈতৈ লমনুংশি
হেনবা মৈতৈ লৈবাক্কি
চীংলোন মাপল কোয়শিনবা লম
লোইবী চীংখোঙ তময়াদা
কোংয়া বাগী বানাগা
পামেল উগী উনাগা
চীংমায়না পুংশং শংবদি
লৈচিন্না শাঙ্গনা তাবদি
মৈতৈ পোইরৈ লমনুংশি
অঙৌবা ফিশাং খানগুম্মী
লোইবী চীংখোঙ তময়াদা
নোংপোক লোইবী তময়াদা
পামেল লমঙাম্নরবী
অশংবা ফিগেনা নমখাংবী
মৈতৈ লৈমা ইমানা
খাগা বাংগা অনীদা
পারি কৈদা শোয়গনি
ইমোম কৈদা শোয়গনি
অয়ুক্কী ঙন্না কোহ্লোকপী
নুমিদাং ঙন্না কোনশিনবী
নাওয়োক ফবী ইমানি
পারি মমোম পুন্নমক
পারি চাউবা লেপফারগা
ইমোন্না শাংবা লেপতন্নগা
খোল্লাংগী লমন শিংগনি।

অহীং নুংথিল অনীদা
পলেম মৈতৈ লৈমনা
মথানুংদা কোনবিদো
মৈতৈ লৈমগী মপারি
পোইরৌ নিংথৌ শকহেনবা
মৈদিগোল নিংথৌ শকহেনবা
লিক্রাই ইবুংঙো লাইনিংথৌ
থবান থাবা নিংথৌনা
য়াইফরক্রেদো মৈতৈদা
সনাগী লনগৈ বাংতেদো
লুপা লনগৈ বাংতেদো
পীজ পীথক্তা হালেংদে
নিরুবদা লীকপা লৈতেদো
অহীং নুংথিল অনীদা
নোংজু নুংশা খণ্ডনা
মৈতৈ লৈবাক্কী মীশিংবু
মথানুংগী মচাগুম
লাঙ্গোনবীদো লাঙ্গোনবী।
মৈদিঙ্গোল থবান থাবনা
য়াইফরকপগী মতমদা
খারম চীংগী চীংমীসে
লোইবী লোই চনখিদো।
মৈতৈ মদাইরেমশিংগা লোয়ননা
লোইমনাই থবান থাবনা
খারম লোইবী হাওখুন্নি
চবং হাওখুন চীংমীদো
লিক্রাইগী পাম্বোম মখাথা
লোইদাম থাশীং কায়দনা
মপু সনা কংলাদা
খারমহাওনা লোইপোং কংখিদো।

মতম খরদং লৈরগা
খারম চীংমীদি লমহেনবা
চবং খুন্দি খুনজাওসে
নিংথৌগী লোইপোৎ লেপ্লেনে
লোইমনাই চীংথংখোম্বা ইবুংঙো
লিকলাই খবান থাবনা
মৈতৈ লৈঙাক চুপলি
চুপলিবু পায়রিবা অথৌবা
ইপু লাউনে অঙম্বা
চবং হাওদি লমহেনবা
সনাকোনুংদা থাগী লোইপোৎ কাবদুবো
হাওবা লোইপোৎ লেপস্ত্রেনে
তাইতে আমি শুজা
মৈতৈ লৈবাক্কী অঙম্বা
লিক্লাই ইবুংঙো নুংশিবা
শানৌ শিখোং য়াইমবা
য়েনম্না হা ইবুংঙো
মোংয়াং চাউবা শানৌবো
মৈতৈ লানমী পুদনা
খারম লোইপোৎ থৌহনসে।
অঙম্বা মপাউ তাবদা
থবান থাবা নিংথৌনা
শানৌ শিখোঙ অনেম্বা
শানৌ চৎলো ইবুংঙো
য়েনম্না মোংয়াং চাউবা নহাকপু
মৈতৈদি নদাইরেম পুদনা
খারম লোইপোৎ থৌরুরো
মপুই সনায়াথং পুদুনা
মশানৌ শিখোঙ অনেম্বা
য়েনম্না নহা মোংয়াং চাউবা

লোইপোথক্তি থৌবা চথখিয়ে।
মতমদুদা নিংথৌগী মনাও ইবুংঙো
য়েনস্না মোংয়াং চাউবগা
মৈতৈ লাম্মী পুন্নমক্কা
খারমদি হাওখুল য়ৌবদা
চবং হাওখুলদি লমহেনবা
হাওদ্রে অয়াকপনা কোকঙাওরে
য়াংলৈ অথুম্বনা কোকচীক্রে
চীংমীনা মরোল লোনবনা
মখুৎতদি খুৎলাইদি পায়দনা
মোংয়াং চাউবগা লানবাইদো।

শানৌ শিখোঙ অনেম্বা
য়েনস্না মোংয়াং চাউবসে
খারম হাওগী হাওখুলদা
নিংথৌগী মনাও ইবুংঙো
লৈরাং লৈমন ওইখ্রেনে।
মতমদুদা মৈতৈ লাম্মী খরদি
পোইরৈ মৈতৈ লমদম পাংলদনা
হুইয়েনগী লানবাউ পুদনা
সনা নাভা য়ৌরক্রে।
লিক্লাই ইবুংঙো নুংশিবা
খারম হাওদি অঙাওবা
চবং হাওদি লমহেনবা
হাওদ্রে অয়াকপনা কোকঙাওরে
য়াংলৈ অথুম্বনা কোকচীক্রে
শানৌ শিখোঙ য়াইমবগা
অকনবা লাম্বা পাবদা
খারম হাওগী হাওখুলদা
শানৌ শিখোঙ য়াইমবদো

য়েনম্না নহা মোংয়াং চাউবদো
লৈরাংগী লৈমন ওইখ্রেনে।

লানবাউ অসি তাবদা
মৈতে লৈবাক্কী মবুংঙো
মৈদিঙু ইবুংঙো লাইনিংথৌ
মতম তানজা অদুদা
শানৌ ইবুংঙো নুংশিবা
শানৌ শিখোঙ অনেম্বা
মোয়াং চাউবা ইনাওবু
খারমদি লোইবী হাওয়াম্না
লোইবী চবং হাওগী হাওখুন্দা
শানৌ ইবুংঙো নুংশিবা
লৈরাংগী লৈমন ওইখ্রবোই।
করি ওইবগী পাম্মুবনো
সনাগী পুক্কীং খোইশাউই
নিংথৌগী পুক্কীং খোইরাংঙি
মপু অঙম্বা য়েংঙদনা
ইপু লাউ অথৌবা
তাইতে আমি শুজা লাও
শানৌ শিখোঙদি অনেম্বা
শানৌগী লমনদি খুম্মুসিনে
ঙসি কোরৌ অসিদদি।
লিক্লাই ইবুংঙো নুংশিবা
থবান থাবা নিংথৌরেন
লানগী ফিজেৎ খোল্লদনা
লানগী লানসা শগোলদা
মৈতে লৈবাক্কী মদাইরেমশিং
মখুৎতা খুৎলারদি পায়রদনা
খারমনা হাওখুল তল্লদনা

অশাওবগা লোয়নবা লাক
লাইরেলনা খোঙদোয়রক্রেনে।

মৈতৈ লৈবাক্কী মবুংঙো
তুবি লাইরেল মৈদিংঙু
মৈদিংঙু থবান থাকনা
মদাইরেমশিং পুরদনা
লাঙ্গোই শয়াং থক্তদি
শানৌ ইবুংঙো নুংশিবা
ইয়াম্বগী শিখোং য়াইমবা
ইয়াম্বনা লমন খুমগেকো
থারম হাওখুলনা অঙাওবা
য়াইর ইশরুক ওইরগে
হুইয়েলদি ইরান্নং ওইরগে
অসি বাবু হায়রদনা
মৈতৈ লাম্মী পুরদনা
লাইনিংথৌ সনা খোঙলেংলে।

করি ওইবগী মনীংথিনো
করি ওইবগী মফজনো
মপু তাইতে শুজাগা
তাইতে আমি শুজাগা
মদাইরেমশিংগা লোয়নবা
লোইবী হাওখুলদি তন্নদনা
মপু ইবুংঙো খোঙদোই হন্নক্রে
লমদমদি কদায় য়ৌরক্রে
লোইবীনা খেঙ্খুংদি য়ৌরক্রে
মতম তানজা অদুদা
থারম লোইবী হাওখুলদি
থারম লোইবী চীংমীদি

ঙাঙনৈদো কাউনদে ঙাঙনৈদো
পোইরৈ মৈতে নিংথৌরেল
লোইমনাই থবান থাবদি
কাউবহৈতবা নিংথৌনি
হাকুম কৌবা কুমদুদদি
লোংশা তরেৎ তেকপদো
কুমশি কুমদি থৌকাউদবনে
লান্দা থৌবা নিংথৌনে
মশানৌ ইবুংঙো য়েনম্না মনাওগী
করোং খুৎকুম্নগনি
ঙাইখোং তোম্বা ঈনাগনি
চেলহৌসি চেলহৌসি হায়রদনা
খারম লোইবীদি চীংমী ময়ামসে
চীংমী ময়ামদি অসুকপদা নাথৈখরে
চবং হাওখুল অচৌবা
চীংশাং বাংমা লান্দনা
হাওবা লোইনা লানজেনখরে।

তম্বা কনা লৈরমদ্রে
মোমনু নুজা অমদি
হন্দোকপীরমলে মতমদো
থবান থাবা নিংথৌনা
তুবী সনা খোঙদারকপদা
লাইরেল খোঙলেঙলকপদা
খারম হাওখুল পুন্নমক
লোইনা হাথখিরম্লেনে
চনুরা ওইবী অমদি
নুজাগী নানবা ইয়োংশঙ
ইয়োংনা শংদিং হুন্নদনা
পাশোৎ খাংমায় লাংবদা

থবান থাবা নিংথৌরেল
নুজাগী নাক্তা লেঙশিল্লক্রে
নুজা নঙদি কনানোকো
নিংথৌ সনা য়াথং তাবদা
নূরা মানা খুমজেয়ে
মৈতে লাম্মী ইবুংঙাইবা তাবিয়ু
ঐদি খারম নিংথৌগী মচননুপী
কাকয়েন থাংজঙম্মী হায়বিদো
ঐগী কোলোয় ইমিংনি
খারম লোইবী হাওয়ামদি
মৈতৈ পোইরৈ নিংথৌরেল
থবান থাবা নিংথৌদি
হাকুম লোংশা তরেৎ তেকপদুবু
কুমশি থৌকাউদবনি
মাঙলে মাঙলে হায়রদনা
ইরোঙ অসুকপদা নাথৈখ্রে
চনুরা ওইবী ঐবুদি থম্মীরম্লে।

মনাই বা তাবদা
থবান থাবা নিংথৌনা
হা নুজাও, নুজা নঙবু বারুনুকো
থবান থাবা নিংথৌ হায়বদো
ঙসি লাক্রিবা ঐ অসিনিনে।
নিংথৌরেলগী সনায়াথংসি তাবদা
মিপাইশ্রবী নুজা অসিনা
কোলোয় মপাউ মেনজরকই
লিক্রাই ইবুংঙো নুংশিবা
কাকয়েন ঙম্মী ননাইদি
নুপীগী মপোক্তা পোকপীনি
করি খঙজবা লৈতেকো

ননাইগী থবায় কনবিয়ুকো।
বারুনু ইবেম্মা খারম নিংথৌগী
মচন নুপী কাকয়েন থাংজঙম্বী
ঙসি কৌবা নোঙ্গাশোইদা
নঙগী নাম্লথক্তা চিন্নিবা
শিঙেল লৈরাং চরোং অদুদি
মফম কৈদা শাৎপগে
লমদম কৈদা ফংবগে?
সনা য়াথং অদু তাবদা
কাকয়েন থাংজ ঙম্বীনা
মৈতৈ নিংথৌ লাইনিংথৌ
ননাইগী লৈরাং অসিদি
ঙরাং নুংদাং লাকপা
ঙাংলৌ পাখংনা পীবিরম্বা
মেলৈ খুদোল লৈরাংনিকো
ননাই কৈসু খঙজদেনে।
সনা মাঙদা হঙ্গৎপদা
থরান থাবা নিংথৌনা
শানৌ ইবেম্মা থাংজহনবী
পায়মা পিবুক বারুনুকো
ঙরাং নুংদাং লাকপা
লোইবী হাওবা পাখংনা
থনম্বা লৈরাং অসিদি
মফম কৈদা শাৎলি হায়
লমদম কৈদা ওংঙি হায়
হায়য়ুগবা শানৌ ইবেম্মা।

পোইরৌ নিংথৌ লাইনিংথৌ
ননাই ঐহাক্তি খঙজদেয়ে
ঙরাং লাক্রম্বা লোইবী

হাওবা পাখং অদুনা
শিঙেল মাগী শাংফমদি
তাকপীরম্মীনে ননাইদা।
লৈরাং মানা শাংপদি
লোইবী হাওনা তুরিখোং
মৈতৈ লাইজা ঈশিংখোং
তুরিখোঙগী খোঙবান্দা
পামেল উগী উথক্তদি
শিঙেল শাংপা লৈনি
হায়বিরম্মীনে ইনিংথৌ।
মনাইগী বাসি তাবদা
লোইনাই থবান থাবনা
লাউ নুজা চিংলো লাউ
মাঙদা চংলু লাউ ইবেম্মা
কাকয়েন থাংজা ঙম্বী নূরাদো
য়াংদৌ লম্বী চিংলদনা
লোইবী হাওগী তুরিখোং
তুরিখোংগী খোঙবান
ঈশিং খোংগীদি খোঙবান্দা
চাউথোইবা পামেল উপালথক্তূদা
লৈরাং ফুগাইনা শাংলম্লে।

লাউ লাউ অঙম্বা লাউ
ইপু অঙম্বা চংঙকউ লাউ
তাইতে আমি শুজা লাউ
লোইবী হাওগী তুরিখোং
লাইজ খোংগীদি খোঙবান্দা
শাংলিবা লৈরাং লৈনুংশি
তালা পামেল থক্তূদদিনে
লৈরাং চরোং শাংলিসে

শিঙেলনা চরোং শাৎলিসে
নিংথৌ ঐনা খোইরাংঙি
তাইতে আমি শুজানা
পামেল উখোং খাদা চঙলগা
পামেল উপাল থাগোম্নবদি
তাশানা তামখিবগী মরম্না
পামেলনা ভনবগী মরম্না
মৈতে ফম্নাইবা অথৌবা
তাইতে আমি শুজাসে
লৈরাং হেকপা ওমদ্রেনে।

থবান থাবা নিংথৌরেম্না
লৈরাংগী চেংলৌ শক্তম
উরগা খোইরাংজবা লৈরাংনি
লাউ অঙম্বা ফম্নাইবা লাউ
লেমনা তোকপা য়াদরে
হেক্তবা য়াদে লৈরাংসে
সনাগী য়াথং তাবদা
তাইতে আমি শুজানা
পামেল উখোং খাদদি লেপ
নমদগী তেন্দোংনুংদুদগী
মচিন পাবা তেন শংলে
লীরুং খুৎতা পায়দনা
লীরী থম্মোয় চিংদনা
লকা চিন্দোন য়েংলদনা
কোরৌ থক্তদি য়েংলদনা
তাইতে আমি শুজানা
তেন অসে কাপখিয়ে
ফজেদা মৈতে ফম্নাইবা অথৌবা
কোলোয় মিংলেন্দি অরিবা

আমি শুজা অথৌবানা
কাপথিবা তেনগী তেনজিন্না
পামেল উফে থক্তদি
চুন্না শাংপা লৈনুংশি
লৈরাং মাগী লৈখোক্তদি
তেনগী তেনজিন্নদি পাল্লদনা
লয়না লয়না তারকপনা
তুরি খোংগী খোঙবান্দা
লৈরাং চরোং তাখ্রেনে।

লিক্লাই থবান থাবনা
তুরি খোংগী খোঙবান্দা
লৈমায়দা তাবা লৈরাংদো
শমু খুৎনা পায়খৎলে
লৈরাং চরোং পায়দনা
চিংনা চিংনা য়েংলকপদি
নুংশিদা ফজৈদা শিঙেলসে
তুরি খোংগী খোঙবান্দা
লৈরাং চরোং চুন্নদি শাংপালৈ
শিঙেল নঙদি লৈনুংশি
লৈরাংগী মচু উবা মতমদা
লৈরাংগী লৈনম তাবদা
শানৌ শিখোং অনেম্বা
শানৌ ইবুংঙো নুংশিবা
ইয়াম্বগী ইবুংঙো অনেম্বা
য়েনশুনহা মোংয়া চাউবা
ইনাওগী কুচু মানখ্রেদকো
ইপু তাইতে শুজা অথৌবা
য়েংঙো লাউনে অঙম্বা
লাকখো লাউনে ফন্নাইবা

লৈরাং অসে য়েংঙো লাউনে
তাইতে আমি গুঞ্জা লাউনে
শিঙেল লৈরাং অসিদি
নিংথৌ ঐনা য়েংজবদা
ঐগী থম্মোয় কায়রেনে
শানৌ ইবুংঙো নুংশিবা
লাইরেল শিখোং য়াইমবা
ইনাও ইবুংঙো নুংশিবা
য়েনম্না নোংয়াং চাউবগী
ইনাওগী কুচু মানশ্রেদকো
পোইরে মৈতে নিংথৌনা
খারম লোইবী হাওখুলদা
লৈরাংনা মিংয়েং তারগা
শিঙেলনদি লৈরাং লৈনুংশি
লৈরাংগী কোলোয় মিংথোনগে।
নিংথৌগী পুক্লীং হুবা লৈ
ইনাও চেংলৌ মানবা লৈ
শানৌগী কোলোয়দি লৌদনা
হাদা লৈরাং লৈনুংশি
ফজেদা নীংথিদা লৈরাংও
য়েনশরে হায়না থোনগেকো।

পোইরে মৈতে নিংথৌনা
য়েনশরে হায়না মিংথোক্লি
থবান থাবা ইবুংঙো
শিঙেল চামলৌ লানদি য়োম
পোইরে সনাদি কংলাদা
লৈরাং মাবু পুরকপা লৈ
খুমনগী মপুংয়াইদদি
খুমন মচাদি অথৌবা

অমু নোঙ্গাদি পাঙ্গনবা
খুমন পোকপা মবুংঙোদা
পারি অমতা নিজগে
ইমোমদি অমতা ফংজগে
হায়রদনা ইবুংঙো
অমু নোঙ্গা পাঙ্গনবনা
কাইরে য়েন অমবু
খুমন্দি পোকপা মবুধৌদা
য়েন অমা কৎখিয়ে।
খুমম্না কৎপা য়েন অদুদি
ইনুং নুমিৎ তাখ্রেনে
নুংদাং তাংলৌ থেঙলবদা
য়েন অদুদি ইবুংঙো
লাইগী কাইরে য়েনদুদি
তুমু মৈশাংবনা য়াওজখ্রে।
মমাংঙৈগী মতমদা
তুমু মৈশাংবা হায়বসিনা
তোকপা শাদুর্ংদি কৌইদো
য়াওজখিদো হায়বসিনা
য়েন শেৎ-শানা চাখ্রে হায়বনি
ইনুংবদি তাংলৌ অথেঙবদা
লাইদা কৎপা য়েন অদুদি
তুমু মৈশাংবনা য়াওজখ্রে।

পোইরে মৈতে লৈবাক্না
য়েনশরৈ হায়না কৌবা লৈ
খুমন মপুং য়াইদুদা
অমু নহা পাংগনবনা
ইনুংবা ঙাস্লে হায়দনা
কৎপা কাইরে য়েন্দুবু

য়েন্দুবু য়েংবা লাকপদা
কাইরৈ য়েন অদুদি
ইনুংবা নুংদাং অখেঙবদা
তুমু মৈশাংবনা য়াওজখরে।
পাম্মুইদা হো পাম্মুইদা
লাইগী কাইরৈ য়েল অসিদি
তুমু মৈশাংবনা য়াওজখরে
কাইরৈ য়েন মকোক অসিদি
মকোকসিদি থনমলে মতমদো।
থুমন মচা অথৌবা
নোঙ্গা অমু পাঙ্গনবনা
হায় হায় মাঙলেদনা সিদি
লাইদা কংপা য়েন অসিদি
নুংদা য়াওজখরেদনা
য়েনগী মশাদি লৈখিদ্রে
কাইরৈ য়েনগী মকোকসে
অমু নোঙ্গা অপানবনা
যেনগী মকোক ফজ্জবসে
পামেল উগী উফে থক্রুদা
নীংথিনা থমবি অঙম্বা।
কাইরৈ য়েনগী মকোকসি
পামেল উদা থেংপা
য়াবা কুমশিং য়াম্মকলে
য়াবা অরিব্বনা খাগা থা
লোইদাম অনৌবনা থক্কথোং
কাইরৈ য়েনগী মকোকসে
পামেল উফে থক্রুদদি
মরাগী খোমশিল লোলদনা
য়েম্নৌ য়েম্নীং চোংলদনা
লৈরাং ওইনা লাংঙোম্রে

শিঙেল ওইনা লাংঙোন্নে।
খুমন মচা অঙম্বা
নোংয়াই মচা অঙম্বা
অমু নোঙ্গা পাঙ্গলবনা
চিংনা চিংনা য়েংজরগা
খুমন নিংথৌ পুনসিবা
য়েংবিয়ু সনা মিৎয়েং তাবিয়ু
ঙরাং নুংদাং অথেংবদা
ননাইনা লাইদা কৎপা
কাইরেল য়েন অসে
য়েনগী মকোক্তা লৈহৌরে
য়েনগী মশাদি লৈখিদরে
কাইরৈ মকোক অসিদি
পামেল উগী উফে থক্তদি
চামলৌ লাথোলদি য়ৈদনা
য়েনগী মকোক্তি থম্বদা
য়েনগী মকোক অসিনা
লৈরাং ওইনা লাঙোন্নে
শিঙেলগী ওইনদি লাঙোন্নে
শিঙেলগী কোলোয় মমিংসে
নিংথৌনা অমুক্তদি থোনবিয়ুকো।

অমু নোঙ্গা পাঙ্গনবনা
খুমন নিংথৌদা হঙ্গৎপদা
খুমন নিংথৌ পুন্সীবনা
ফজৈদা নীংথিজেদা
খুমন নোঙ্গা পাঙ্গনবা নহাক্না
লাইদা কৎপা য়েনগী মকোক্না
লৈরাং ওইনা ওনবা অসিদি
কয়াদা নীংথিজবনো কয়াদা ফজবনো

লৈরাংগী লৈখোক্লা পীকপনা
শিঙেলগী লৈতোম্নদি পুংবনা
কাইরৈ য়েনগী মকোক্লা ওল্লিদো
কাইরৈ য়েনগী মিংথাং লৌরদনা
খুমন নিংথৌ পুঙ্গীবনা
য়েল্লৈ হায়না মিংথোক্লে।

মৈতৈ নিংথৌনা য়েনস্না
মোংয়াং চাউবা মনাওগী
কুচু মাল্লি হায়রদনা
মৈতৈনা য়েনসরৈদি মিংথোল্লি।
খুমন নিংথৌদি পুঙ্গীবনা
য়েনগী মকোক্লা ওনবনি
য়েল্লৈ হায়নদি মিংথোক্লে।
মতৌ অসুম্না লৈনুংশি
কেগে মোইরাংদি লমদমদা
থারাপ নহাদি লাঙ্গৈরবনা
হয়েংদি ইনুং ঙাক্লগা
লোইবী তাংগোংলেন কাগনি
ঙসিদি নুংদাং অথেঙবসে
মশানৌ মনেমচানে
লৈমা নীংথি তরেংবী
নুরাগী নানবা ফিশাশঙ
শানৌ নুংশি পাউমেম্নরুগে
মানজা পাউমেম্নরুগেদো
নুংদাং থাঙ্গা লৈকায় কোয়
পাউমেল্লুইদো নুজা মকাদা
শানৌ ওইবী ইবেম্মা
ঙসিদি নুংদাং লেল্লগা
হয়েংগী ইনুং ঙাক্লবদি

থারাপ নহা লাঙ্গীরবদি
মপুগী য়াথং পুদুনা
উয়োক কোন্দি চৎলুগেকো
পাখংগী কোলোইদি তাবদা
লৈমা নীংথি তরেংবীনা
মানজা ওইবা ইবুংঙো
হয়েংগী ইনুং ঙাম্লগা
উয়োক কোন্দি কাবদা
ননাও নোংদম থীবিগী
শিঙেলদি লৈরাং অমতংবু
পুবিরকউকো পাম্মুবা।
নুজা ওইবী ঐখোয়দি
পাখং ওইবা নখোয়না
মেম্নৌ খুদোললে অমতংদি
পুবিরকউকো লোইয়ুম্বা
শাবী শানৌদি অনীসে
মোনুগী নানবা ইয়োংশঙদা
নুংশি নুংওন বারীনৈ
নুংদাং অসে লেম্লগা
ইনুংশোরা ঙানবদা
কেগে মোইরাং লৈবাক্কী
থারাপ নহা লাঙ্গীরবনা
তরাগী চেংবোল শেম্লগা
লোইবী চীংমায় অচৌবা
উয়োককোন তম্মদনা
পাখংনা লোইবী থেলদুদদি
অঙাংনা লোইরোই কাখিয়ে।

লোইবী হাওবগী উয়োককোন
চীংদা হৌবা পামেল উ

পামেল উফে থক্কুদদি
পামেল উশা কারোংদা
লৈরাং ফুগাইনা শাংলশ্মী
কেগে ঙাংলৌ পাখংনি
থারাপতি নহা লাঙ্গৈরবা
ঙরাং নুংদাং অথেঙবা
শানৌ ইনেমচা লৈমা তরেংবী
নুজাগী নানবদি ফিশাশঙদা
লৈরাং অমতং পুবিরকউকো
চমলৌ খুদোল ওইজগে
ইনাও ইবেম্মা নুংশিবী
লৈমা নীংথি তরেংবীদি
চমলৌ খুদোল ওইননবা
লৈরাং চরোংদি হেকলেনে।
শিঙেল মাদি লৈনুংশি
অঙাং থারাপ নহা লাঙ্গৈরবনা
উয়োক কোন্দি তুংওইনা
মপাম মোইরাং তম্মদনা
হলরাইরক্রেদো পাখংনা।
মপাম মোইরাং য়ৌরে
ইনুংনা নুমিৎ তারে
হায়ননুংগী রানিদো
শোয়নুংগী রানিদো
মশানৌ মনেম মচানি
লৈমা নীংথি তরেংবীদি
নানবা ফিশা শঙ তম্মদনা
নুংদাং খোঙদোইরকলেদো।
শানৌ ইনেমচা লাউ
মশাবী মপাউ তাবদা
নীংঙোল ওইবী ইবেম্মা

নুজা মাদি শকহেনবী
লৈমা নীংথি তরেংবীনা
নুরাগী নানবা ফিশাশঙ
শাবী মানজা নুংশিবা
থংলেন মানজা পামুবা
ননাও লাইবক থীবিগী
খুদোন পোৎতি পুরকপরনে ?
শানৌ ওইবী ইবেম্মা
লাকখো লাউনে ইনেমচা
মোইরাং ঙাংলৌ লাঙ্গৈরবনা
লোইবী উয়োককোন কাবদা
পামেল উফে থক্তদি
উশা কারোং নীংথিবা
শাৎলম্মীনে লৈরাং মাবু
অকাউবা লৈতে ইবেম্মা
লৈরাং মাবু ফুকলেনে
শিঙেল মাবু ফুকলেনে
চামলৌ লানা য়োম্মদনা
নুজা ওইবী নহাক্কী
মেলৌ খুদোলপোৎ পুরকইয়ে।
মোইরাং ঙাংলৌ পাখংনা
কেগে চনু মনেমচাগী
মেলৌ খুদোল পুরকপা লৈ
ফজ্জেদকো লৈরাং লৈনুংশি
শিঙেল মাগী মচুদি
ফুদোংবা সনাবু ঙমজবীনি
লৈরাং পাম্বীনদি পীকপনা
শিঙেল লৈতোম্মদি পুংবা লৈ
পাখংনা লৈশাবীদা মেলৌ
খুদোল ওইনা পী হায়রদনা

শিঙেল মাবু লৈনুংশি
মেলৌনা লৈরাং লৈনুংশি
শিঙেল মাগী মচুদি
সনা মাল্লি হায়রদনা
সনাগী মিংথাং লৌদনা
মেলৌগী মিংথাং লৌদনা
মৈলে লৈস্না কৌখিয়ে।

মোইরাং নিংথৌনা থোনবগা
মৈতে নিংথৌনা থোনবগা
লৈরাং মাদি অমতনে
মমিং অহুম শুবা লৈনে।
শিঙেল লৈরাং অসিদি
কনানদি কোলোয় মিথোল্লি
শিঙেল ওইবী মহাক্তি
কনানদি কোলোয় মিংথোল্লি
হৈয়েল পুংমথাকা পুংমথোং
খুনজা খেমথক্কাখেমথোং
হৈয়েন নিংথৌ পুক্সীবা
মরাম্বা নিংথৌগী মমোল্লি
হৈয়েন নিংথৌ পুক্সীবা
মরাম্বা নিংথৌগী কোনুং
কোনুংগী চেকপল ময়াদদি
পামেল অমতং হৌরিয়ে।
পামেল করি উনো
পামেল উনিংথৌ নাপুংবিনি
উশা মরী ফাংবনি
অরাং থংবা উশাদা
শমজীরৈ মৈথাংবা শাৎলি
মখা থংবা উশাদা

পাম্বা কৈরেন মাল্লবা
শেরৌ নুংজুমপান শাৎলিয়ে
নোংচুপ পাংবা উশাদা
লৈরাং য়েরুমলৈ শাৎলিয়ে
উশা নোংপোক থংবদা
শিঙেলদি লৈরাং মমিং অহমসে
নোংপোক থংবা উশাদদি
শিঙেল পুন্না শাৎলিয়ে।
হৈয়েন নিংথৌ মমোমলোয়
য়েনশুরেন লাকলেন ঙম্বীনা
নোংমা কোরৌ নুমিৎতা
লৈরাং মাবু উরুরগা
শিঙেল মাবু য়েংলুরগা
মোমনুগী পূক্নীং খোইরাংজৈ।
উখোং খাদা চঙশিন্নে
তলা পামেলসু ঙনবগা
পামেল উপাননসু তামখিবনে
নোংপোক থংবা উশাদা
শাৎলিবা লৈরাংসে উবদা
মোনুগী পূক্নীংসে খোয়থিংলে।

শিঙেল নঙদি ইতারোই
হৈয়েন নিংথৌ মমোম
লাইবক থীবী য়েনশুরেন
লাক্লেন ঙম্বী ঐহাক্না
শিঙেল নঙবু উজরেদো
লৈরাং নঙনা তামখিবনা
খুনীং মোদোন কাঙলবসু
ফংজদবা লৈরাং লৈনুংশি
শিঙেল লৈরাং নহাক্তিনেকো

মৈতৈ পোইরৈ লৈবাক্না য়েনসরে
হায়না মিংথোনবা লৈ
খুমন মপুংয়াইদনা
নোংয়াই মপুংয়াইদনা
য়েরৈন্নে হায়নদি থোনবা লৈ
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা -
পাখংনা লৈশাবীদা মেলৌ
খুদোল ওইবা শিঙেল লৈরাংনি
নিংথৌ অহমগী মিংথোম্নোন্না
লৈরাংনা মমিং অহম শুবা লৈসে
পন্থৌ ইপাদি ইবুংঙোগী
নিংথৌ কোনুংগী চেকপলদা
শিঙেল নঙবু শাংলরে
লৈরাং নঙবু উবদা খোইরাংজৈ।
ঙসি কৌবা কোরৌদি
শিঙেলনা তামখিবগী মরম্না
হেকপা ঙমদ্রেদো ঐহাক্না
হৈয়েন লমদম মায়কৈদদিনে
হৈয়েননা পাখং কনা লৈ
খুনজানা পাখং কনা লৈ
পামেল থাগোম্নরদনা
তলানা উশিন্নরদনা
শিংঙেল লৈরাং অসিবু হেকপীয়ুগবা।

নুজা বাঙাঙ তাবদা
হৈয়েলনা পাখং পুন্নমক
খুনজানা পাখং পুন্নমক
নুজা মপাউ তাবদা
হেক্কে বাখল খন্নদনা
পামেল উখোং খাদুদা

নিংথৌগী মমোম ইবেম্মা
য়েনশুরেন লাক্লেন ঙম্বীনা
হৈয়েল লৈবাক্কী ঙাংলৌ পাখং পুন্নমক
ঙসিদগী হৌরদনা
লৈরাংবু হেকপা ঙম্মা তম্বদো
নুজা ওইবী ঐহাক্কী
থবায় মঙাদি কংলবনি
শরীনা পন্দোন লোমখ্রেনে।

হৈরেম খুনজাগী পাখংনা
তম্মা কিশিদি শেংলদনা
ফৈরা মাগীদি তনজাওবা
শমু মাগীদি লেঙ্গনবা
পামেল মথাদা কোন্নুবদি
পামেলনা ঙনবগী মরম্না
তলানা চাউবগী মরম্না
হৈরেমগী পাখং পুন্নমকসে
লৈরাং হেকপা ঙমখিদে।
মাঙলে মাঙলে করমনো
নুজা ওইবী করমনো?

শিঙেল লৈরাং নঙবু
হেকপা ঙম্মা তম্বদা
নুজা ঐহাক্কী থবাই
কংলে হায়দনা বাশক্রে
লৈরাং নঙদি হেক্তবা য়ারোই
শিঙেল নঙদি হেক্তবা য়ারোই
হৈরেম পাখং নেকচবদা
খুনজানা পাখং নেকচবদা
পামেলগী ঙনবগী মরম্না

তলানা তামখিবগী মরমনা
পামেল উকা ওমদ্রবা মতমদা
কনাবু থৌনেকসিগে থিরকপা
মদু নিংথৌ ইবুংঙো
খোম্বা নহাদি মৌপুবানি
লাঙ্গোনচা তেলহৈবা
নাবাদি খুৎচুম্বা নেকউরে
মচেম্না থৌনেকউরেনে।
খোম্বা নহা ইবুংঙো
লাঙোনচা তেলহৈবা
খাবা মাদি খুৎচুম্বা
পামেল উখোং খাদুদদি
তম্না লেপ্লে হায়রগা
তেন্দোংদগী তেনজৈ শৎলেনে
লীরীনা তেঙ্গা থোংলেনে
কোরৌ থোইনদি য়েংলদনা
লীরীনা থম্মোয় ত্তিংদনা
লকা চিন্দোন লাক্রদনা
মদুনিংথৌ খোম্বা নহাদি খুৎচুম্বা
তেনজৈ লয়না পাইরকপদা
নোংপোক থংবা উশাদা
চুম্না শাৎপা লৈরাং চরোংদো
শমু লেঙ্গনবনা কক্তনা
মালেম থক্তা থাথৈয়ে
হৈয়েল নিংথৌগী মমোমলোয়
য়েনশুরেন লাকলেন ঙম্বীনা
হায় হায় মাঙলেনসিদি
নুজা ঐনা পামজবা লৈরাং
লৈরাং মাবু হেকপা ঙম্বা
নুপাদুদা ঐগী থবায় মঙা

কংথকে হায়দুনা বাশকখি
শিঙেল নঙবু হেকপদি
ইদু নিংথৌ কাদা থোক্রেনে
মোনুগী থবায়দি কংপা য়াদবা মফম্নি
মাঙলেনে নুজা লাইবক থীবিদি
ঙসি করি ওইরসিবনো
লৈরাং নঙংলাংগী নুজানা বাশকখিবনা
নুজা লাইবক থীবী ঐদি
নুজা ঐগী য়াইবী মাঙলগেকো।

হাদা শিঙেল ইতায়োই
লৈরাং লৈশক অমতদা
মমিং অহম শুবা লৈনি
মৈতে পোইরে লমদমদনা
য়েনশরে হায়না কৌইদো
খুমন মপুংয়াইদনা
য়েম্নে হায়না কৌইকো
য়েনশরেগা য়েম্নেগা মমিং
মমিং অনীসিবু পুন্নসিনে
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা
লৈশাবীদা পাখংনা মেম্নৌ
মেম্নৌ খুদোল ওইরদনা
শিঙেল মচুদি অঙাঙবনি
সনাগী মচু মানবা লৈনি
লৈরাং মমিং অহমনা
শিঙেল অমতদা পুন্নদনা
মৈম্নে লৈম্না নোংজুমপান
কাদাম্বদি লৈনুংশি
ঙসিগীদি কোলোয় মিংলেনসে
নুজাগী থবায় লৈরিঙেদদি

হাদা লৈরাং ইতারোই
কোলোয় নমিং থোল্লমগেকো
মৈন্নে লৈস্না নোংজুমপান
কাদাম্বদি লৈনুংশি
তলা পামেল চাউথোইবা
পামেল উনীংথৌ নাপুংবা
মশা নোংপোক পাংবদা
শাথলিবা লৈরাং মহাক্তি
নুজা লাইবক থীবিগী
য়াইবী মাগুম্ভ হায়দুনা
শিঙেল নঙবু উরম্মবোই।
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্লা
লৈরাংগী কোলোয় মমিংথোল
মৈন্নে লৈস্না নোংজুমপান।





# খাইদেম প্রমোদিনীগী

[redacted] লাইরিক খরা :—